হিংবগী অর্থবু ঙাইবা হায়বসিয়া ?    কয়াম কুইনা ঙাইগনি ?
পুন্সিগী তাংলবা মিৎকুপশিং ফাজিন্দুনা কনানা থম্বা ঙমগনি ?

—ময়াই কারবা শামু

◆

তাইবং লোনচৎ কয়া থুগায়না নপুন্সি লেল্লুবদগী মালেমগী পোৎলুমসি নোংম নোংমগী হেনগৎলক্লে।

—লাইগী লৈবাক্তা

◆

হৌজিক্কী মতমদা লাইরবা হায়বসি খ্বায়দগী হেন্না মমল য়াম্লবা লল্লোনপোৎ হায়বত্থু ওইররে।

—লালু খুল

◆

ঐ খঙই, চুরুট থকপনা কয়া ফত্তে হায়বা। অত্থুবু ঐ অস্থুম থকই....

—কৈ মচা চাউনবা য়োকসি

◆

পুন্সিবু মুংশিদ্রবদি পুন্সিবু মুংশিবা ঙমগনি।

—অনৌবা যুগকী মুংশামপী

◆

মথং মথং শঙ্গারকপনা, যাত্রা হুল্লকপনা লম্বী থোং লৈশিল্লক্লে, প্রোজেক্ট লৈরক্লে। মত্থু ফাওবদা নম্বুল প্রোজেক্টকী মরা-মপাউদি তাবা মরৈখিদ্রে।

—নম্বুল প্রোজেক্ট

◆

অত্থুদি হায়য়ু সখী, থরায়বু করমনা মায়থীবা পিবা ঙমগনি ?

—মায়থীরবা লাম্মী

◆

পুম্নমক্তা মায়থীহৌরবস্থু অহল-লমনগী অমদি লাইগী শক্তম লৌরিবা মন্থরক্লবা মাণ্ডব অসি কিন্থহনবদি ঐ য়েংবা ঙম্লোই।

—মন্থরক্লবা মাণ্ডব

◆

মরৌ লৈরবা সংসার অসিদা, মতম পুম্বদা ঐনা ঐগী লাইবক্তবু বারৌজখি।

—মতম অমগী সেনাপতি

◆

জন চংনা পূজা তৌরিঙৈ মন্নুংদা, খোইরু-থাউমৈ খঙহৌদনা মুংখি।

—পরম-পরা

# ময়াই কারবা শামু

( রারীমচা কুনমাংথোই )

রাজকুমার মণি সিংহ







মমল : [মথুম অপাবা লুপা ২০.০০
[মথুম অথাবা লুপা ২৫.০০

অধিকার : অইবা

অহানবা থোকপা : ১৯৮৯

অফোঙবী : সুলোচনা দেবী

লাই য়েংকপা

জেকেৎ : শ্রীরাজকুমার জয়কুমার

মনুংগী মথুম : বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম অমসুং এম: এল: মোইরাং

ব্লোক : লিটল ইন্দস্ত্রিজ, পগোলবন্দ

জেকেৎ নম্বা : ইবোয়াইমা প্রিণ্টরস, মোইরাংখোম

মাইরিক নম্ফম : রাইজিং প্রেস, ইম্ফাল কপি : ১০০০

ময়াই কারবা শামু

( মণিপুরী ৱারীমচা কুনমাথোইগী খোমজিনবা লাইরিক )

MAYAI KARABA SHAMU

( Collection of 21 Manipuri Short Stories )

# রামাঙ য়ানবা

মণিপুরগী অইবশিংনা মতম পুন্নমক্তা মায়য়োক্লরিবা মরুওইবা সমস্যাশিংগী মথুংদা অমদি মখোয়না ইজবা লাইরিক ফোঙবা ঙমদবা অসিনি। অরাবসি কোক্লবা হায়রুনা খৃঃ কুঃ ১৯৮৮ গী সেপ্তেম্বর তাং ৩ দা "অইবশিংগী মরুপ" ( রাইটরস ফোরম, ইম্ফাল ) কৌবা সংস্থান অসি ইম্ফালদা লিংখি। অইবশিং অমসুং সাহিত্যবু সুংশিন্না মীওই কয়ানা পুল্লগা লিংবা সংস্থান অসিগী মরুওইবা পান্দমদি অইবা অমবু ময়াম চঙহনা মতেং পাংবনি অমসুং মহাক্কী লাইরিক ফোংহনবনি। অইবা মশা মশাগী থাগী শেনখায় পুথোক্লে অতুগা অপুনবা শেনফম অমা শাগৎনুনা মথং মনাউ নাইনা অইবশিংদা ফংহল্লি।

মরুপ অসিনা লাইরিক ফোঙহনা শেন্দোং তানবগী রাথল লৈতে। শুপ্লতগী অইবশিংবু পুক্লিং থৌগৎপা, তেংবাংবা অমসুং মগুণ লৈংবা লাইরিক কয়া মথং মথং ফোঙহনা মণিপুরী সাহিত্যগী পূকৈ হেন্না চোনহনবা অমসুং হেন্না ইনাক খুনহনবনি। খোঙজং অসি লাইরিক ফোঙবগী মায়কৈদদি অনৌবা আন্দোলনগী মশক অমনি।

শ্রীরাজকুমার মণি সিংহনা ইবা "ময়াই কারবা শামু" কৌবা রারী মচাগী লাইরিক অসি মরুপ অসিগী অনৌশুবা ফোঙবনি। লাইরিক অসি খ্বাইগী থুৎতা শীন্নজরি।

জমাখম বীরমণি
জেনেরেল সেক্রেটরী,
রাইটরস ফোরম, ইম্ফাল।

ইম্ফাল, অক্টোবর, ১৯৮৯ ইং

# য়াইহে অম'নিদং

মতমগী ঈচেলদা চোইজাইনদুনা মাঙথ্রুগদবা, হৈত-হৈত ইজবা য়ারী মচা খরদং খোমজিন্দুনা লাইরিক ওইনা কোংবা হায়বসি লুংশিবিবা কয়ানা তত্তনা নিংশিংবিবা য়াকমনি। ইং ১৯৭৮ দা য়ারী মচা তরাথকী য়ারী মচা লাইরিক, "অনৌবা যুগকী লুংশামপী" কোওকখি। হায়বগা তৌবগা মওং চানা থোক্লককখিদে লাইরিক্তু নমথোক-নমশিনগী মতাংদা! অয়াম্বা কপি মাঙহনখিবা তাথি। লোয়ননা লুংশিনা ইজখিবা য়ারী মচা কয়া খুৎনা ইবা ওইনা লৈরিভৈদা মথং মথং মাঙশিল্লকখি, যুম হোংদোক হোংজিন্দা।

হন্দক্তি রাইতরস ফোরম, ইম্ফালগী উৎসাহতনা য়ারী মচা কুম্মাথোইখক্তি খোমজিনজবা ওমজরে। থিবা খঙত্রবশিংগী মনুংদা নিংশিংই "তম্ফা খুদোপ", "উনাগী তাজমহল"। মথং মথং ইথিগে খঙরি পুক্লিংদদি। শিনকম্নদি তাঞ্জা অসি ইফং ফংজদে। মসি ওইবা তাই মায়া মরিচিকা।

হকথেংননা মতেং পিবিখিবা শ্রীঅরিবম কুমার শর্মা, শ্রীথিয়াম শরতচান্দ সিংহ অমদি অতৈ মরূপ-মপাং পুম্নমক্কী মকমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

ইম্ফাল, রাজকুমার মণি সিংহ

তাং ১, আগষ্ট ১৯৮৯

## মথং-মনাউ

---

অয়াম্বদি "ঋতু" মেগাজিন্দা, "আকাশবাণী ইম্ফাল"গী সাহিত্যগী থৌরমদা ফোংদোকচপ্লবনি। ইথিবা চহীসু রারীমচা মমিংগী মথাদা হাপচরি।

# ময়াই কারবা শামু

হে ময়াই কারবা শামু! ঙসিদি নঙনা তানবদা ঐ ফকঙাওনরে। চাই চাকম খংদে, তুমই তুমফম খংদে। নঙগী থেংনদনবা চেনবদা পান্নবা মালেম পিশক পিকখ্রে। ছাংলবা অতিয়া পুম্নম মমখ্রে। ঐদি খংখিদে, নঙনা অম্মুক শাথীরক্কনি ছায়বা!

মতম অমা, নঙনা পিক্লিভৈদা, মুংশিবনিদা। মীনা ছায়নবা, য়েংবগী পেনবা নাইদবা শামুনচা, নঙমুনিদো। তশেংনমক নঙ য়েংবদা ঐগী লৈজবা পুম্নমক করিমত্তা পাম্মুখিদে। নঙগী থরায়গীদমক ঐগী থরায় করিস্ত মমল লৈখিদে।

গুল্লবা জঙ্গল অহুদা, নথক্তনি ঐনা থেংনরুবা। করম্বা নমানা করম্বা নপানা মফম অহুদা নঙতমক করম্না ছন্দোক্লম্বা ঐদি খংখিদবনি। নঙ উবদা থিস্থ থিনিংখিদবনি। করিনা, নঙবু ঐগী কন্না ওইজনিংখি। নঙবু পুরক্লে মুমদা। ঐগী চাউরবা ইখোল, পিক্লবা জঙ্গল অমা ওস্থোক্তুনা নহাকপু য়োক্লকপনি, থাক্লকপনি। নহাক্না জর জর চাউরকপা, ঐগী পুন্সি তশেংনা মায় পাক্লবা পুন্সি অমা ওইখিবনি। নঙনা শাবা জগোই, মালেম অসিদা ,কনানবু অহুক ফজনা শাবা ঙমগনি!

খরা লৈরগা নহাক ঐগী জঙ্গল মচা অতুদা শাম্নবা চম্লক্লে। কোয়না চৎনিংলক্লে, ঐ খংডি, নম্নিৎ মচা অনি অতুদা পিগী ইরা হৌরকখিবা। নোংমা নিংথমথাদা নঙগী কৈজুপ লৈকবা চৎখ্রিভৈদা নঙ লৈরমদেদনা! ঐনা হাথু হাথু হল্লকপদা কৈরোই লৈকাই ময়াম্না চৈতুপ ব্রাতুপকা লোয়ননা অশাউবগী মৈরি কামথুনা ঐবু ওকলমই। ঐনা খুৎ লোল্লজবা কনানসু তাবিখিদে। থরায়তা খাকলকই, ঈহিং-নাহিং শানা ঐবু ফুবিখি। জ্ঞান লাকপদা নঙবু হন্না হন্না য়েংখি। উবা ফংদ্রবদা ঐ অমুকসু জ্ঞান মাংখি। জ্ঞান লাকপদা ঐ হোসপিটালদা লৈরম্লে। থা মথায় অমা চুপনা ঐ য়ুমদা হল্লকপা য়াহনখিদে।

ঐ হল্লক্লে য়ুমদা। মরুভুমি ওইববা জঙ্গল মচা অতুদা ঐ হন্না হন্না জ্ঞান মাংখি নঙনা লৈবমদবদা। কায়নথংদা পাউ ফংলে— মঙ পুলিস ষ্টেসনদা হাপতা অমা য়োৎহ্লিং-ফালাং চন্দুনা লৈরম্মী। অতুগী তুংদা নহাক "জু"দা থমখরে। ঙায়ঙমদনা জুদা চেল্লি। চংহনবিখিদে, ছুটিনি হায়তুনা। ছুটি লোয়বা ঙায়তুনা শাংলবা পুং তরানিপাল জুগী কোম্মোংদা ঐ তুমিন্না ফমতুনা লেনখি। অতুদগীদি থোং হেক হাংলকপগা ঐ চেন-শিল্লে। অসিদনি হায়, লৈরমদে, অতুদনি হায়, উদে। ঐগী থাংজবগী শক্তি লোয়শিল্লক্লে নঙবু হিবদা। মিন্নুংশি লৈরবা জুগী অহল অতুনা, মমৈথংদা নঙগা ঐগা উঃহনখিবনি, মীগী অফিসকী য়োৎহ্লিং খারবা কা অতুদা। নঙ ননাতোন থাঙ্গৎতুনা খোংখিদনা! মবোল অতু ঐগী মিংকী পিনা খুমখিদনা!

মতুংদা, নঙগী জুদা ঐ মুংতিগী লাকখি, নঙনা পামজবা চান-থরুবা ময়াম পুথুনা। নঙনা কয়াদা হবাওনা চাখিবা! অতুদা করিশু চানিং-থকনিংদ্রবা ঐসু পংচাদা চানিংখি।

কুইদে, জুদা ঐনা চান-থরুবা পুবকপা থিংশ্রে। থিংশ্রবসু ইশাতং চংলকখি লেপতনা নঙগা উন্নবা। অতুসু অমুক হায়রে, মুংতিগী লাকসু ঐনা হংডি করিগীনো? মখোয়না হায় নঙগী নত্তে জুসে। চুম্মী ঐগী নত্তে, অতুবু শামুমচাসিদি ঐগীনি। অতুদসু খুম্নকই, অঙাওবা।

ত.শংনমক ঐ ঙাওহবনি, ময়াই কারবনি নঙগীদমক। মখোয় থাংবা ঙমত্রমাল্লে অমুক হায়, হাপ্তা অমদা অমুরক। অদুদগী থরা লৈরগা থা অমদা অমুক্তুং।

অসুম্না চহী থরা হৌখরে। নোংমদি ভাব তারকখি, নঙ য়াম্না চাউরম্লে। মপা পারেপ, নপু ফারেপ ফারমলে। ঐসু মহৌশা নংলক্রে শরু-শয়াং চীকলক্লে।

মতম থরা ঐ হকচাং ঙমদহুনা নঙগী ননাক্তা য়ৌরকপা ঙমখিদে। করিগুম্বা নঙনা চিঠি পাবা হৈরমলবদি ঐ শোয়দনা ইরকলমগদবনি। নোংমা নিনি নারগা ফরক্কদৌরোই নিংখি। অদুবু অকনবা লায়না অমা ওইখিবনা ঐ থা তরুক হেন্না হোসপিটালদা লৈবা তাখি। ঐ পাউদি লৌবনি নঙ জুদা করম্না লেল্লী। নঙগী লম হেনবগী ন্নারী মতেক মতেক তাখি। ঐনা খনখি, নঙগী হকচাং কায়াৎশিং ইনথৎলকপগী খাঙঙম-দবা ঈপোম হৌরম্লগনি।

কুইদে, ঐনা হোসপিটালদগী যুমদা হল্লকপদা পাউ তারে নঙ জুদগী নাম্থোক্তুনা চেনখ্রে। অন্নাবসু পোকখি, মুংঙাইবসু ফাওখি। নঙবু কদায়দা লৈরমগবা! জুগী কাঙবুনসু কন্না থিখি হায়। সরকারগী কাঙবুনসু নঙগী লীখুন কুপ্পা লীখি হায়। কনাগুম্বা মীওইনা থেংনবা য়াউদুনা পাউ পিংক্লবদি মনা চাউনা পিগনি হায়না লাউথোকখি হায়-নসু তায়। ঐনা নঙগু থিগদৌবসিনা কদোমদনো! চমম্মনরিঙৈদা পুলিসকী কাঙবু অমনা ঐবু থিরকখি। ন্নাহং কয়া হংখি। অপেনবা পাউথুম ফংত্রদুনা অদুম চংখরে।

ঐ য়ুম থাদোক্তুনা ইথম্লতা খোঙশাল্লক্লে পোৎয়োম চায়োম পুদুনা। জঙ্গল অমদগী জঙ্গল অমা মথং মথং লাল্লক্লে। নঙগা ঐগা অহানবা উন্নখিবা জঙ্গল অদুদা থা অমা চুপনা ঐ ফমদুনা লেংখি, করিগুম্বদনা উঙাউথক্তা, করিগুম্বদনা মুংগী শুকং মচান্দা। নঙদি থেংনবা মরৈখিদে। অহোয়ননা চিংনবসু পোকখি—নহাকপু লৈত্রবজাৎলা অহিংবা ওইনা। অদুবু তং তাত্রি-ফাঙবদি খিখিবা তারি।

মতম কয়া অমা লেপ্লে চীঙ্গোনমুংদা। নঙ নত্তবা জঙ্গলগী শায়াম কয়া থেংনৈ, নঙগী লীখুন্দি ফংবা ঙমদে মখোযগী মওং মাত্তোদগী। অদুবু পুক্নিংনদি হায়রি, নঙ লৈরি, নপাংলক্তা মুংঙায়না লৈরি। মীওইবনা য়োবা ঙমদ্রবা শুক্লবা মফম অমদা নিংথা তম্না চানিংবতা চা, তুমনিংবতা তুম, হৌখিবগী নিংঙমদবা কয়াগী লম্মন শিংদোক শিংদোক্লুনা, পুন্সিগী অওনবা ঈরাংদা পুক্নিং মকা লামনা নঙ শোয়দনা লৈবমখিগনি।

অদুগা নঙ নিংশিংলমগদবা এবু করিগুম্বা মিৎকুপ্তা? নঙগা উন্নরুবা মিৎকুপ অদুদগী, নংগা লোয়নরুবা মুহিৎ অদুদগী এদি মীওইবা অমা ওইবগী হৌন-লোনচৎ পুম্নমক থাদোকখ্রবনি। এগী লৈজবা পুম্বা নংগীনি হায়দুনা চাউথোক্লা হৌখিবা পুন্সি অসি লেনখ্রবনি। হৌজিক্লা, শুক্লবা জঙ্গল অসিদা কিনববা চিংমুং মাচুংসিদা, চীংচপ লোকচপ মবকসিদা, চীংজুম থক্ল থক্লদুনা নঙবু উনিংবগী পাঙ্গলতনা এবু হিংদুনা চৎহল্লি।

হিংবগী অর্থবু ঙাইবা হাযবসিবা? কয়া কুইনা ঙায়গনি? পুন্সিগী তাংলবা মীৎকুপশিং ফাক্তিন্দনা কনানা থম্বা ঙমগনি? এ ভাব তারাক্ল। কান্নরবোই এ চৎলগে অদুবু কদোমদনো?

বিজ্ঞানগী অশুক চাউখৎলবা মতম অসিদা কদায়দবু লৈরমগনি মীওইবনা য়োবা ঙমদ্রবা শুক্লবা মফম, এগী শামুনা লৈরমগদবা! এগী অপঙবা রাখল এতনা থংজরকলে। এ অমূক যুমদা হল্লকলে।

শামু ময়া য়োনবা তুকানশিংদা এ চৎলে। অনোবা শামু ময়া থুংলবরা হংঙুই। কনানবু অচুম্বা হায়বিরক্কনি। অনোবদি লাইবদুনা অরিবা ফাওবা য়োন্নিংঙাই মরাং কায়না ফংদরে হায়রকথি। লৈতেং ওনখ্রবা শামু ময়াশিংদুদি এদি করম্না মশক খংবা ঙমগনি। মতাং অদুদা এগী উপায়বু কবিনো!

রাখলগী চমল লৈরিবা এনা হন্না হন্না অমূক কোয়থি থিরুই—সার্কস পার্টিশিংগী কুম্মৈ তৌফমশিংদা। মমিৎতগী শিম্বুরকপা পিরাংনা

থুমহৎলবা ময়াং কংলবা শামুশিংহুগী মরক্তগী অমত্তনা ঐবু উবদা মনাত্তোল থারংলকখিদে।

উমংশিংদা মহাজনশিংগী উ চিংলিবা য়োংহ্লিং খোংজিনরিবা শামুশিংহুগী মরক্তস্থ ঐবু শক খংবিবা অমত্তা য়াউরমদে। দেশ বিদেশ-শিংদা খুদোলপোং ওইনখিবশিংহুগী মরক্তস্থ নগু য়াউখিদে হায়বা ঐ ফজনা খংই।

অহুদি, করম্বা স্বর্গদেবগী কারাগারদা, পরিংদা পেম্বাং পাইবা য়াত্রবা শামু লমশা ওইহুনা নত্রগা করম্বা শোরারেনগী পুন্য চেন্নবা ঐরাবত ওইহুনা, ঐনা উররোইদবা মফমদা নগুনা লৈথোকখ্রগা ময়াই কারবা নগুগী ভূৎ-প্রেত অহুনা করিগীদমক অরেপ্পা লৈতনা ঐবু কোয়তান তামরিবা।



# মতম অমগী সেনাপতি

লানফমদা চোকথরবা সেনাপতিনা খন্নখি :

"ঐখোয়বু লান অসি শোক্লখিগদ্রা ? চংশিনসি হায়বস্মু ভমদরে, হন্দোকসি হায়বস্মু কদায়নো ? ইশাগী ইজ্জৎতা কল্লবা শাফু অমনা ফুররে। রাখল চোইরবা হায়বহুরা ঐসিবো ?"

"তৌবগীদি ঐদি হুকুম অমগী মখাদা লাকপনি, ঐনবু কৈদৌ-দৌরিনো ? হৌজিক্কী রায়েপ, ঐতগী ওইবা য়ারোই। তাল্লবা তাইদনা, লাকমিল্লরিবশিংগা। অহুগা অমুক ইথকথোংবদা হায়থিনবা।"

ফম্মীল্লরে হাল্লগুম ঐগা লাকমিল্লবশিংগী লূচিংলিবশিংগা। তরেৎ তরা থোক্লা মমুৎতানা থরৈ-নৈনৈ। তাববুদি মুংঙায় মরামগী অয়োইবা খোল্লাউ :—

"পূন্নমক অসি ঐঙোন্দা নৈরে।"

অরিবা রাথল অমদি অনৌবা রাথল অনিগী চয়েংনবা মরক্তা হাম্নগী হাম্না অতুম ঐস্নু ইতাউ তাউনা হায়খি :—

"লান শোক্লবা হায়বসি ঐখোয় খুদিংগী শেংলবা ধর্ম্মনি, তাঙলবা পুন্সিনি। মায়পাকপা য়ায়, মায়থীবা য়ায়। হিংদবা য়াদবগুম, ইথৌদি খক শোয়ফদে।"

অমুক ইথন্তা ঙাল্লবা কান্দা, ইশানা ইশাদা হংজরে:

"ইথৌদা করম্না শোয়হন্দবা তাবা? হুকুমগী য়াদি হুকুম্নি, ইথক-খোংবদা, করম্না ইশাগী য়াকৎ ইরায় লায়না হেক্তা পিশিল্লুবা তাবা, পুন্নমক অসি শোয়না ইথঙ-খঙনরবদা?"

ঙসি কাওববু ঐনা ঐগী ইথৌ, মীনা য়ানিংনা পাংথোকখ্রবরা? থেংন-থেংনরুবা সমস্তা, তক্লিং তক্লিং পাংথোকখিবা ইথৌশিং, খক্সুরুবদা ইশানা ইশাবু হল্লোইজবা পোকই। মরৌ লৈরবা সংসার অসিদা, মতমপুম্বদা ঐনা ঐগী লাইবক্তবু য়ারৌজখি।"

মায়গৈ অমরোমদগী য়েংলগদি, ঐগী লাইবক্পা, পামনরবা সেনাপতি হায়বত্থমদি ওইহল্লে। ঐগী লাইবক্পা, কল্লবস্থ, শোল্লবস্থ কাংলুপ অমগী লুচিং পুরেল অমগী ফমদি ফংহল্লে। ঐগী লাইবক্পা পুন্সি অমগী মমল য়াম্নবা তাঙ্গা কয়াদি পীরে। ফরবা লাইবক অসিবু ঐনা হন্না হন্না য়ারৌরি। মাসে, ঐবু ঙমখিবা অমদি ঙমখিগদৌরিবা য়েক্লবশিংদা য়াম্না ফরবা খুদোংচাবা অমা, ঐনা হেক হেক পিবা ওইরম্বা তায়। পিনিং-ঙবা খুদোংচাবা অসিবু মতমপুম্বদা ঐনা হেক হেক পিগদৌরিবসিবু করিগীনো?

ঐনা খল্লি:

"ঐগী য়েক্লবগী মথুংতা ঐগী অপাম্বা পুন্নমক লৈখ্রে। ঐগী মীচঙ্দনা, ফংত্রবা খুং ঙাক্তা। য়েক্লবগী পাউ অফবা ঙাক্তা, খুংকন শাঙ্গনলকপা ঙাক্তা। ঐখোয়গী পাউ তাহন-উহন্নিংদবমক্তা।"

"তৌবগীদি নিংবা থুংত্রবা, নত্তেদা, শাথীনা নিংবা কায়রবা অসিদা খঙহৌদনা থৌনাগী অকনবা মৈরী তামদি হেক হেক চাকথংলকপগুম তৌই।"

"মৈরী অসিগী মতীক মঙাম্না, অশোক অনা ময়ামগী মরক্তা ঐনা কোয়চৎ চৎনিংবা পোকই। মৈরী অসিগী মৈশানা, অমম্বা মরক্তা, কনাসু উহৌদনা মাঙশ্রগদবা পি চহুম চহুমশিংগী অমদি ঈঙাংগী লৌখোঙ কয়াগী ছিসাব পাশিনহৌবা গুম্মী। মৈরী অসিত্তনা চুখৎপা গুমখিগনি খল্লি, য়েক্রবগী মায়কৈদা কিনিংঙায় ওইরবা মৈজাও কয়া অমমুক।"

অতুদা, মৈরীতনা লান ঙম্বদি ওইখোক্তে। লৌশিং পাঙ্গল, খুৎশু-খুৎলায় অমদি চেৎলবা য়াশক মথং মথং কয়ামুক চংলি। শুমমক অসি ঐঙোন্দা অনৌবা নত্তে। ঐঙোন্দা তোয়না তোয়না তেমশিংনরিবদি মীওইবগী শোল্লবা থম্মোই। নিংঙাই-চাউরবা থম্মোই।

শোকলবা থম্মোইনা কাউথোকপা গুমদে মথং মথং :

"নেশা! নোংম-নোংমগী মথল মথেল য়ামখৎলকলিবা নেশাগী মতীক-ময়ায়!"

অরাবদি, মতীক ময়ায় অসি কুইদে, লোইশ্রবা কান্দা পথ-পুমথ-রকপশিং, কনানবু য়েংনিংগনি? মতীক ময়ায়না কুপলিঙৈদা শোয়খি লানখিবা য়াখলগী থৌশিল-থৌওং, ময়ায়না খমশ্রবদা নিংঙমদবা কয়াগী মোংফম পরেং পরেং উরকই। অতুবু ময়ায় অদো শক্তি অমদি লৈবা জাৎনি। লান্দদি শক্তিনি। লাম্মী হায়তুনা নেশাগী শক্তিতনা মায় পাকপদি খনবদা খরা য়ানা থোকলি।

"নহা! ঈ খেগৎলকলিবা, লৌশিং চম্মন্নরিবা নহা!"

নহা ওইবগী পাঙ্গল কল্লকনিংঙায়নি। মসি য়াউজ্রবদা জগৎ অসি শোয়দনা হামচৎননা উগনি। নহাগী কল্লবা, শাফু য়াউরবা ঈচেল তঙাউবসি কদোম কদোমদনো চেলহনগদবা মসিনি অরাবদি। অকুৎ অকুৎপা-য়েংহুনা মাদি শোয়দনা চেম্ব্খিগনি। কদায় কদায়না কুৎহন-গদবা অসিবো। কুৎহনবা হায়বতুমক করম্না অরায়বা য়াফম ওইগদৌরিবা!

"মুপী! লমচৎকা শীংনরিবী, থোৎ-মেংলবী, নিংথিরবী মুপী!

কল্লবা কালেনগী তেম্পাক, নৌরবী লৈপাকলৈগী লৈনানা থুগাইবা লায়না গুম্মী। ঙাংনা ইকলবা ইম্পাতকী থম্মোই কয়া তপাচরবী মুজা-

শিংনা উনগুম ইংহনবা ঙম্মী। মোনথরবা পুক্লিং মৈ হৌনা শাহনবা ঙম্মী মুপীতনা। চুম্মী, মুপী ওইবীশিং, মহৌশা লাইরেম্বীগী শকতমনি, জীবশিংবু নাউকোল্লীবী পৃথ্বী মাতানি। অদুদা, মীওইবগী পুন্সিদা থরায় হকচাং হায়বদি খায়রি। হকচাংতনা থরায়বু ঙাকশেন্দুনা মতম পূম্বদা থম্বা ঙমদবগুম থোৎ-নৌরবী মুপীগী হকচাংনা মুপা ওইবশিংগী হায়ঙম-তৌঙমদ্রবা থরায়বু কয়া কুম্লনা ঙাক-শেন্দুনা লমজিংহুনা লৈবা ঙমগনি? মতমগী ঈচাউদা মুপী ওইবীশিংগী ঈরাক্লরকপদা পাম্বোম তিংনা ঈকল্লখিবদি মুপানি। অমুক তুবা, অমুক হৌগৎপগী পুন্সি খোঙচৎতা মুপী-মুপাগী থুৎশম্লবদি তঙায়ফদবনি। অদুদা করম্না নান-থোক্লখিবা মসিনি মতম কুয়নগী ব্রাহং?

সমাজ! সিম্নানা লৈত্রবা, অমম-অঙান খায়রিবা সমাজ!

ঙা ঐখোয়গী ঈশিংদি সমাজনি। ঈশিংনা ফরবদা ঙাগী লায়বক ফবনি। ঈশিং অসিনা মওং চারক্ত্রবদা ঙা ঐখোয়গী ব্রাকৎ করিনো? তাবিগদবনা কনানো?

পাক-চাউরবা পৃথিবী অসিদা কাংলুপ-কাংলুপকী অথোই-অহেন তান্নরি। কাংলুপ-কাংলুপকী মনুংদসু অমুক, মী অমগা মী অমগা অথোই-অহেন তান্নরি। অথোই-অহেন তান্নবা পুন্সিগী থাদোকপা য়াত্রবা শক্তম অমনি।

তান্নবা অসিদা, ঙা অচৌবনা ঙা মচা চায়। হাৎপিগদৌরবা ঙা মচা! নঙগীদমক কনানা থম্মোই শেংনা ব্রাবিবগে? ঙা মচা কন্নবা, ঙা অচৌবা হাৎপা তাবরা? জগৎ অসিদা শেল পায়ববা শক্তি লৈরবা ঙা অচৌবশিংগী য়েক্লবা তুম, কনা কনা লৈরিবগে? তুমসু অতুমঙায় ঙা মচাদি অতুম হাৎতোকই। হাৎননবগী থুৎলাইসু বিজ্ঞাননা কয়াদা মতেং ফজনা পীরিবা!

পূন্নমক অসিগী মনুংদা ঐগী সমস্যাদি, লান। ঐদি লান্মী। লান্মীগী অমত্তা ঙায়রবা হিংনবগী উপাই, লান। লানবু তৌত্রবদা অরেম্বনি ঐগী সেনাপতিগী ফম।

পাউ ফংলে, ঐগী মায়কৈগী মথং মথং মায়থীরকপা, মথং মথং নিঙবা কায়রকপা, মথং মথং, ঐবু চৈরকপা। হে থুং ফজরবা ঐগী লাম্নীশা! মায়থীবদা করম্বা মার পাকপা অমা অমুক লৈরিবগে, মাহু অমুক্তদি খঙখিসি, অত্থুগা শিরবম্ন শিদোকসি।

ঐগী চেকশিন্না ঙাকশেল্লবা কা মনুংদা, রাখল অসি খম্থ খম্থনা ইথম্নতা উংজা পুরিঙৈদা, ঐগী লাম্নী অমনা পাউ অমমুক পুরকলে, ঐবু সেনাপতি হাপ্পিরকপা লান মায় পাকলুচো থারকপা হুকুম মপুদগী :

"লান লেপলো হল্লকলো।"



# অমম-অঙান

ল্লারী-ল্লাতাই শাবদা মুপাশিংনা মাগী মুপীবু "ঐখোয়গী মুপী", মুপীশিংনা মপুরোইববু "মাগী পাবুং" হায়দুনা হায়নৈ। অদু ওইরবদি "ঐখোয়গী মুপী" গা "মাগী পাবুং" গা কন্না য়ানদ্রিবসি য়েঙ্বী মচা অসিগী হাক্তকতনি! থা খরগী মমাংদা য়েলহৌং থাবগী লৈরক্তা কোইজায়নরিঙৈদা মাগী পাবুংনা ভোট খোম্বা চৎলুবগী হল্লকপদা মুংথিল তাল্লক অমদা থেংনরুদুনা য়েন মচা অঙাংবী অসি পুরক্কুনা য়েন্নখাদা পোল্লাং অমদা লোন্না য়োকচবনি। চেংফুদগী চেং খরা, তুকনাদগী ঈশিং খরা, মুতিগী মাগী পাবুংনা লোন্না লোন্না শরুক তমই। ফনা লোন্না হোৎনজদুনসু ঐখোয় মুপীনা ক্ষেক্তা খঙই। মচা লমহেন্নবনি, ধর্ম্মনা য়াদবনি খঙনা খঙনা মাগী পাবুংনা অরোনবা থবক অমদা থল্লায় য়াওশিল্লকপসি মহৌশা তৌরমদবনি। কনানা ইনশিল্লকপনো মশোক লাক্কুনা চবান থাগে খল্লি ঐখোয় মুপীনা।

অরোনবা হৈনরমদবা মাগী পাবুংনা হন্দক্তি অরোনবগী মুংঙাইবা রাগ অমা কন্না শাগৎলকই। নোংম-নোংমগী অপিকপা য়েন্নাউ অহুনা জর জর চাউখৎলকপা উরগা মাগী পাবুংগী পুক্লিংগী পোথাফম ওই। অঙাংবা মচু অহু নোংম নোংমগী শাংগৎলকপা, লংখৎলকপা উরগা ঈশ্বরগী খুৎশেমদা অঙকপা পোকই। ঐখোয় মুপীনা য়ুমদা লৈতবা কান্দা পোল্লাংদগী মপান্দা থাদোকপি— কয়াদা হরাওনা কোঁরচেন চেঞ্জবা। তিল কাঙ মচা-মশু তান্নবদা কয়াদা হৈ-শিংলবা। মখোং অনীহুনা মতুংলোমদা চরু-রাইরু ফৎ ফৎ খৎতোক্লুনা মম্নিৎ মচা অনী অহুনা কয়াদা কুপ্না লৈখাদা য়েংহুনা, অপীকপা মচীন্না তাপ তাপ খুন্দুনা চাবা। চাবা মরক অহুদা চিক চিক খোংই, মায়গৈ মরি শৎ শৎ য়েংই— মশা অহু পুমখিং খিংই। কুরাক অমা অনী পাইরকপদা ফন ফন চোংখৎতুনা তান্নে।

কোবী, হঙ্গাম, ফদিগোম ইখোল অহুদা ফৈদোম নাইনা হৌরি-পাল্লিবা মনামশিং, মহৈ-মরোং পুম্নমক মানা কোয়চেন চেন্দুনা মচীন মচা অহুনা কক কক থৎলি। খজিক খজিক্তনি, থুংবদি পুমথুং থুংই। মাগী পাবুং কোই নান্দুনা অম্লুম য়েংই, পিক্লিবা মচানিপা অমথক লৈবহুগা মথুৎ থিন থিন্দুনা নোকমিন্নে।

"নমা লাকঅনি ফাজিল্লো ইবুংঙো" হেক হায়।

মচানা কোয়তান তান্নে ফংবা লৈতে য়েন্নাউ অহুনা মখোঙ য়াঙ-লিবম্লু। লৌশিং লৈবা মচাহুনা শম্বল মরুমদা তুমিন্না লোৎতুনা লৈরগা তাপ ফাগে চোংশিন্নকপদা ফারম্মগদৌবোই নিংই, তুশিনখিবা মমায় অহু হাইগৎলকপদা নাহী তাবগী ঈ চেম্থবা উরে মনাতোন্দা। মাগী পাবুং পাখৎতুনা বালতিন্দগী ঈশিং লৌহুনা মচাগী মনাতোন শেং-দোকপি। য়েন্নাউ অহুনা লাপলপ্লা মতু ইপোন পোন্না চপ লেপতুনা য়েংহুনা লৈরম্মী।

—মাগী পাবুং লম্মন খুৎনিংবগী ৱাখলগা লোয়নন্না য়েন্নাউ মচাহ্ন কোয়তান তায়ে। মাগী শক্তি য়েন্নাউ মচান্না খণ্ডই। লক্ষ লক্ষহুনা কোইচেন চেন্নী, কাৱা ওমদে। পাক-চাউৱবা ইখোল অহু য়েন্নাউ মচানা সুবিধা লৌই। মাগী পাবুংগী শক্তিগী ৱাংমদা মানা লিং-লিংতুনা নাম্বোকই। মাগী পাবুং চোকথরহুনা অশাউবগী শক্তম লৌরকই। শাওজে হায়বহু-মণাই, য়েন্নাউ মচানা মুমিং অহুদি জয় তৌখরে। নিংতম্বগী আন্দোলনদা য়েন্নাউ মচা মায় পাকখরে। মতম অহুদা মাগী পাবুংনা ঐখোয় মুপী নিংশিংলকখি। মানা নহালমখৈ য়াম্রিবসিদি শিনা ওইরে। শারমচংপু ঐখোয় মুপীনা য়াদবা পুমচুম চুম্মী। ঐখোয় মুপী অচুম্বদা ভাংবিনি, হৌনবীদা শাকপিনি খনখি।

খন্না-খন্না মুমিং তাশিন্নরে। য়েন্নাউ মচা উপাই লৈরক্লে। মাগী পাবুংনা লায়না ফারে। পোলাং মমুংদা হুনজিল্লে। 'নও হয়েংদি খওনি' খন্না-খন্না খম্মোইদা ৱাৱৈ চাকখি। ঐখোয় মুপী লাক্লগা মায়ঙীরে হায়গে খনখি।

মুমিদাং অহু মাগী পাবুংগী অৱাবা শক্তমনি। হায়গে খনবনি হায়বা ওমদে। ঐখোয় মুপীনা কৈথেল কুয়ক্লগা চাক-ঈশিং চাহুনা পোথারবা মতমদা ফুঙ্গা ৱাংম-ৱাংম ফন্নরগা ৱাহৌদোক খর পীরকখি।

—মাগী পাবুংনা হন্দক য়েন্জীং থাবগী য়েন্নাউ মচা অমদা পূক্লিং খোয়দাবিরকপা অসি ঐদি অৱাবা শক্তম অমা লাংলে। কন্না হায়বসু ওমজদে লৈকাইগী অমদি পীক্লিবা ইচাগী মমাওদা ইকাইবা পোকই।

—মুপী, ঐস্নু খণ্ডই নণ্ডগী অৱাবা। অহুবুনে করি তৌবগে য়েন য়োক্লবগী থবক অসি সরকারনস্ন য়ারবনি— পৈশা তানবগী লম্বীদা অৱায়বা উপাই অমা ওইনা। মহুদদি ঐদি খোইনহুম কল্লক্তে। অতোনবা জীব য়োকপগী মুংণ্ডাইবহু ঐদি হন্দক্তা খণ্ডই।

—অহুবু মাগী পাবুং, অহল-লমন্না য়ারমদবা জীববু ঐখোয়না নৌনা য়োকনি হায়বসি ঐদি ভাব তাক্কদে। ইনাং নওবা থবক্তা মতম মাওহনবা অকবনি করন্না হায়গনি? অহুগী মথক্তা মীগী দযা-লাংফম

পূম্নমক শিন্নথোরকপা জীব অমবু ইশায়গোন্দা য়োক্লুনা থম্বা ঐখোয়গী অকবা ওইরোই, য়ারবর্দি হয়েংমক থাদোকখিসি।

—মুপী, নঙগী য়াখলহু ঐসু য়াদবর্দি নত্তে, অদুবু, ঐঙোন্দা চঙজরকপা জীব অমনি। চঙজরকপবু কনবা হায়বসি ঐদি পামজরুরে, কমদৌনি ?

—চঙজরকপনি হায়হুনসু ইশা মাঙহনগে লাকপদি করম্না পামকম থোকপগে।

—অদুবু মুপী, ইরায় লায়বা য়াফমসিবু অদুক লুনা পুথোক্কদবা নত্তে। কোক য়োম্থোকখ্রগা লোইরেদনা।

—অদুদি মাগী পাবু হয়েং হেক্তা য়োম্থোকখ্রসি।

—হোয়, হয়েং অমুক খম্নসি।

অমুক ওইরক্লে, য়েন্নাউ মচা লৈবা মী লাকলে, ঐখোয় মুপীনা শীন্দুনা। য়েন্নখাগী পোলাং তম্না মাগী পাবুং চঙলে। য়েন্নাউ মচাদগী য়েন্বী মচা ওইরবা জীব অদু মখিৎ তরু তরু পাঙহুনা লৈরম্মী। ফজবগী শক্তমনি, মাগী পাবুং পুক্লিং হোংখরে। পোলাং অদু মমাং-শঙ্গোইগী মরুমদা লোৎশিনলুরে। ঐখোয় মুপীদা মীনম্বা ভাংখি। লৈরমদরে।

ঐখোয় মুপী য়ারৌখি— মুপাগী শাজৎ মুমিদাংদনা হায়নবা য়াবা, নোংঙাল্লগা থোকঅবা অমা ভৌবা।

খঙদেদা য়েন্বী মচাগী অমম-অঙান, অমুক্তা ঐখোয় মুপী, অমুক্তা মাগী পাবুং —মখিৎ মচা অনি অদু কোরোক কোরোক ওল্লি, মঙক মচাহু ফৎ-ফৎ থাঙ্গৎলি।



# লাইগী লৈবাক্তা

অশাবা নত্রগা অয়েকপা নত্রগা অহাঙবা, মী ঐখোয়না লাইনি হায়রুনা থাজরুনা খুরুম্মরি, লাংনরি। খরা অমনা পুন্সি কখোকই, খরা অমনা খুদোংচাবা লোই, খরা অমনা মপুন্সি মাঙহল্লি। লাইগা মীগা লৈনরিবা মরী অসি অঙকপনি। য়ারী লাইরিক কয়ানস্থু ঐখোয়গী পুক্নিং অসিবু পুনিং পুনিংবা মায়গৈদা পুহুনা চংখি।

লাই থাজদবশিংগী মসুংদা ঐ অমুকস্থু ওই, অমুক্না থাজবশিংগী মসুংদা ময়াওশিল্লি। অঙকপনি, পুক্নিংনা ঈংলিঙৈদা লাইবু কাউথোকই, থাজরুরে। পুক্নিংনা লাওলক্লবা, অরা পোৎজুম পুরবা গতি লৈরক্লবা মতমদনা লাইবু হেক-হেক নীংশিংই, মঙোন্দা চঙজনীংই। তশেংনমক ঐগী পুক্নিং অসি লাইগী মমদদি য়ারক্লবা হায়বত্থু ওইবা ভাই। লাইদি লাইথুহুনা ঐনা ইশামক অসি কাওবা অমুকস্থু থাজৈ, অমুকস্থু থাজদে। মীওইবা হায়বত্থু ওইবা ভাই।

নিয়ম নাইদবগী হোনবা মতম অমা ঐগী হকচাং কমা নাগ্রে। শোত্থরক্লবা হকচাংনা পুক্নিংবু য়াম্না য়ায়োহল্লে। অনাবা হকচাং অঙ্গ থঙনা চায়বা ময়াম্না কমশেকশিংদা মঙ, ওই, হা ওই পুক্নিং অসি নত্রগা

থরাই অসি কোয়চং চংখরে, ঐ শাহ্নুনা, হকচাং পোলাং অহু থনমগা।

পঙচং চংলুরবা মহুংদা লাইগী লৈবাক য়োরে। ফজৈ লাইগী লৈবাক। অচুম্বমক ওইরম্মী লাইরিক লাইগুদা অমদি অহল লমম্মা হায়নবা লাইরৈবাক।

লাই কোত্তি কুন্থ্রাহুমদোই হাংলবা লম্পাক অমদা থুন্দিম্মরম্মী। লম্পাক অহু অনীথোক্লা খায়দোক্লুনা কম্মী— অফবা লাইগী কাওলুপ, ফত্তবা লাইগী কাওলুপ। কাওলুপ অনী অসি করি মরোল্দনো খঙদে— লাউনৈ, খোংনৈ, মরৈ কম্মা য়েংনৈ। ঐনা মচী অমদা তুমিন্না লেপ্লুনা কুম্মৈ য়েংহ্নুনা লৈবহু কনাগুম্বা লাই অমত্তনা উখিদে।

ঙাইহাক লৈরগা খঙহৌ উহৌদনা, ঐ খ্বাই লাউখি, য়েংখংলুবদা মথুত্তা থাংশাং অচৌবা পায়বা নিংগ্রী শেংপা, মুশীল মুবা, মবুক কংবা লাই অমনা ঐগী লরাইগী শম অসি থুদাপ অমা থংপায় পায়-শিল্লগা হংই:

"নঙ কনানো? কৈদৌবা লাকপনো?"

ঐনা পাথত্তুনা লাউখি— "ননাই ঐ মৈতৈ লৈবাক্কগীনি, লম্বী ঙাওহ্নুনা মফম অসি য়োরকপনি।"

কোক্কী শম অহু থাদোকই, অমুবা তুপী অমা ওকশম ফাওবা উপশিল্লকই; ইশা শাগল অসি পায়রগা চিংহ্নুনা পুই। শারং উপু ময়াম পরেং লেংহ্নুনা থম্বা শায়োকশঙগুম্বা মফম অমদা উপশিবা তুপী অহু শত্তোকখি। উপু অমগী মহুংদা ঐসি ইনশিল্লে, শো লোনশিল্লে, অহুগা মা তুমিন্না চংখরে।

ঙাইহাক লৈরগা ঐগী লমগী মীওইশিংগা শকমান্নবা সনাগী কুচু মানবা ফজরম্মা লাই অমা ঐগী উপু মনাক্তা লেপ্লরে।

—"হুপা, ঐ নঙনা হুংঙিগী নমুমদা লাংলিবা সনামহি হায়বা লাইহ্নুনি। করিগীনো নঙনা মফম অসি য়োরক্লিবদি?" ঐনা ঐগী উপু মহুংদগী খুং লোয়হ্নুনা খুরুম্মী।

—"ইবুঙো, ননাই ঐ লম্বী ঙাওহ্নুনা য়োঙরকপনি। হুংঙিগী

খুরুমজরবস্থ নোংমত্তা শক উবা ফংজদ্রিবা ইবুধৌ, ওসিদি দর্শন ফংজরে। ননাই ঐসে কয়াদা লাইবক ফরবা!"

—লাইবক ফবা কদাইদগী ওইগদগে অপংবা। মফম অসি লাইগী লৈবাক্কি নওগুম্বা তাইবং মীনা লাকপা য়াবা নত্তে। হৌজিক্কি নঙ করম তৌগনি, নয়ুমদা হনবস্থ য়াররোই!

—অদুদি ইবুধৌ উপু মন্নুং অসিদা ঐ স্থম পুন্সি লেনবা তারবরা?

—উম লৈবা তারে, নঙগী নরাল য়াম্না লৈরে।

—লম্বী মাওবগীরা, ইবুধৌ?

—অদুদস্থ নত্তে, অতৈস্থ লৈরি

—খজিক্কুং খঙজবা য়াগদ্রা ইবুধৌ?

—নঙনা নঙগী নয়ুম অদু মরা তপ্না থম্বা ওমদে, নঙনা নঙগী নরৈকাই লাংহন্দনা থম্বা ওমদে, নঙনা নঙগী তাইবং লোনচৎ কয়া থুগাইনা নপুন্সি লেল্লুবদগী মালেম পৃথিবীগী পোৎলুম অসি নোংম নোংমগী হেনগৎলক্লে।

—পুম্নমক অসি ঐগী ইরাল ওাক্কা ওইথ্রবরা, ইবুধৌ?

—ওইরদুনা হায়রিবসিনি।

—অদুদি ইবুধৌ, মরাল লৈবা মীবু লাইরৈবাক য়ৌনব্রা?

—মহৌশা ওমলমদে, ওল্লকইবা মতমগী ফিভম অসি য়েংদুনা লাইয়ামনা ব্রারেপ লৌখিবদগীদি নঙগুম্বা মরাল লৈরবা তাইবংমী কয়া হকথেংননা থমননবা উপু শারং ময়াম শাদুনা থমলিবা অসিনি।

—অদুদি ইবুধৌ, মরাল লৈতবা ধর্ম্মচেনবা তাইবংমীশিংদি নোরোক্কা লৈহনখিবা তারেদো?

—মদুগী ব্রাফমদু খন্নরি, ব্রারেপ তাদ্রি, মতম খরা চংখিনি। অদুমকপু নঙনা হায়বগুমলদনা লৈরম্বস্থ য়াই ওল্লকলিবা ফিভম য়েংলুরগদি।

—অতৈদি লাইরি, ইবুধৌ তিলহৌরিবা লাইয়ামশিংদু কনা কনানো? খম্নথ্রবা, খন্নরিবা, অরুবা ব্রাফম খরদং খঙজনিংই হায়বদি তাকপীয়ুবা।

থরাই অসি কোয়চং চংথরে, ঐ শান্থনা, হকচাং পোলাং অহু থনয়গা।

পঙচং চংলুরবা মতুংদা লাইগী লৈবাক য়োরে। করৈ লাইগী লৈবাক। অচুম্বক ওইরম্মী লাইরিক লাইগুদা অমদি অহল লময়া হায়নবা লাইরৈবাক।

লাই কোতি কুম্বু্াহুমদোই হাংলবা লম্পাক অমদা খুন্দিময়রম্মী। লম্পাক অহু অনীথোক্লা খায়দোক্লুনা কম্মী— অকবা লাইগী কাওলুপ, ফত্তবা লাইগী কাওলুপ। কাওলুপ অনী অসি করি মরোন্দনো খওদে— লাউনৈ, খোংনৈ, মরৈ কল্লা য়েৎনৈ। ঐনা মচী অমদা তুমিন্না লেপ্পুনা কুম্মৈ য়েংহুনা লৈবহু কনাগুম্বা লাই অমত্তনা উখিদে।

ওাইহাক লৈরগা খওহৌ উহোদনা, ঐ খাই লাউখি, য়েংখৎলুবদা মথুত্তা থাংশাং অচোবা পায়বা নিংগ্রী শেৎপা, মুশীল মুবা, মবুক কংবা লাই অমনা ঐগী লরাইগী শম অসি খুদাপ অমা খংপায় পায়-শিল্লগা হংই :

"নঙ কনানো ? কৈদোবা লাকপনো ?"

ঐনা পাখত্তুনা লাউখি— "ননাই ঐ মৈতৈ লৈবাক্তগীনি, লম্বী ওাওহুনা মফম অসি য়োৗরকপনি।"

কোক্কী শম অহু থাদোকই, অমুবা তুপী অমা ওকশম ফাওবা উপশিল্লকই ; ইশা শাগল অসি পায়রগা চিংহুনা পুই। শারং উপু ময়াম পরেং লেংহুনা থম্বা শারোকশঙগুম্বা মফম অমদা উপশিবা তুপী অহু শত্তোকখি। উপু অমগী মমুংদা ঐসি ইনশিল্লে, শো লোনশিল্লে, অহুগা মা তুশিন্না চংথরে।

ওাইহাক লৈরগা ঐগী লমগী মীওইশিংগা শকমায়বা সনাগী কুচু মানবা কজরবা লাই অমা ঐগী উপু মনাক্তা লেপ্পরে।

—"ভুপা, ঐ নঙনা মুংতিগী নমুমদা লাৎলিবা সনামহি হায়বা লাইহুনি। করিগীনো নঙনা মফম অসি য়োরক্লিবদি ?" ঐনা ঐগী উপু মমুংদগী খুৎ লোয়হুনা খুরুম্মী।

—"ইবুঙো, ননাই ঐ লম্বী ওাওহুনা য়োঙরকপনি। মুংতিগী

খুরুমজরবসু নোংমতা শক উবা ফংজব্রিবা ইবুধৌ, ওসিদি দর্শন ফংজরে। ননাই ঐসে কয়াদা লাইবক ফরবা!"

—লাইবক ফবা কদাইদগী ওইগদগে অপংবা। মফম অসি লাইগী লৈবাক্তি নওগুম্বা তাইবং মীনা লাকপা য়াবা নত্তে। হৌজিক্তি নঙ করম তৌগনি, নয়ুমদা হনবসু য়াররোই!

—অদুদি ইবুধৌ উপু মপুং অসিদা ঐ সুম পুন্সি লেনবা তারবরা?

—উম লৈবা তারে, নঙগী নরাল য়াম্মা লৈরে।

—লম্বী মাঙবগীরা, ইবুধৌ?

—অদুদসু নত্তে, অতৈসু লৈরি

—খজিকুং খঙজবা য়াগদ্রা ইবুধৌ?

—নঙনা নঙগী নয়ুম অদু মরা তপ্পা থম্বা ঙমদে, নঙনা নঙগী নরৈকাই লাংহন্দনা থম্বা ঙমদে, নঙনা নঙগী তাইবং লোনচৎ কয়া থুগাইনা নপুন্সি লেল্লুবদগী মালেম পৃথিবীগী পোৎলুম অসি নোংম নোংমগী হেনগৎলক্লে।

—পুম্নমক অসি ঐগী ইরাল ঙাক্তা ওইখ্রবরা, ইবুধৌ?

—ওইরদুনা হায়রিবসিনি।

—অদুদি ইবুধৌ, মরাল লৈবা মীবু লাইরৈবাক য়োনব্রা?

—মহোশা ঙমলমদে, ওল্লকইবা মতমগী ফিভম অসি য়েংদুনা লাই-য়ামনা ৱারেপ লৌখিবদগীদি নঙগুম্বা মরাল লৈরবা তাইবংমী কয়া হকথেংননা থমননবা উপু শারং ময়াম শাদুনা থমলিবা অসিনি।

—অদুদি ইবুধৌ, মরাল লৈতবা ধর্ম্মচেনবা তাইবংমীশিংদি নোরোক্তা লৈহনখিবা তারেদো?

—মদুগী ৱাফমদু খন্নরি, ৱারেপ তাগ্রি, মতম খরা চংখিনি। অদুমকপু নঙনা হায়বগুমলদনা লৈরম্মসু য়াই ওল্লকলিবা ফিভম য়েংলুবগদি।

—অতৈদি লাইরি, ইবুধৌ তিলাহৌরিবা লাইয়ামশিংদু কনা কনানো? খন্নখ্রবা, খন্নরিবা, অরুবা ৱাফম খরদং খঙজনিংই হায়বদি তাকপীয়ুবা।

—তিলহৌরিবা লাইয়ামশিংতু গ্রহ উপগ্রহ খুদিংগী মরোল অমুম খুদিংগী দেশ মহাদেশ পুম্নমক্কী, জাতি-বিজাতি খুদিং কাংলুপ কুরুপ খুদিংগী মশক নাইবা মশক নাইদবা লাই পুম্নমক শুনা য়াউরে। ময়াম-তুগী মমিং হায়রুত্নুনা লোইবা খল্বা লৈররোই। নঙনা খঙজবা লাই খরগী মমিং হায়রকউ, য়াওই য়াওদে খুমলক্কে।

—ইবুধৌনা য়াওরবদি ইমা লৈমরেল শিদবী, গুরু শিদবা, পাখংবা, থাংজিং, মারজিং, খোরিফাবা, খয়াংবা, ঈশিং চাইবী, লাঙ্গোল লাই-রেম্বী, পান্থোইবী, ইমোইনু, লাই চখেৎপীনচিংবী চীংমী-তম্মী পুম্নমক্কী লাইরেম্বা লাইরেম্বী ময়াম, লোয়নননা নিংথৌরোল কয়াদা মৈত্রবাক্তা চংঙকখিবা শ্রীশ্রীগোবিন্দ, বিজয়গোবিন্দ, নিত্যানন্দ, হনুমান ঠাকুর, শনি ঠাকুর, মহাদেব, লক্ষ্মী, সরস্বতী দুর্গানচিংবা কয়াসু শোয়দনা য়াওরম্লগনি নীংঙ্গে। লোয়ননা প্রভু যিশু, অল্লাই, কচিং কারাইনচিংবসু চিংখরমলরোই।

—চিংখদনা য়াওরি।

—মখোয়না মণিপুরগী মরমদা করি করি খল্লখ্রবগে, খল্লরিবগে ইবুধৌ?

—হাম্না লৈরম্বা মীওই পুম্নমক অতৈ গ্রহদা পোকহনখ্রে। হৌজিক লৈরিবা মীওই পুম্নমক অসি অমগা অমগা খৎনহল্লগা করম্না তুম্না হাত্তোক-সিগে হায়বসি খল্লরি।

—হাত্তোক্লগা অতোপ্পা উপগ্রহ অমদা অমুক থাবিগদৌরিব্রা?

—থাথিরোই মতম খরা শুন্দা তাউহন্দুনা থমথিনি।

—অতুদি য়ানা হিংজরিবা ঐখোয় অসিনা মফম মতম নাইদনা অমুক য়াম্না খুরুম-খাজংবা তোজরিবসিদি অরেম্বদা তারেনে ইবুধৌ।

—খুরুমজবা অতুগী মপাননা চেং হোংলম্বা তাঙহল্লি, ফিজেৎ-ফিরোল হোঙহল্লি, নোং তারম্বা তাহন্ত্রি, ঈশিং চাউদবা চাউহল্লি, ধর্ম্ম লৈরম্বা লৈহন্ত্রিবা অসিনি।

—মতুগী কান্নবনা, করি ওইরবনো ইবুধৌ?

—থুনা মুক্তি ফংবা।

—অসি ওইরে, লাইগী ব্রায়েল ইবুধৌ।

—মানি, ইলায় লায়ববু লাই কৌই।

—ইবুধৌ, ব্রাফম অমত্তুংগা হংজনিংঙি।

—হায়য়ু তাসি, পংকুইদি কুইরম্নু, ঐবু য়াম্না থিনরম্নগনি খুনদিম্নফমদা।

—ইবুধৌ করিগুম্বা লাইয়ামগী থৌদোক অমনা মণিপুরগী চীংশিংসি লৌথোকপিখিবা য়ারোইদ্রা ?

—মতুনা করি কাম্নগদৌরিবা ?

—ইবুধৌ, ঐগী ইরাল হায়বদো চীংশিংসিননি, মখোয়না ঐবু পংথহল্লি, শুস্কৎলি, পিশক পিকহল্লি। মসিগীদমক পৃথি মাতাদা ঐগী লম্নাই ব্রারৌজবা লৈজে।

—মতু য়ারোই, অপংবা, চীং লৈবদগী লাইয়াম ঐখোয় লৈরিবনি, ঐখোয় লৈত্রবদা নখোয় লৈবা ঙমগদ্রা ?

—অসি হায়রম্নগা ইবুধৌ সনামহী মফি কন্দুনা মমায় লৈথোক্লগা থুনা য়াঙনা চৎখ্রে। ঐ জ্ঞান মাঙতুনা খুৎ অনি অসিনা লাইবক্তা পায়রগা ফমথে।

পঙহৌদনা নোং খাকলকখি, চুমথাং খল্লকখি, মৈগী নোং চুরকখি, মৈখুনা পুন্মম মমখি। অয়াকপা খোঞ্জেলদা কাংশি, শরিক, পুং, করতাল ঝাল বদ্রং বদ্রং য়ৈশিল্লকপগী খোঞ্জেল তারকখি। ঐনা উপু মনুংদা মৈথক্তা ঙৌরিবা অহিংবা লেমলৈ ঙাগুম ফ্রং ফ্রং চোংখি। ঙাইহাক লাক্লরবা মতুংদা কনবিরগে মতাগুম শক-চু হেল্লবী নুংশি নুংঙোলগী হৈনম লৈনম চেল্লবী হেলোই তরেৎ ঐগী উপুগী মমাংদা পরেং শানা লেপ্লখি।

জগোইগী খুৎথেক্কা লোয়ননা ঐবু মখোয় তরেৎমক্লা উপুদগী ব্রানা শত্তোকপী। শতোক্লবা মতুংদা মখোয় তরেৎনা কু অশাংবা অমা পুবগুম হোয় লাউতুনা পুই মফম খঙদবা মায়কৈ অমরোমদা।

খরা চৎলগা হৈনম লৈনমনা চুরবা ফজরবা লৈকোল অমা য়োরে। লৈকোল অত্থগী ময়ায়দা থরো থম্বালনা পুক্লিং হুনা শাৎলবা পুখ্রি মচা অমা লৈ মত্থদা ঐবু জোম লাউনা থাদে।

অমৃত মাল্লবা ঈশিং অত্থদা ঐনা পোথাজবা ফংখি। ইশা অসি ইতেক তেকখৎখি।

লোয়ননা লাইগী লৈবাক্কগী নাম্থোরক্কুনা মীরমলেন্দা মিকপ ফোং থোকলকখি। মিৎ পাংথোরকপদা ঐ মৈ চুবা হৌগৎলবা শীং মপৈ মথক্তা কু মনুং অমদা ইফি ইরোল অমত্তা য়াওদনা উতুপ অচৌবা অমদা কোন্দুনা লৈরম্মী। অকোয়বদা ঐবু কৌত্থনা কপ লাউনরম্বা ঐনা তাখি।



# অহুমশুবা মিং

ভারতকী মমিং চংলবা ফিলম প্রোড্যুসর আনন্দজীগী অপাম্বা লৈবাক্কা খণ্ডনরবনি। শেল পামদে, ইজ্জৎ। মশাগী ইজ্জৎ, লৈবাক্কী ইজ্জৎ, মীওইবা সমাজগী ইজ্জৎ। ইজ্জৎ হায়বা য়াহৈ অসিদা শেল হায়বসি মশানা মমুংদা ফুমত্থুনা য়াউজরবনি হায়বসিস্থু আনন্দজীস্থু ফোংদোক্তুনা অত্থুম মখণ্ডি। অত্থুনা মহাক অসি আনন্দজী ওইত্থুনা লৈরি। মাগী পুন্সিগী অম্মাম্বা শরুক্তি বোম্বেদা, হোলিউদত্তা ইউরোপ অমস্থুং ফার মিদল ইষ্টতা লেল্লী। মনিপুরদা লাকপসি মমুমদা লাকপনি থন্দে, প্লেজর কম-ষ্টদি ট্রিপ ত্তাক্তনি। লাকপস্থু কয়া শংগন্দে। মরমদি মহাক প্রোড্যুসর ওইবত্তা নত্তনা দিরেক্তরনি, এক্তরনি, রাইতরনি, ডান্সরনি। করিগুম্বা লাক্লবস্থু অরেম্বদা মতম মাংহন্দে, পোক্লফম লমদম মণিপুরগী পাক-চাউররা সংস্কৃতিগী পূক্কৈদগী খনগৎপা য়াবা মণি-মুক্তা কয়া পুক্লিং চংনা থিজিল্লি। ফংত্তকপা খরত্থু মাগী মমিং লৈরবা আনন্দজী ষ্টদিও বোম্বেদা চেকশীন্না লীশিন্দুনা থমই। মতাং চারকপদা ইজ্জৎকী মচাক ওইহল্লি।

মশাগী চহি ১৫ শুবদগী ফিলমগী সংসারদা চংলকপনা হৌজিক চহি ৪০ য়ৌরক্লে। চহি ২৫ গী শাংলবা লম্বী অসিদা খুদি কয়ারক খিহুনস্সু ঙসি মহাক থৌনা ফনা অহুম মচৎলি, নিংবা কয়া কায়হুনস্সু অহুম মনোকই, কয়ারক হন্না শিরুহুনস্স অহুম মহিংঙি। অহুনা মাগী ফিলম-শিংদা মমি তাই, খাংবা কনবা অমম্সুং মখিংজেল লৈবা। মম্সুং হুনজিনবদা অমুকস্সু লৈরম্মী, মশাগী ওইজবা কয়া থাদোক্লবী মাগী স্বধর্ম্মিণী আমেরিকান নিঙোল রোজি স্মিথ, হৌজিক্লা মিস্ট্রেস আনন্দজী। মুপী অসিনা আনন্দজীগী পুন্সিদা পিখিবা খুদোল মাগী মশিং লাকওমক্রবা ফিলমশিংদা অমদি মচানুপা মুরজিৎতা ময়েক শেংনা তাই।

আনন্দজীগী ফিলমশিংদা চেল্লিবা থিম অমস্সুং ৱারীগী ঈচেলদি পৃথিবী অমদি ভারতকী ওইহুনস্সু অশেংবদি মণিপুরী ঙাক্তনি হায়বা য়াই। অহুমক্তনা ফিলমগী সংসারদা মাগী তোপ তোপ্পা ফিদা ফংলিবনি। মরমদি ভারতকী সংস্কৃতিদা মণিপুরী সংস্কৃতি তোপ্পা অহুম মরৈজে।

মাগী ফিলম "সুর্য্যোদয়"দা চিত্রাঙ্গদা অমস্সুং বভ্রুবাহনগী শক্তম ময়েক শেংনা উবা ফংঙি। "গীত আজাদি" দনা চোংথোরকই বীর টিকেন্দ্রজীৎ, থাঙ্গাল, মেজর, অমস্সুং পাউনা ব্রজবাসী। ইন্টরনেসনেল এৱার্ড ফংখিবা "পবিত্র পাহার" ফিলমদা পিক্লবা চীংলৈবাক মচা অমদা থম্মোয়গী নিংঙায় শংদানখিবা ৱারী অহুদা ঐখোয়না থেংনখি চীংদা শাংপা ইঙেল্লৈগী মুংশিরবা ৱারী। মরক্তা থেংলি লৌরেম্বম খোংনাংথাবা অমস্সুং শান্তিদাসকী লৌশিংগী মুক্না-লাম্ফেং। অহুগা নিংখৌ গরীবনিৱাজগী চম্মন্নবা বিচার।

বার্লিন ফিলম ফেস্তিভেল্লদা মায়পাক্লা উৎখিবা আনন্দজীগী ফিলম "কিরাট"তা লাইহরাউবা অমস্সুং রাসলীলাদা য়ুম্ফম ওইরগা মবুং তরেৎকী মচলতোম্বী থাবাতোলগী শক্তম ময়েক শেংনা য়েকখি। লোয়নবা মণিপুরগী লম লমগী মুক্না-কাংজৈ অমদি শরিৎ-শারাৎকী লানওং কয়ানা অয়েংব-শিংদা কাউওমক্রবা শকফম অমা থমখি। "ত্রিভঙ্গ"দনা অতিয়া গুরু শিদবগী শকওং কয়া তাক্তুনা সনামহি পাখংবা অমদি লৈমরেল শিদবীগী শক্তম কয়া পুথোক্তুনা মালেমগী লৈশেম উৎলি।

হন্দক্লা বেঙ্কোক্তা তৌখিবা এশিয়ান ফিলম ফেস্তিবেলদা আনন্দজীৎনা উৎখিবা "প্রলয়দূত" ফিলমদা শেল অমসুং শক্তি মুন্নরিবা কাঙবুনা মীচম প্রজাগী মনিংদা মশাগী ওইজবা থিবদা অপীক-অপীকপা কাঙলুপ্তা কয়ামুক অরাবা পীবগে হায়না উৎলিবত্থু অয়াম্বদি মণিপুরী সমাজগী সিন্নমক্তনি।

আনন্দজীৎকী ষ্টুদিওদা প্রোসেস তৌতুনা লৈরিবা ফিলমশিংগী মন্নুংদা মমিং পনবা য়াবা খরদি থবক ফংদবা নহারোলশিংগী অচাকপা মৈতানগী মৈরিঙুম চাক্লিবা মীৎফমশিংদগী সমাজদা লালহৌ চৎথরক্লিবা "কুরুক্ষেত্র", মতীকচাদনা মতীকচাবা শানিংবা কাংবুশিংগী লোনম শিত্রং বয়া নৈনবা 'ইন্দ্রলোক', হান্না নিংথৌ পানবা লৈবাক মচা অমা ওইবম্বদগী হৌজিক্কা তচোবা ফেদেরেল ষ্টেট অমগী তপীকপা শরুক অমা ওইরকুনা থওইবীরক্তবগী চৈনা ফংলবা মীচম প্রজাশিংনা মবাল লৈজদবা মীওই কথাদা নাশিখোং ওইনা তাইনরকপা ফিলম "অভিশাপ" অসিনচিংবনি।

আনন্দজীৎ অমসুং মাগী আদর্শশিংবু কুপ্না থিজিনবা মীওই কয়াগী মনুংদা ঐহাকসু অমনি। অতুনকপু ঙবাং পাঙথোকখিবা অচৌবা অভিনন্দন সভা অতুদা হকথেংননা শকথঙনবদি অহানবনি। বিসেপসন অসিগীদমক ইংরাজী খবর অমসুং বেদিওদা ভাবতকা ফাওববা ফিলম সম্রাট আনন্দজীৎপু পোৎফম লমদম মণিপুরনা ইকাইখুম্নবা উৎপগী থোরাং হান্নুনা ফোঙদোকথ্রবনি।

ইম্ফাল সহরগী গান্ধী মেমোরিয়েল হোল, ঙবাংদি তশেংনা মশক ফজথি। তিল্লরিবা মীওই অথন্নবমক্তনি, কার্দ পায়বক্ত্রবদি মীচম অমনা পাক হায়ক্লিনবা ঙম্বা নত্তে। জীপ-কার অমদি থুৎলাই পায়বা গার্দশিংনা ফনা চাউনা অকোযবদা কেয়শিনখরে।

হোল মনুংদা মাগী মাগী ফমফমগা চান্ননা গভর্ণর, মনুং অমসুং মপানগী দিগ্নিটারীশিং, মন্ত্রিশিং, এম পি, এম এল এ, পণ্ডিতশিং, কলাকারশিং, হায় অফিসিয়েল কয়া অমদি নহারোল মশকনাইবা লুচিংবা

কয়াম্নু য়াওরি। প্রেসকী মীওই কয়ানা মাগী মাঙ্গী কেমেরা পায়রুনা মীকুপ নাহুম য়েংহনা লৈরি। অথাপ্পা মীরৈবাক্কী লাকপা মীওই মাল্লবা পদ্মশ্রী আনন্দজীৎ, মাগী ইবেম্ম শ্রীমতি আনন্দজীৎকা লোয়ননা নীংথিনা লৈত্তেংলবা ষ্টেজদা গভর্ণর অমসুং মুখ্যমন্ত্রীজীগী নাক-য়েন্ত্রা মকা লাম্না ফমই। মশা মঊ নাল্লবা শীল্লাঙলিবা কাওবুনা তুমিন তুমিন মচি মচিদা ওাক থম্মুনা সভা হৌবগী মতম ঙাইরি।

চীং লেম্লবা সভা অহু হুমিদাং পুং ৭ চপচানা হৌই। ঈশৈ মত্তেক অমত্তং শকই মথোক কারকপী মোইরাং থোইবী মানবী তরেংথল্লা। মনম হুংশিরবা ধুপকী পাত্তক তৌবা মৈথু মরক্তা অতপ্পা সুরদা তাহল্লকই চীল্লবা সভাদা তাম্নাগী থোঞ্জেল। মণি-মুক্তানা থামলবা মণিপুরগী ফজরবা শক্তম মচা অমা য়েকখি।

মথংদা শ্রীআনন্দজীৎকী শম্নপ্পা পুন্সি য়ারী মত্তেক অমা সভাদা পাউদম্নগা অভিনন্দনগী ভাষন মথং মথং হৌরকই। ভারতকী মশক-নাইবা মীওই কয়াদা নত্তনা পৃথিবীগী অকাওবা মীওই কয়ানা পীরকপা থাগৎ-চিঠী থরম্নু পাখোকখি। মাননীয় মুখ্যমন্ত্রীজীনা মণিপুরনা শ্রীআনন্দজীৎ পোকচবগীদমক চাউথোকচবা ফোঙদোকখি। হিজ এক্সিলেন্সী গভর্ণরনা পাকচাউরবা পৃথিবীদা শ্রীআনন্দজীৎনা ভারতকী অমদি মণিপুরগী ওইনা লেমজনিংঙায় ওইরবা ফিদা অমা ফংহনবগী-দমক শ্রীআনন্দজীৎত্তা তৌবীমল থগুবা উৎখি। শ্রীআনন্দজীৎম্নু মাগী তেল্লবা পাউথুমদা পৃথিবী শীনবা থুংনা থিরুবদা; নারক্তা শাংপী লৈনম চাউবী মণিপুর অনীগুনা থেংনদে হায়না পাউদমখি। মণিপুরগী লৈনম য়েনবদা মাগী পুন্সি কথোকচরবনি হায়না সভাদা নোল্লুক্লা থুরুমজখি।

প্রোগ্রামগী অরোইবা শরুক ওইনা পুংথায় অমগী নীংথিনা শেম-শারবা দান্স ড্রামা "কবুই কৈওইবা" উৎখি অথপ্লবা মণিপুরগী জগোই কাঙলুপ অমনা। লীলা অহুদা মুনরং তাবা, মমায় কোয়দানবা, মিংকম লাওদবা, নাত্তোন য়াংদবা, মীওই-মীভৌ চাউ-শাংদবা মশা থিঙলবা কলাকারশিংহুনা শাল্লকপা থিম অমসুং গেসচরসা ওম্বোক্লা চুশিন্নখি।

ব্রা ঙাঙদনা ঈশৈ জগোইতনা ব্রারী ফোঙদোকখিবা অদুস্লু রুশিয়ান বেলেনা হেনগদবা মানদে।

লীলা লোইরকপসা ষ্টেজদা কলাকারশিংবু শক খঙবিবা উৎপদা লাউথোরকখি— ইবেমপিশক, থরাকলৈমা, মাঙ্গোনঙানবী, তবোপ্পী, অহোংজাও, পাকচাউ, চাউরেন, নাতেক, খোদোন, তোল্লমু, মুনাল অসিনচিংবা। থুবাক মরক্তা মমিংশিং অদু অতুম কাউনখরে। ঐদি অমুকস্লু খস্তহৌই আনন্দজীৎকী "কিরাট" অমসুং ঙসিগী "কবুই কৈওইবা" অনিগী চাউনা খেন্নবা।

সভা লোইরবুনা মথং মথং কায়নখরে। মীনা ইকোয় কোয়শিন্দুনা খিন্দোরকপা শ্রীআনন্দজীৎ অমসুং শ্রীমতি আনন্দজীৎস্লু ব্রারী ব্রাতাই তৌনা তৌনা ঙাইহুনা লৈরম্বা কার মথক্তা কাখৎলে। কনাগুম্বা অমনা গাড়ী থোরমদাইদা চে মচেৎ অমা পিখি, মাস্লু লৌখি। অতুম থোখরে গাড়ী মাগী বাঙ্গলা তমনা।

ঐস্লু য়ুমদা য়াম্না নুংঙায়না হল্লকখি। তুম্মমদাইদা খনখি হয়েং অয়ুক্তি খোইদনা শ্রীআনন্দজীৎকা অমুক্তা উন্নরুগে। হংনীংবা ব্রাহং কয়াগী পাউথুম লৌরুগে।

ওস্থোকপা হায়বচুনি। নোংঙান্দ্রিবৈদা মঙদা উন্নবনা হাল্লে। মাগী নীংথিনা লৈতেংলবা দ্রোইং রুমদা ঐবু তরাম্না কৌশিন্দুনা ব্রারী ব্রাতাই শাবা হোরে। মহাক্না ফুরিৎথাউদগী চিঠী মচা অমা পুথোরক্তুনা ঐঙোন্দা উৎলি। ঐনা লৌহুনা পাই:—

ইকাইখুম্নরবা আনন্দজীৎ,

ঐখোয়বুস্লু পুবীয়ু নঙগী মঙলৈবাক্তা। ঐখোয় খঙই করম্না "অমুজাও"না "আনন্দজীৎ" ওনখিবা। নঙগী হৈশিংলবা ফিলমদা খোঙদাজগে ঐখোয়স্লু ইশক ইমিং পুন্নমক থাদোক্তুনা।

নহাক্কী
পোইরৈ সনা লৈবাক্কী জগোইশাবা
শাবী ময়াম।

চিঠি অছু পাবা লোইরত্না হাইগৎতুনা মমায়দা য়েংলুবদা মরাইবক্তা মাগী লাউরবা অহুমগুবা মিৎ অমা পাল্লমলে। মিৎ অছু ভাংশং ভাংই। ঐ কিমনখ্রত্না মিকপ থোকলে।

মখা তুমথবা য়াদরে। নোংঙানবা ভাইদুনা লৈরে। রাখলগী নোংলৈ-নুংশিৎতি হেনগৎলকখি। নোং ভানবদা ফিরোল শেৎচিন্দুনা আনন্দজীৎকী বাঙ্গলা তান্না ঐ চৎ:ল। মী য়াম্না তিল্লমই। ইলাং-লাংলম্মী। ঐ ঙক্না হংডি, অমনা ফিংনা খুম্নকই :—

ঙরাং অহিং অথেংবদা মশক খঙদবা খুৎপু অমা লাক্লুনা তাকথোক্লবা মফম অমদা চৎমিন্নখি। সরকারগী সিফাই অমসুং পুলিসশিংনা লীখুন থিবা লাক্করি।

মঙদা উথিবা আনন্দজীৎকী মরাইবক্তা পানবা মিৎ অছু ঐ অমুকস্থ তাইবংদা উবগুম তৌখি। ব্রা মখা ভাংথবা ঙমখিদে।



# মনিং ককথৎলবা থরোই

মণিপুরী সমাজদা ইজ্জৎ লৈনা পাল্লবা ইমুংশিংগী মমুংদা য়াইস্কুল হিরুহনবা লৈকাইদা লৈবা নান্দেবম নিলচান্দগী ইমুংসু অমনি। পুণিমাগী মতম লোয়খিদুনা থাশিগী অমম্বনা ইমুং অসি কুপশিনখরে। মতৌ করম্না ইমুং অসিনা অরা-নৈথা অসুক শাথীনা লাংখিবনো হায়বসি নীলচান্দগী মচানুপা তরুক, মচানুপী মরি, অঙাং তরা অম্নিনা নোংম-মোংমগী মপাইবুংঙো অমসুং মমাসিজ তম্ফাসানাদা মওং খুদিংদা রাকৎ-লকই। রাকৎলকপা খুদিংগী মমা-মপা অনিনা চাক থোংদে। লমহেনবা অঙাং তাক্তনি হায়দুনা ফুই চৈ। অঙাং মখেনা শাগৈ—নাতৈ, মরুপ-মপাংশিংগী মমুমদা কোইজাইনদুনা অয়াবা মতমদা লৈখি। মমা-মপা অনীনসু হঞ্জিল্লক্রুগা হেম্না ঈংবগুম তৌখি। মতম অমদা নিংথৌ পাল্লিভৈদা ফংলম্বা। মনা-মথুম ভোটকী ঈরাংদা পুমকং কংখিবগী অরাবা অঙাং অমতনা ভাব তাবা ওমখিদে।

মচানুপা তরুক্তী মমুংদা অহুম অমদি কুইরে পাখং ফাবা। মচানুপী মরিগী মমুংদসু অনীদি লৈশাবী কাংদোং ফাখিবা কুইরবনি। মশাগী থোইনশিন্নমনি খঙদে মরুপ-মপাংশিংননি খঙদে চেন-চোংবা তৌদুনা

মচানুপা অহুমক নিঙোল মরা ওইহনা য়াওং ইন্দুনা লৈখরে, লৈশাবী অনীহস্থু অহুম চেনখ্র। নীলচান্দ অমদি ভস্কাসনা মচা মশাগী কর্ম অমত্তা য়াওখিদে। মানা মানা থোকপা ভৌথিবদা য়া মচেৎ অমত্তা ঙাওখিদে।

লৈহৌরিবা মচানুপা অতোম্বা অহুম ইবোতোম্বী, ইনাওবী অমম্ভুং ইতোচা, মচানুপী পীক্লিবী ইবেমপিশক অমস্তুং ইবেতোম্বীনা নোংমা অয়ুক অমা তুমিন তুমিন চঙলকুনা মমা-মপা অনীগী মমাঙদা চপ চপ লেপলে। মমা-মপা অনীনা য়া মচেৎ অমত্তা ঙাওদনা কোম্বোং য়াংমা লান্না চথোকখি। মচিন-মৌপ্না মশা অহুনা গতি লৈতনা তঙক-তঙক য়েংহুনা লৈহৌই। থরা অহল ওইবা ইবোতোম্বী অমদি ইবেমপিশকনা লুচীংহুনা চান-থক্লবা থীরগা মমা-মপাগী ইমুংদা হুমিৎ অহুদগী অমুক লৈবা হৌখি। নোংমা ঙাই, নীনী ঙাই হাপ্তা ফাজীল্লক্লবা ফাওবা মমা-মপা অনীমক হুগ্গীল্লকখিদে।

অঙাং ওইরিবা মচিন-মৌপ্না মশা অহুনা খনবমখৈ খন্নরবা মতুংদা চহি ১২ দা ভায়রিবা মনাওয়াইমা ইনাওবনা অম্ভুম্না হায়রকখি—"পাবুংগ ইমাগা অনী অসি হিংবদা মতীক চাক্সবা মীওই ঙাক্তনি। হেক উন্নবা মফমদা লোইশিল্লুনবা ঐ চৎলগে।"

মঙোন্দগী খজিক্তং হনবা ইবোতোম্বীনা মরক থৎলি— "ঙাইখো ইনাওবী, ইমা অমস্থুং পাবুংদগী হেন্না জ্ঞান ভাক্সিবসি ঐখোয়গী ইয়াম্বা অহুম অমদি ইচে অনী, ঐখোয়বু হুজেল্লয়গা ময়ুম পানখ্রিবশিং অসিনি। ইমা পাবুং অনী লোইশিনখ্রিঙৈদা মখোয় মশা অসি অমমম ওইনা ঐ হান্না লোইশিল্লুখিগে।"

চহি ১০ মুক্তা ভায়জরিবী ইবেমশকনা খুমই— ঐখোয়না লোই-শিনবগী য়াফমতা খরৈ। ঙাও-কৈখ্রিবা কাওবুশিং অসি অমুক্তং পুন্না ফম্মিন্নহুনা খন্ন-নৈনবগী য়াফমদি ইহৌ হোদোক্লদে। খ্বাইদগী অঙাং ওইরিবা ইতোচা, ইবেতোম্বী অমস্থুং ঐগা ঐখোয় অহুম পুন্না চৎহুনা মখোয়শিংহু কৌজরগে। অহুগা ঙাওনকম থোকপা ঙাওনসি।

ইতোঙ্গা অমসুং ইবেতোম্বীনা মচেম্মী রাফম অহু য়ানীংবা উৎলকই।

ইবোতোম্বীগী ইনাওবীগনা "অহু ওইরবদি থিম্বরমু চৎলো থিরুরো নখোয় অহুম, ঐখোয় অনি য়ুম শংলমগে" হায়রক্লে।

পিক্লিবা অঙাং অহুমনা মমা-মপা, ময়াম্বা অমসুং মচেশিংগী লীখুন মথং মথং লিরকই। মুমিং তরুক-তরেৎনি কোইচৎ চৎতুনা থিরুরবা মতুংদা ময়াম্বা অনিদা পাউ তম্লে।

ইমাগা পাবুংগনা তীর্থ কোয়বা চৎপা কা'বু অমগা লোয়নখ্রে।

ময়াম্বা অহল ইবোহল জিরিরোমদা ড্রাইভর ওইবনি হায়না চৎথিবদগী মুপী মপামদা হল্লক্তবা চহি অমরোম ফারক্লে হায়রি। মী থাতুনা থিরুবদসু মরি মখোং ফংদ্রে হায়রকই।

ময়াম্বা য়াইমা ইবোয়াইমা মোরেদা দুকান ফমথি হায়তুনা মোরে তান্না চৎতুনা থিরুরে। অহুবু বর্মা বোর্দর মনুংদা লৈথিবা থা তরুক তরেৎ ফারকলে ঈ-পাউ ফাওনবা ঙমদ্রে হায়তুনা হল্লক্লে।

মথং ময়াম্বা ইবোপিশক ঠিকাদার অমগী মতুং ইন্দুনা তমেং-লোংদা চীং ককপগী থবক য়াউবা চৎথিবা থা অনি অহুম শুরে। মশাসু থোক্লক্তে পৈশাসু থারক্তে হায়তুনা মুপী নপামনা য়াম্না শাউহৌই হায়রে।

মচে অহল ইবেমহলনা য়ুম পানখিবহু ময়াং-ইম্ফাল বেংগুনগী মুসলীম ইমুং অমদা ওইরম্লে। অঙাং উনবগী মতম ওইতুনা চৎথোক-চৎশীন ঙমলমদ্রে। মতাং চাবদা উন্নসি হায়রকই, লোয়ননা উন্নবগীসু কান্নরিব্রা হংলকই।

মচেয়াইমা ইবেয়াইমনা কাংপোকপীদা লৈবা নেপালী ইমুং অমদা ময়ুম পাল্লমলে। মাগী নিপাগা লোয়ননা নেপালদা চৎথি থা অনি অহুম লৈরক্কনি হায়রি।

মমা, মপা ময়াম্বা অমসুং মচেশিংগী পাউ অঙাং অহুম্না তারবা মতুংদা ইনাওবী অমসুং ইবো.তাম্বী রা মচেৎ অমত্তা ঙাওথিদ্রে তুমিন তুমিন লৈথ্রে।

ইনাওবীনা মাগী হৈনজবা থাং মচা অতু অহুম ফেংই। ইবো-তোম্বীনা মীওন্দগী লোম্না পুরকপা অশাবা নোংমৈ মচা অতু কন্না শেংদোকই, মরু মশিং হন্না হন্না থি।

নোং ঙাল্লকপদা অঙাং অহুম ইতোচা, ইবেমপিশক অমস্তুং ইবে-তোম্বীদমক য়ুম অতুদা লৈহোরে। ইনাওবী অমস্তুং ইবোতোম্বীনা করিগুম্বা ব্রাহৈ অমত্তা হায়রমদনা মানা মানা থোকপা তোঙান তোঙান্না চৎখরে।

অঙাং অহুম্না খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলগী মচি মচিদা লৈহুনা অচা-অথক থি। করিগুম্বদা অমনা হোতেলগী গ্লাস চামই, অমনা পোৎলক্তা চংহুনা থাউ মচা অমা পায়হুনা চান-থরুবা নি, অমনা য়েন্নখা-লুকখাদা হুন্দোকলম্বা অপুম-অশা ময়ামদগী খুনগৎপা য়াব। খুনগৎলি।

মমা মানবী অহল ওইরবী মুপী অমনা থরোই মেরুক অমথক নোংমা হরাউ-হরাউনা ইবেতোম্বীগী থাউ মচা অতুদা হাপ্পীরকই। ময়ুমদা অঙাং অহুম্না মানা মানা পুবকপা অতু মুমিদাংগী অমম্বদা মৈরা মচা অমা থানগৎলহুনা পুথোকনৈ। ইবেতোম্বীনা পুরকপা থরোই খরা অতু লা মচেৎ অমদা হৈদোক্নুনা ফুৎনবা থৌরাং তৌই। থরোইশিং অতু থাং মচা অমনা হুস্নুম হুস্নুম বকই। ইতোচানা হায়রবই— থরোই অহুমথক্তি মনিং কক্কনুসি পুখ্রিদা থাদসি ঐখোয় অহুনগী লাইবক য়েংসি।



# মিরাং-পাৎ

ইথন্নতা লম কোয়গনবা ঐ, ঙসি নুংথিল অসিদা পাৎ অমগী ময়াদা থুংলরে। পাৎ অসি পংচাউস্নু চাউদে, পংপিকস্নু পিক্তে। চংশিন্দুনা ঈশিং খুঞ্জোক তমা অনি থকপদা অরাম্বা খৌরাংবা কোকই। লোয়নননা ঈশিংদা তারিবা ঐগী ইমি অহু ঈশিংগী ঈপোম মরক্তা তনিক তনিক লেংবহু য়েংবদা নুংঙাইবা অমা পোকই। নুংঙাইবা অহুগী মরক্তা নিংশিং-বগী মমি মতৎ মতৎ ফাওরকই।

পাৎ অসি মিরাংপাৎ হায়না খঙনৈ হায়। ফজৈ হায়না শীংথাখিবা ক্ষয়া অহু কাউদরি। অশেংবমক্লি, মহৌশাগী খুৎশেম কয়াগী মন্নুংদা ফনা ফজরবা খুদোল অমা মতম অমদদি শোয়দনা ওইরমগনি। কল্লনা হৈবা কবিশিংনা পাৎয়া অসিদা তোয়না ফমলন্মী হায়বহু অচুম্বনি, ফম্বদা মতিক চাবা মফম অমনি। মায়কৈ মরিদা তুম্বক তুম্বক লেপলিবা চীংতুমশিংদা ফজবগী মমি ফজনা তারি। চীংতুমশিং অহুদা হৌরন্মী হায়রিবা চীংথ্রাও পাম্বী, থৈবোং, হৈনৌ অমদি লৈহাউ পাম্বী হৌজিক্তি উবা ফংদরে। কেন্না, কেতুকী, চিনীচন্দ্রা হৈজামপেৎনচিংবগী চংঙমত্রবা ধন মরক্তা শজী-শঙাই, উচেক-ম্নায়া অমদি শা-কৈশিংগী য়ারেকফম

ওইবম্মী হায়বত্থ হৌজিক্তি ইহাও হাওলে। মশম-মনা ফরবী, চেংলৌ-শক্তম নীংথীরবী মুজা অমবু অশাওবা অমগী মৈরিদগী মরু কোকথোক-পিবগুম চীংত্থমশিং অত্থস্থু মরু ইকোক কোল্লত্থনা ইকাই-ইকি ম্রাংমা লাম্না তুমিন তুমিন লেপ্তুনা লৈবত্থ পূক্লিংদা লমন খুম্নিংবা পোকই।

পাং অসিদা হৌবম্মী হায়রিবা থবো থম্বাল থারিকথাশিং অত্থস্থু পূক্লিং হুনিংঙাই শোয়দনা ওইরমগনি। তোয়না চাকতারম্বা পাংকৌ উচেকশিংনা থরায় তানা শাম্নজরমগনি। মপুকচেল চম্লবা পাখং লৈশাবী কয়ানা হিরুবাক মথক্তা থরো মচেৎ চাত্থনা খুলং ঈশৈ ফাংনখি হায়বত্থস্থু মতম অত্থদদি অঙকপা ওইরম্লোই। ঙসিদি পাং অসিগী শক্তম পুমওন ওনখ্রে। ইকোক কোকলমলে। লৈরাইশিং অসিদা শাউরবা ঈশিংগী ঈপোমনা হঞ্জিন হঞ্জিন য়ৈশিনবগী অরাবা শকফম মমি শেংনা তারি।

রাখল অসি মচোই মচোইখিগদৌরে খল্লত্থনা পাংয়াগী অকোয়-বদা ঐ অস্থুম চংলি। ঐনা চংপদা ঈশিংদা তারিবা ইম্নি অত্থনা ঐবু তাম্ন-তাম্নত্থনা করেম্নবগুম তৌখি। ঐ মচি অমদা অমুক লেপলে, ইম্নি অত্থদা মিং থম্নত্থনা তোবর্বান্দা ফমথরে। ঈশিংনা নোমলকপদা ইম্নি অত্থ নোম-হাইত্থনা থাংথি। অমুকস্থু নিংশিংলক্লে পাং অসিগী অকোয়বদা পিকনিক পার্টি কয়া লাকখি হায়বগী রারী।

নহারোলশিংগী রারীদদি থোইনা অনৌবা য়াওদে। মখোয়গী হায়ববু অয়াম্বনা চাহৈদবা চাবনি, থকহৈদবা থকপনি, ঙাওহৈদবা ঙাওবনি। য়াদে হায়গত্থতা পাঙথোক্লপা মুংঙাইবা অমা লৈ, মত্থ নহারোলশিংদনা অমুক্তা হেন্না চুশিন্নৈ, মত্থদা লেমজবা অমা লম্মাংদদি উবগুম তৌই।

নহারোলশিংগী মতৌ অত্থনা চহি মতাং চাত্রিবা অমদি হেন-দোকপ্রবা কাংলুপ কয়ানা মী উররোইদবনি হায়বগী নামাদা নক্লা বন চংপগী খুদোংচাবা কয়া লৌত্থনা মী হায়বসি শা মখল অমনি হায়না উংখিবা দৃশ্য কয়াস্থু তাক্নি-উখিবা অত্থম মরৈ।

চহি তরাফাওবা শুরমখিরোই, অঙাংমচা কাংবু অমনা মুপা মুপী জোরা শেমত্থনা ফোটো কয়া নম্মীম্নখি। ওঝা কাংলুপ অমনা

ছাত্র-ছাত্রী কয়াগী মমাংদা ইংলিস যিলমগী কাহেনবা শাক্তং কয়া হঙ্গোয়বা লৈতনা উংখি। মপোক হৌরবাময়া-লাংলবা অহলগী কাংবু অমনম্ম পাৎকী লুববা ঈশিংগী মহুৎতা থাউজাউ চোন্না পুরকপা লিক্লিগী ঈশিংদা হন্দোকপমখৈ পেন্না থরুখি।

'ফিজেৎ নীংথিনা শেৎলবা ইনাক-কৈবাক থুনবা ইমুং-মনুংগী মশক-মতৌ ফজবা মীওই ভাক্তা মানবা ভদ্রলোগ খরম্ম পিকনিক্কী নামাদা নোংমা অচোবা তরং উপু অমা হোই লাউহুনা পুশিল্লকখি। উপু অদুগী মনুংদগী শেল চবুল চবুল পুথোবক্তুনা চাকলুক য়েন্নবগুম য়েন্নখি য়াম্না হরাও হবাওনা। য়েনবা লোইববা মতুংদা অহাংবা উপু অদুদা মশাদা ম্যাওরকপা খুৎশু খুৎলাইশিং অদু হাপচিল্লগা পাৎকী ঈশিং মনুংদা চেকশিন্না লংথরকখি।

নোংমনা, অচৌ-অশাংগী ইমুংদগী থোকলকপা মানবী মীয়াম্ন চন্নবী মৌগী কাংবু অমা য়াম্না নোক খেতুনা চংলকখি। থোং-থাকপা পুরকপশিং অদু য়েন্ন-য়েন্নহুনা চানিন্নরগা চে শান্নহুনা অমম্বা ফাওবা নিংভায়বা লৈতনা ফমথখি।

অতোপ্পা মুমিৎ অমদনা মায়কৈ অদুগী ভোটতা মায় পাক্লবা নেতা অদুনা লুচিংলহুনা মশম থাকপা আনোক মচু-মচু উপ্পা, থবাক্কী কুদাম থাদোকপা ফুরিৎ লিৎপা, সিনেমাগী মীওই ভাক্তা মানবা কাংলুপ অমগা পুম্না ফম্মিন্নখি। নেশাগী দোম্বনরা, হৈখিবগী মরালনবা শান্ন-খিবা রাবীশিং অদুদা মী শেম্বগী নত্রগা থাগৎপগী রা য়াওদে। মী হাৎপগী নত্রগা মাঙহনবগী রাফমদা য়াম্না পুক্লিং চিংশিন্নখি।

অঙকপা অমনা, নোংমা এগুম্বা নাইতোম চৎকনবা মুপা অমথক মথন্নতা পাংয়া অসিদা মতম কুইনা তুনিন্না ফমলখি। মতম্না থেংজিনলক্লবদা চৎখিগদৌরবোই নিংলুই হৈগৎলকপদা। অদুবু মাদি হঙাংহৌদনা ফুরিৎখাউদগী ছুবি অশাংবা অমা পুথোরক্লগা থজিন্দা থুম্না মথন্নতা থিনজিনখি, স্বর যিংহুনা পাৎকী ঈশিংদা জম লাউনা তুশিনখ্রে হাইথ-রকপা ঈখেংহুগা লোয়ননা। মীশক অদু লৈবাক্কী মশক নায়বা য়াম্না

থোইজংবা মীওই অমনি হায়না নৈবাক্লা ঙাঙনবনি। মতৌ করম্না থোকপ্রিবা থৌদোকনো হায়বসি অংকপা রারী অমা ওইনা অতুম লৈথি।

ঐগী ইমি অদো ঈশিং মনুং অসিদা তুমিন্না চপ লেপ্লগুম উথি। হেক য়েংথোরকপদা মনাক নকপদা নোংমৈ কাপ্লবগী মখোল অমা তারক্লুনা ইশা অসি ইফিং ফিংগৎলি। মায় নৈথোক্লুনা য়েংথোকথিবদা মুপামচা মরিথক্লা চীংমায় অমদা নোংমৈ মথুৎচুম্বা তান্নবত্থু উক্লুরে।

ঐনা ঈশিংদা তারিবা ইশাগী ইমি অত্থুদা হঞ্জিন্দুনা অমুক য়েংথে। কোক অত্থু অসুক্কী মতিক চাউখ্রে মত্থুদি থুৎশা অমদি হকচাং অত্থু লংহিগুম পিকশিন্না উখ্রে। অত্থুক চাউবা কোক অত্থুদা পাল্লিবা মিৎতি থুত্রিক থুই। নাত্তোলগা চীনবালগদি খংচাউ অমুক চাউথোকই। ঈশিং অত্থুদা হৌরিবা মুংশিৎকী ঈপোম অত্থু কয়া কনবনো হায়না কুপথনা অমুক য়েংলিঙৈদা নোংমৈ পায়বা মুপামচা মরি অত্থু ইনাক্তা থুংলরে।

—"খুরা, করিনো ঙাওরব্রা, নথম্তা অত্থুদা তৌবিবত্থুদে?"

—"ইবুংঙো, ঙাওদ্রবদি ঐ কদাইদগী মফম অসিদা লৈগদগে।"

—"ঙাওইকা হায়নহে, মসিগী অহলসে।"

মখোয় মরি চংত্থুনা ঐবু ফাই। খুৎ তুংবুন্নৈ, পুক্তা কিন্না অত্থুম মরিরক থিল্লী।

ঐ করিমত্তা ঙাংদে, চপ অত্থুম লেপ্লুনা লৈ। "হে অহল, অতোংবা অসিদা লেপ্লু।" ঐবু ইল্লি। চৎলু য়াদ্রবদা শোরো শোরো লাক্লুনা চিংই, অতোংবা অত্থুদা নমশিন্দুনা ঐবু ফমহল্লি।

চীন অসিগী মথক্তা য়েংলম্বা মফলর অত্থুদা চেৎনা কিশিল্লি। ঐ মখোয়না তৌরিবা অত্থুদা অথিংবা অমত্তা পিরমদে।

মখোয় মরি লাপলপ্পা লেপখ্রে, ফুরিৎখাউদগী পুথোরকপা রিভোলভরশিং অত্থুগী মচীন ঐঙোনলোমদা ওনশিল্লকই।

তাঞ্জা অত্থদা পাংকী উচেক মরিথক ক্রং ক্রং পাইখৎলকপা উই। উচেক মরি অত্থদা নোংমৈ মচীনশিং অত্থ ওনশিনখ্রে। চপমান্নবা ক্বাপই। উচেক মরি অত্থ ঐগী মাংদা পোপ পোপ তাই, অঙাং মরি অত্থ নোক্তুনা চেনশিল্লকই, তাপ তাপ থুনগৎলি। মখোয় অনি অনি কোম্নত্থনা হরাওমিন্নৈ। ঐস্থ হরাওই মফম খঙহৌদনা।

মৈ থাগৎতুনা উচেক মরি অত্থ লৌই। লৌরিঙৈদা মখোয় মরি মথুম-মরাং হৌনা কোয়লাং লাংঙি। নোংমৈ ফাওবা ঐগী ইখোং ময়াদা হুনদোক্তুনা থম্বত্থ মখোয় করিস্থ থৌশাদে, ঐস্থ লৌশিনগে হোৎনরুদে। ঙহাক লৈরগা মুনবোই মুন্দবোই মৈথক্তগী লৌথত্থনা শেৎ-শেৎতুনা চাখৎলক্লে। মরু-মরাং মচেৎশিংত্থ ঐঙোনলোমদা হুক্তিল্লকই। চাবা লোয়রগা পাংকী লুরবা ঈশিং অত্থ মবুক থল্লা থকই। অত্থদগী মাগী মাগী নোংমৈ পায়খৎলগা হন্ধাং-তুন্ধাংদা থরা কাপথোকই, ঐঙোন্দা মিৎ থম্লগা, ঐ তুম্মিন্না অত্থম মফম্মী।

ঙহাক লৈরগা মখোয় লেঙ্গোন্নত্থনা চৎমিন্নখ্রে। মখোয় চৎখ্রবা অত্থদা, খুৎ অমস্থং চীন পুনজরবস্থ খোঙদি পুনবিরমদবনা, ঐস্থ হৌগত্তুনা পাৎয়ারোমদা চংশিল্লে। ঈশিংদা য়েংথরুবদা ঐগী ফিভম অত্থ ময়েক শেংনা উরে। তাঞ্জা অত্থদা নোংমৈ মখোল অমুকস্থ তারে। মখোল অত্থ ঐগী কোক্তগী থোরকপগুম তৌথি। খঙহৌদনা ঐ, ঐগী ইমি মথক অত্থদা, ঈশিংদা হায়থরে। ঈশিং অত্থদা ইশাদগী থোক্লকপা ঈগী মচু য়ানশিনখিবরা হায়বা খঙহৌদনা ঐ জ্ঞান অত্থম মাঙখরে।



# বাবু কালাবাবু

নশক হায়রা পংথি থিবা নত্তে, ঙাঙথোক-শকতোকপা হায়রা রাশি পংব্রাৎ ব্রাংপা নত্তে, নঙনা কাখু অসিদা কপতুনা লেপ্লিবসিবু করিগীনো? লৈবাক চাউইনা, মরুপ–মপাং সঙ্গ ইরৈ লৈত্রবদোনা? সে সে হোরেন মুমিদাংব্রাইরম ঙস্তানা ঐখোয়দা য়োরকউ। মী অচৌবা য়াম্না লাক্কনি, শকখঙ-মায়খঙনহনগে। শোয়দনা য়োরকউ।"

কালাগী মচে মালানা শৎ শৎ ঙাংলম্লগা চৎখি।

"শক খঙনরগা কৈদৌদৌরিবা, ঐঙোন্দবু" খন্না খন্না কালানা মশাগী মশক মিংশেন্দা য়েংই। লাইরিক তম্বদা মতম চানা লাইরিক পাহৌদবদগী পরিক্ষা ময়াদা অহিং তুমদবদা শোকখিবা মমিত্তা হাপ্লিবা ঙাংলৈনবা চাগী ফ্রেম চনবা আনোক উই। আন্দোলন য়েংবা চৎপদা মখজাইদা পুলিসকী লাঠৈনা কনখিবগী মমি উই। মচীনবান ময়াদা মহাকখক্কী কমলানা হম্নুবনা ওল্লকপনি হায়না ফাগি তৌরকপদা হান্নগী মুংঙাইনদবা চমন কয়া চিংথোক্লরক্তুনা খাইনহনখ্রবা মরৌ লৈবা শমক্রু অচৌবা উই। থবক ইনখাং জুগোৎ চাবা ফংদবগী রাখল খনবদা থর থর কেনখিহুনা খরদা ঙাইহৌরবা লুমাংগী চুজাক মশম হাইরপ

মানবা শম খরদুস্‌সু উই। মিংশেল থোক খুমজিল্লগা বেরী মচৈ অমা তাপ পায়খৎলি। মৈখেৎ থিবা ফংদ্রে, ফমুং শৎ চাইখায়। ফংদ্রে। ফুঙ্গাদা চংই। মৈ লৈরমদ্রে। মচীন্দগী বেরী লৌথোক্লুনা পেক থুদেকই, শ্রু শ্রু নৈহৎলগা থোংনাওরোমদা হুন্দোকখি। লোংনা ফমুংদা হিপথখি। মুমিদাংরাইরম ঙাইখি।

মুমিদাং অদু মালাগী য়ুমদা মী কুন কুন্থ্রাদগী চাকলেন অমা পাংথোকখি। লুপা লিশিং কুনমঙারোম ফংবৈনেয়ে। অচৌ-অশাং য়াম্না লাকই, রাজনীতিগী নেতা খরসু য়াওই। মণিপুরগী রাজনীতি, শেল-থুমগী ফিভম নৈনৈ। মালানা মণিপুরী হেগুলুমগী জগৎতা মহারাণী ফমথোন কাবগী মতাংসু মমুৎ তানা খন্নে। মালানা মরক্তা হাইফেৎ লাউথোকচৈ।

"বাবুখোয় ময়াম্না মুংশিবিরবদি মররারী কাচা মখোয়দবু ঐগী মহাজন ওইজরুখিগদ্রা! পৈশা ফংবা য়াবা লম্বেলদুদং তাকপিরবদি ভোট কয়া থোমজোগে? বেদ কোভর, টেবল ক্লোথ, পর্দার, স্বাফ অপাম্বদা তাকপিয়ু মালাগী শক্তি উৎচগে!"

খুবাক প্রোক প্রোক খুই। সভা লোইশিনখি। কোয়চেন চেন্দুনা মনেগী য়াথং ঙাকচদুনা ময়ামগী সেবাদা হুমাং কাহৌরবা কালা, মনেনা কাউহৌরমাল্লে, মাগী রারী'মত্তা শাহৌদরে ময়ামদুগা, অমুক ঙন্তা নীংশিংলক্লুনা মালানা কালা পুরগা হান্না মুখ্যমন্ত্রি ওইরম্বা মাইস্নাম বীরবাবুগা অকুপ্পা রারী শারুই।

অনৌবা আশা, অনৌবা থৌনা অমসুং অনৌবা খোঙথাংদা কালা হল্লকই। মোমোন নোকনীংঙগা চিংনরপ তৌবগী লৈয়িনা মায়থোংদা মমি শামি চিংবোই লাকপোই হল্লকই। মনেগী রাহৈ "ঐনা নিপা নত্তদুনা তৌবনিকো" হায়বা অদুনা মাগী থোপ্তা কন্তক কন্তক চিক্লকই। লান অসি চংদবা য়ারোইদৌরি, হিংনবগী লানফমদা মীকিথী তাবা চুমদে। মথা চিক্‌খ্রে, তরুশি শোনখ্রে। লম্বাদা কার তোংদুনা চৎখিবা কৌরমদবা মমান্নবা অমা অনি থেংনবদুনসু অমুক্তা হেন্না রাশক চেৎশিনহনখ্রে।

বীরবাবুগী কো-ওপরেটিভ কালানা পান্নখ্রে, বীরবাবুগী স্কুল কালানা শেম্নখ্রে, বীরবাবুগী ঠিকা কালানা পাঙথোকখ্রে, বীরবাবুগী লৈরক শেম্বগী, ক্লব শাবগী, পুখ্রি তৌবগী, ঙা য়োকপগী, লৌ নীনবগী, কৈথেল শেম্বগী, ইন্দষ্ট্রি লিঙ্খৎপা, লৈকাই শেমগৎ-শাগৎপগী, মী হাপতোক-হাপচিনগী, ফম কাথোক-কাশিনগী, তলব হেনগৎ হন্নগী, পুম্নমক কালাগী মথক্তা নম্বখরে। প্রজাগী সেবাদা, লৈবাক্কী থবক্তা মথল্লাই লুপচরবা বীরবাবু নোংমতা নোক-খেজবা ঙমজদবত্থু, কালাগী থবক-থোশীল উবদা মোমোন মোমোন মতম শাংনা শাংনা নোকচৈ। মী অমত্তা লাক্লরোই নীংলম্বা মিটিংদা কালানা হোইত্থুনা পুরকপা মীয়াম উবদা বীরবাবুগী পুন্সি অমুক হন্না মহৈ য়াল্লমাল্লে নীংত্থুনা হেক হেক মারুই তপ্না তপ্না মখদাংগী কোই মরক্তা।

পুন্সি হায়বসি ঙক্তি ঙকপা জাৎনি, কালা কালাবাবু ওইরে। নোংঙানবদগী নোংয়াই য়োবা ফাওবদা ময়ুমদা তিল্লবা মীয়ামসি মখল শুরক্লে, চাকথুম মৈ মুৎপা য়ারক্রে চা লোনবদা, হলরা শেম্নদা। মত্থুনা কোম্নরক্তুত্থুনা কোম্তোং মপান্দা হোটেল তৌবিররে, লুকমায় পান-শিনবিররে। হুমিদাংনা হেন্না শিংলি হায়নৈ। মমল য়াম্বগী রাসিদি নোংয়ায় ফাওববু অতৎপা লৈতনা শিংলি হায়নৈ। নোংমদি অসুম্নসু হায়দোরকই কালাবাবুনা :—

"ঐখোয়গী খুরাইবুঙো বীরবাবুসি পংদি পংখ্রবা জাৎনি, ঐনা হায়রিবমখৈ হেক্তা য়াই।"

"অত্থুবু ফজ্রো, অদোমগী গুণ হেনগৎপা নত্রা, রানোম হৈতবা প্রজা কয়া অদোম্না কনবিরে, লেংঙম-শাঙমদবা সরকারবুস্নু মিৎ-না শিংহনবিরে, চিন্দা ঙাঙবা, খুত্তি য়াওদবা কয়াবুস্নু মরিল তেংথোক্লে ... ... ..." অমনা জর জর ঙাঙথরকপদা টেলিফোন খিংভিল্লক্তুনা কালাবাবু হৌগৎখি। হঞ্জিল্লকপদা হায় :—

"ওস্তোকপা লাইবক্লি, হৌজিকপু ঐগীসিদা অচৌবা ময়াম চাক চারনি হায়রি, অতৈ জাগা ইরৈ লৈত্রবদোনা?"

"কৈদৌনা তনবিদৌরিবনো ইনে লৈরিবসিদি, বাবু, কালাবাবু।" মনে মালা শৎ ফাওজিল্লকই।

হন্দক্কী লাক্কদৌরিবা মীখল অসিদি ঐখোয়গী বাবু কালাবাবু শোয়দনা লেপকনি শোয়দনা কাগনি নৎত্রনে তোমাল্লো, বিরেন্দ্র?

"মানি মানি ঐখোয়না কালাবাবুদবু ভোট পীত্রবদি কাস্থ কাত্রবা বীরবাবুদদি কৈদৌনা পীদৌরিবা? অকিবা খঙত্রবা নহারোলগী যুগসিদবু হন্নুবনা কৈদৌদৌরিবা?"

কালাবাবুনা পৈনা হৌগৎলগা মাগী শাৎ হৈরবা য়ুমগী মথক্তা কাখত্তুনা ময়াম লাকপা ঙাইহুনা লৈখি। মহৌশা হৈনখিবা ময়ুর আসন্দু নিংশিংলকপদা নোয়থোক্লবা খ্বাং অহু য়াংলেন্দা খংচিক খংচিক চিক্লকখি।



# লালু-খুল

কয়াদা লায়না হায়রিবা! লায়রবা লৈবাক্তা খ্বাইদগী নুংঙায়বসি লায়রবনি, লায়রবতনা লায়রবা কোক্লবগী উপায়নি। অদুনবু পৃথিবী অসিদা লায়রবা লৈবাক মশীং থীঙমদনা লৈরি।

মীনা লাইনা উদনবা ফক্লাং চেকপল অচৌ অচৌবা লম্বীগী লম-য়ায়মক্তদা অঙাংবা মচুনা পেন্না পেন্না ইরিঃ "লায়রবতনা লায়রবগী উপায়নি, "চরা হেন্দনবা হেনসি" অসিনচিংবা। অদুগা মখাদা পিক্লপনা ই— "লায়র-লময়ানবা"।

কনানো "লায়র-লময়ানবা"? পুন্নমক হংঙি, কনানসু ফোংনা খুম্লক্তে। অদুবু আন্দোলনদি কনশিল্লকই। আন্দোলনগী মওংদি তোপ তোপ্পী। মাইক পায়দুনা লাউদুনা চৎতে, ময়াম পুন্দুনা মীটিং তৌদে, লীলা তৌদে। শুমাং খুদিংদা, ইমুং খুদিংদা চে নত্রগা ফি অঙাংবনা য়োমশিল্লবা লৈতুম নত্রগা মুংতুম লৈরম্লবদি মতুদা থারমগনি— ফক্লাংদা, শোরোক্তা য়েক্লস্বা ময়েক মশোল পুন্নমক। কনানা করম্না থম্লস্বা নত্রগা হুল্লকপা কনামত্তনা খঙবা ঙমদে।

সরকারগী অফিসশিংদদি লায়র-লময়ানবশিংনা করিমত্তা শোকপা উদে। মরম করিগীনো হায়দ্বনা থল্লি। অঙকপনা থল্লি। কনাগুম্বনা হায় অফিস মশীং য়ামথোরক্তুনা লায়রবদা মতেং পাংই, অদুনা শোক্তবনি। অফিসশিংদা গুনিং–নোমনিংবা কয়াগী চঙজকম ফংই অদুনা আন্দোলন দরকার ওইদবনি।

লৈবাক্তী থবক পুবদা মায়পুনরিবা অচৌ-অশাংশিং অমদা মখোয়না করিগুম্বা মখলগী অকিবা পোকহন্দে। মসিমস্তু অঙকপনি। কনা অমনা হায় লৈবাক লায়রহনবদা মখোয়না অচৌবা থৌদাং য়াই। মখোয়গী মতুং ইনবদা মী কয়া থবক গুহন্দে, মখোয়গী অচৌবা থরচ পুনবা হোৎ-নবদা গু-নোমলিবা কাংবুবু তম্বহনবদা য়াম্না মতেং ওই। মখোয়গী মরমদা তোকঙা কয়া ঙাঙনদুনা মতম মাঙহনবদা য়াম্না কান্নে। মখোয় লৈবদগী খবর কয়া ফোঙবা ঙমলিবনি নত্রবদি করিবু ফোঙগদগে ঐখোয়গী খবরশিংদা।

রাজনীতিদল ধর্ম্মগী কাংলুপ, চীং-তম অমদি ইপানাৎ-ইপুনাৎ বয়াগী ফুরুপ, শান্নরোইশিংগী এসোসিয়েসন মহৈরোইশিংগী ইউনিয়ন, সাহিত্য অমদি কলাবিদ্যাগী পণ্ডিত সভাশিংদা লায়র-লময়ানবা কাংবু-শিংনা থোইনা অপনবা পিদে। মসিনা করম্বা মখলগী পাখোংনো থল্লি। কনা অমনা পাখোংসি অস্নুম্না ফোংঙি— শেল মাঙহনবদা মীওইশিং অসি য়াম্না কান্নে। মখোয়দি শেল তানবা কাংবু নত্তে, শেল নিবা কাংলুপনি। থরা য়াম্না নিখোক্তুনা অরৈবা কাংবুশিংবু লায়রহনবদা মতেং পাংঙি।

অদু ওইরবদি, লায়র-লময়ানবশিংনা হরাউরম্বা য়াই— সিনেমাদা তোয়না শেল য়াম্না তিংথোকপা, জুয়ারদা অমদি নেশাদা শেল য়াম্না মাঙহবা, ইরমদা স্নুম তম্বা য়াবদু মীরমদা চৎতুনা লাইরিক তম্বগী নামাদা গাজিয়ানশিংগী ঈ চুপ্পা, রাচৎ-রানোমদা লৌরি-ইঙ্খোল য়োন-থোকপা, চোড়া কারবারদা পোম্বা চাউনা চাউনা পীথোকপা, পোৎয়েংগী নামাদা শেঙ্গাও পুথোরবা, তিংথোরবা অসিনচিংবা।

অতুগা আন্দোলনগী তোপ তোপ্পা মওং অমনা— অতৈ আন্দোলন-শুম্না কৈথেল অমুক্তা থুগাইদে। কৈথেল কাহনদবা অসিদি লায়রহনবদা য়াম্না মতেং ওইবনি। অতুবু করম্বা মওংদা লায়র-লময়ানবশিংনা মসিমদি চিংথরম্বা। চম্মন্নরিঙৈদা অমনা মত শীরকই— কৈথেলদনি ইনাক-খুনবশিংনা লায়রববু লৈরিবা, থিংলুরবদি লায়রবশিং হেন্না লায়ংবা ভম্নরোই।

ফরে, লায়র-লময়ানবশিংনা পাম্নিবা লায়রবা, মসিনা করম্না মুংঙায়বা পুরক্কদৌরিবা? মসি খনবদা ব্রানা থোকই। অতুবু করম্না ঈহৌ অসিনা নোংম নোংমগী কনথৎলক্লিবা? মসি তশেংনা অঙকপা অমনি। ব্রাত্ত-পাদবা, মুংঙাইবা হায়বসি পুন্সিগী পান্দম্নি; লায়রগে, ব্রাগে হায়তুনা কনাস্থ পোক্লকপা নত্তে। মসিদা থোইনা ব্রাখল চংত্রবনি, হোৎনবগী ব্রাতনি। অস্থুন্না চম্মন্নতুনা লৈবসি ঐ কুইরক্লবনি। অতুবু নোংমদি মপান্দা ফোংবা ইংরাজী খবর অমদা কনাগুম্বা শকলোৎপা রাইতর অমনা "ইকোনোমিক্স ওফ পোবরতি" হায়বা আর্টিকল অমা ফোঙলকপা ইকুই কুইদনা থেংনরুরে। থরায় য়াওনা আর্টিকল অতু পায়। ইরিবতুগী অশম্বা ব্রারোলদি অসিনি:—

হৌজিক্কী মতমদা "লায়রবা" হায়বসি খ্বাইদগী হেন্না মমল য়াম্লবা লল্লোলপোৎ হায়বতু ওইরে। লায়রবা কয়াবু লৈরবদি মখোয়গী নামাদা স্কীম-প্লান কয়া শেমতুনা শেল তানবা য়াম্না লায়রে। ইনাকখুনবা কয়ানা মখোয়গী হেন্না ইনাক খুন্নবা স্কীম অমা শেমলুবদা ময়াম্না মতুবু য়ানিংদে … … … "মান্নবা খুন্নাই" শেম্বদা অকায়বা লৈবদগী। লায়রবশিংগীদমক্তনি, অশোন-অনাশিংগীদমক্তনি হায়রবদি পৃথিবী পুম্বনা মুংশিবীরকই, য়াবিরকই। প্লান অতুনা লায়রবশিংগী ফনা ফজনা শেমতুনস্থ লায়রবা পঙজবনা মরম ওইতুনা মখোয়গী ঈন্দা লকপা ঙাতু ইরায় লায়না চোংথোকখি। মশাগী দোষনি, ফংজদবা তায়। লায়রতুনা অস্থুম লৈবা তায়— অমুকস্থ স্কীম প্লান শেম্নবা, অমুকস্থ নাম্থোকখিননবা। মতুদা তোংজরিবা কাংবুশিং অসি ঙসিগী

পৃথিবীগী ইনাক খুনবশিং অসিনি, অশিংবখিংসিনি, অহৈবশিংসিনি।

মখোয়দদি লায়রবা মীওইশিংসি ওস্থোক্লা কান্নখ্রবা জাৎনি। অতুনা লায়রবদি লায়রতুনতা লৈগদবনি— মুংশিবীনবগীদমক, চানবীনবগীদমক, প্লান কয়া শেম্বীনবগীদমক। লায়ববদা মুংশিবা লৈ, মুংশিবদা ঈশ্বর লৈ। ঈশ্বরদা মুংঙাইবা লৈ। দরিদ্র নরায়ণ কয়া লায়রবা সমাজনা পৃথিবীদা দান তৌই, পৃথিবী হেন্না ইনাক খুনগৎলি। মরম অতুনা পৃথিবী হেন্না মুংঙাই-নবগীদস্মু লায়রবা মরাং কায়না চংই। তশেংনমক মান্নবা খুন্নাই অমা পৃথিবীদা পুরকপা তারবদি, পৃথিবী লায়রবশিংতগী ওইবা তাবনি। অতুনা লায়ববা নোংম নোংমগী মশীং য়ামহনগদবনি। চম্মন্নতুনা অতুম থমগদবগী শরুক য়ারিবমখৈ থুনা মীপূম খুদিংবু লায়রহন্ননবা লম-য়ানগদবনি।"

আর্টিকল অদু ফোঙবা ইংরাজী খবর অতুগী ইডিটরদা ঐ খুদক্তা চিঠি ই। রাইটর অদু ঐ মশক খঙজবা য়াম্না পাম্মী হায়থি। মতমগী মতুং ইন্না পাউথুম লাকই, "মিষ্টর এল, এল, নারায়ণ, লণ্ডন"।

ঐখোয়গী লৈবাক্তা শন্দোরক্লিবা আন্দোলনগা লণ্ডনগা মতৌ কবন্না মরী লৈনরুবা খনবদা মম্মী। অদুবু এঙোন্দা কন্না থিগৎনবগী অপাম্বা অমদি কন্না পোক্লে। মায়গৈ অসোমদা হান্নমা সরকারনদি তুমিন্না য়েংতুনা লৈথোকখিদ্রবনি, অকনবা থবক কয়া চথখ্রবনি, ষ্টেটমেণ্ট কয়া ফোঙখ্রবনি। সরকারগী থবকশিং অতুদা ঐ য়ানিংদবা করিস্মু লৈথি-দবনি। ঐতনা, ইরন্নাই যিজ্জিনজনিংবদি নোংম-নোংমগী হেনগৎলক-থিবগী রাদনি।

নোংমা সবকারগা মরী লৈনবা লোয়শং অমদা চতুনা ঐখোয়গী লৈবাক্কী খ্বাইদগী হেন্না লায়ববা খুঙ্গং অদু তাকপিনবা হংজরুই। ইং ১৯৮১ গী সেন্সসকী মতুংইন্না নোংপোক জিলাগী ১০৮ শুবা খুল অতুনি হায়না হায়রকথি। মমিংনা 'লালু খুল' কৌই হায়রকখি। লালু খুল, ঐ চৎনীংবনা লোইরে লালু খুল।

ঐ খুল অতুগীদমক খোঙশাল্লে মুমিৎ অফবা অমা য়েংতুনা ইথন্নতা। হাপ্তা অমগী মতুংদা য়াম্না রানা খুল অতুদা য়োরে। চুম্মী, খ্বাইদগী

লায়রবা থুলনি, শেগায়রবা উনা-শীংনাতনা শাবা য়ুম কুন কুন্থ্রাতনা শাবা থুলনি। লৈরম্লিবা মীওইশিংতুসু তশেংনমক লায়রবগী মুর্ত্তি ভাক্তনি, ময়াঙ কংত্রিক কংই, ফিজেৎ-ফিগায় থরতা শেৎলি। অদুবু মায়থোংশিংদি মকা লাম্মী, ঐবু হরাউ হরাউ ওকপি, পীজ-পীথক ফৈ। ৱারী শাবদা ওস্থোক্লা মুংঙাইবা ফাওই। নোংমা নিনি অস্তুম লৈরকপদগী লোন্দীন্নরকখি।

থুল অদুগী উমংলাই লৈ হায়রিবা অশোঙবা, হৈপাল–লৈপালতনা য়োমশিনবা মফম অমদা ঐবু পুবিরে। লাই থুরুম্লবা মতুংদা উনা শীংনাতনা কুপশিন্দুনা থম্বা ফজরবা মুংপাক অমা ঐবু উহনখি। মতুদা য়াম্না ফজবা ময়েক্লা হক্তুনা থারি ঃ—

"লায়র-লময়ানবা নারাণ
পোকপা ১৯১০, শিবা ১৯৮০
কুইনা হিংবা ওইসনু।"

চঙশিন্দুনা মুংপাক অদু থুংনা শোকপদা মঙায়রি মমায় লোৎপা থুৎলাই পায়বা কাঙবু অমা ইনাক্তা ইকোয় কোয়শিন্দুনা লেপ্লরে। ঐনা মায় হায়গৎপদা অতিয়া অসি কোয়লৈ লৈ অদুগা ঐ মিৎ অসি উইশিনখি।



# কৈ মচা চাউনবা য়োকসি

ঐ খণ্ডই, চুকুপ থকপনা কয়া ফত্তে হায়বা। অদুবু ঐ অস্থুম থকই, তোক্কে খক ঙমদে। য়াহৌরকপদা থবাক্তা, খোনাউদা মৈ হৌনা শাবা, অদুগা শিথ-শিথ লোক থুবা। মসিদা তোল্লগে হায়দুনা কয়াবক ল্লাশকলুবে, কয়ারক থুগায়খ্রে। শ্রীগোবিন্দনা শাক্ষী ওইবগফাওবা লেপলুববনি। নোংম নিনিগী মনুংদা মতেক খুন্দুনা অমুক থকই, মী উহন্দনা। অদুদৈদি ফানবক্তুনা অদুম থকখ্রে।

ঐ খণ্ডই, জার্দা ক্বা চাবনা কয়া ফত্তে হায়বা। অদুবু ঐ অস্থুম চায়, তোক্কে খক ঙমদে। ফনা কুইনা লেপলুববদা লুহোংবা অমদা, শ্রাদ্ধ অমদা, চাক চানফম অমদা মনা মচেৎ অমগা ক্বা মশুং অমগা স্থুম তৌনিংঙায় লৈতদুনা, মীস্থু তৌনৈ হায়দুনা উমলুই। অদুদৈদি অদুম চাখ্রে।

ঐ খণ্ডই, য়ু থকপনা কয়া ফত্তে হায়বা। অদুবু ঐ অদুম থকই, তোক্কে খক ঙমদে। ফনা কুইনা লেপলুরবদা থায়না থকমিন্নরম্মশিংগা হেক থেংনরুবদা ঐ ইথন্তা লৈহৌবা ঙমখিদে। অদুম থকলে, অদুদৈদি অদুম থকখ্রে।

অসি মঙায়, জ্বার, গঞ্জা, কাণী, হেরোইন, মোর্ফিন। ঐ ইয়াওত্তা য়াওই। সঙ্গ-পঙ্গ, মরুপ-মপাং ইরাং ব্রাস্তে. ফনবু মুংঙায়। তৌবৈদি ইমা ইপানা ইথমতা পোক্লমই, লন-থুম মবাং কায়। মুপীমু ঙন্তা থিরিবনি— লাইবক্লরা, ইচা অমত্তা পোক্তে। মুপী মরি মঙা শুবে, থিবা, খাইনবা। অকোনবগীসিদি মচান্নুপী অমা লোয়নরকই। মুংশিখ্রে অঙাংসে। ইচা অপোকপদগী, করিগুম্বা পোক্লম্লবদি, হেম্না, মুংশিবা শোইদনা ওইগনি। মশকনা ফঙরিবা, মবুদ্ধি মরৌশিংনা চংখোল্লিবা।

মাগী চাউনবা হোৎনবা, লাইরিক-লাইশু তম্নবা হোৎনবা, সনা-লুপা, মফি-মবোল, স্কুটর, লুনা, টিঃ ভিঃ, অমত্তা ব্রাৎহন্দে। মানা মোমোন নোক্লনা 'পাবুং' কৌবকপদা ঐ ফনা শাউবম্লবসু থংইং ইংঙি। ঐনা খল্লি, মা নৈত্রবদি ঐ করম্না হিংগনি?

নোংমা ইম্ফাল এয়াব পোর্টতা ঐ মা লাকপা ঙায়। য়ুস্নু খরা ঙাওই মুমিত্তু। মাদি এঃ এঃ পরিক্ষা লোইহুনা দিল্লিদগী লাক্কদবনি। প্লেন লাক্লনা মী মথং মথং কুমনরক্লে। মাদি থক উদে। নাকন্দগী থুংঙবদা ঙায়রিবা মমাম্নবা নৈশাবী অমনা ঐবু কৌরকই অহুগা হায় :—

"পাবুং! বিনোতাহু মাগী সিক্কিমগী বোইফ্রেণ্ড অহুদা চেনখ্রবনি।"

ঐনা খুমখিবরা অং, অং?



# কংলা-কারবার

শ্রীবলিহারী সিংহ মৈতৈ সাহিত্যগী মথমতা ময়ায় কাজরিবা লায়রবা কবি অমনি। হেক ইফ ফবনি, অত্থুদা মা তলব চাদে, শেল তান্দে। মা উনবা মীনা কিনৈ, থুকউদি পায়নদে, ফুরিৎথাউদি চেকশিন্নে। মানা মতৌ তম তমত্থুনা ইজবা য়াবেং শৈরেংগী লাইরিক সাহিত্যগী চুকান্দা পুমতাউ তাউরবনি। সংকারগী গ্রান্ট তোংজে থাত্থুনা চিংনা চিংনা অফোও থুদিং লায়ববনা চেঞ্জিল্লি। শিত্তবনা, লৈবিদবনা পৈশা পিবিরক্তবনা। মথুবাদা কংসনা নিকুপ থুদিং নন্দগ্রামগী শ্রীকৃষ্ণ শোনবগুম অরাপ্পদা অনকপদা লৈবা ছাপাখানা থুদিংনা শ্রীবলিহারীগী নাম অকাউবা লৈতনা শোন্নে।

অত্থবু হৌজিক্কী শ্রীবলিহারী মথা কলম পায়থবা য়ারক্রে। মচা মথং মথং নমপোক নমপোক পোকত্থুনা মরি-মঙা শুজিল্লক্রে। মমা লুখ্রাবী কৈথেল কাবা ঙম্লক্রে। আউনপোংনা য়োমত্থুনা লাকপী মাগী চুপীসু মচা ময়াম্না অমদি মপুরোইবনা শেং-শেংত্থুনা চাথংলকপনা মমিংকা ময়াগতা ঙাইশিল্লক্রে। শ্রীবলিহারী য়াশক লৌবা তাখ্রে। লায়ররিবমথৈ কলম পায়ররোই, ইচা পিক্লিমথৈ থবক্তী অচোপ-অরেম থায়ররোই।

রাশক্লবা মতুংদা চৈনাখোলদি ফাওই শেঙ্গাউনা নম্বেক-পিগদোরবা থম্মোইগী। ফৈ, মতম খরদংগীনি। শেল তান্দবা য়াদ্রবনি। কিন্থুনা চেনগদোবা শ্রীবলিহারিদি নত্তে। য়ারিমাল্লে হায়ন্থুনা নহানমথৈ খাং-লম্লবস্থু হৌজিক্তি মুপা থোদাং য়েংবা তারে। মাগী মুপী কৌশিন্দুনা থা অমগী চাউরাকপা খরচ হংঙি, মথং মথং চেনা পন্দনা হায়রকই।

"চেংনা কিলোদা লুপা অনি পিববনিনা, লুপা মঙানা ইঙ্গাং শিনবা কোন্নরক্রবনিনা, লৌননবা শীংনা মন্দা লুপা নিপান হেল্লক্লবনিনা, চা, চিং-গা থারবদি নোংমদা লুপা তরামঙা কুন হায়বত্থুদি ফক্লাংদা লৈতুন্না থাবনি।"

"য়ামইদা! ফৈ, থা অমদা লুপা চতরুক। অতৈ খরচতি?"

"থা খুদিংগীদি লৈদে হায়ববু অঙাং মঙাসিগী কুম্মৈ খুদিংগী লৈদবা য়াদবা মফি-মবোল, লাইরিক লৈবা থোৎপা অমদি মথাই অমা শিকি অমা য়াওদ্রবদি লাইরিক তম্বা চৎলু হায়বস্থু য়াদবা তসিগুম্বসিদি হান্ননা খঙবিররিগনি।"

"অং মত্থুগীদমক থা অমদা লুপা চামা চনিদি খাকঅসি। লুপা চানিপাল শুরে। অতৈ খরচতি?" "লৈকাইগী পোৎয়েং, শীংঙেলগী শেন্থাং, চুরুপ, বেড়ী, গ্বা, সাপোন, টৈরশিং, কোক্তা তৈনবা থাও······।

"ককথৎপা য়াবা আইতেমদি য়াওই হায়ববু ফরে, মত্থুগীদমক লুপা চামা হায়বসি থাদা! লুপা চামাপল শুরে। অতৈদি?"

"অনা-অয়েক্কী য়াওদ্রি! মৈগী, ঈশিংগী, ইঙ্খোলগী থাজনা লৈরি, মরুপ-মপাং, শাগৈ-নাতৈগী ময়ুমদা চৎপগী নত্রগা লাকপগী শেনফম রাৎলি।"

ছাত্রশিংগী, পাথং লৈশাবীশিংগী শেনখাই য়াওদ্রি, লৈকাই মরুপকী শেন্থাং, চাক চানবগী শেন্থাং, পুরুবা শেলগী ইনথৎকদবা শেল্লেপ অমদি শেন্দোই ··· ···।

"এঃ য়াম্মনখ্রেদা লোইবা ঙম্বা পোৎ নত্তেদা হংবু হংলুরবদি"

"ফরে, অত্থুনচিংবা পুম্নমক্কুগী লুপা চামা হায়রসি, চাউনা হেক

পাবদা পুরা লুপা লিশিং অমা শুয়ে ঐখোয় ইমুংগী থা অমগী থরচ। ভাইখো নহানমখৈদি ময়ামশিংসি কমদোনা পুই।"

"হৌজিক ফাওবা থংবিদ্রিবজাৎ ওইরে। ইশাগী সনা-লুপা কয়া য়াম্না য়াওরকই উবিখিবনি। ইরৌ-ইশিং খরা লোয়নজরকই থঙবি-খিবনি। ইথোল অসি কয়া পাক চাউবম্বা অমুক নিংশিংনিঙাই নত্রবনি। ঙসিদি নচাশিংগী খোংহান্ফম লৈবক্রে। খোং হামদোক্লবদি লাইরম্বুনা য়োৎশিন্নবা ফংদম্বুনা ময়াঙ অসি নোংমা নোংমগী কযাদা কংথরক্লবা!"

"ফৈ, কৈম্মু লৈতে, পৈশাগী মমল লৈত্রবা অসিদা থা অমদা লুপা লিশিং অমদগী তাদনা হেক তাল্লগা লোয়বেদনা! অম্বু ওইরবদি থোইনা মীখা পোল্লবোই হায়বা! ঐগোয়না শোয়রিবসি থরচ হম্বনা তোনবা লাক্লবদগী চাউথৎপগী আশা ইলৈ লৈনদবনি। করন্না তানগনি?" মসিনি শ্রীবলিহারীগী ঙসি নোংমা নিনিসিগী লাইপু।

শুম্মক থল্লি. শুম্মক থল্লি। য়ারেং শৈরেং ইরমদাইদা মচিন থৌখিবা য়াখল অসি ইফক ফকচিল্লি। তলব চাবগী থবক মহৌশাদগী হৈন-রক্লবনি। অম্বুগীম্মু মথক্তা থাদা লুপা লিশিং অমা চাবা থবকপু সাহিত্য তৌবিঙৈদা লাইরিক নীংথিনা তমহৌজবা শ্রীবলিহারীগুম্বগীদমক মণিপুরদা কদাইদগী লোকনি! ঠীকাদি? থঙন-চান্নবা ইঞ্জিনিয়ার অমগী মখোংদা হেক্তা তুকরবদি? মম্বুস্মু মী য়ামদ্রিঙৈদদি মফংদম্বা মীনা য়ামশিল্লক্ল-বসিদদি অরায়বা হায়বসি মবৈবক্রে। অম্বুগীস্মু মথক্তা ঠীকা হায়বসি শেলনা শেল তানবনি। শ্রীবলিহারীগীদমক্তদি খজিত্তং নাতৈ চাফাত্তে, মী হাত্তোক্লবম্মু পংহে হৈজবা নচ্চদে। দুকান ফম্বগী থবকসিম্মু অম্বুমঙাই মহাজন থাজনবা হৌজিক হৌজিক্কী মতিক চাবা খুৎপায়শেল শ্রীবলিহারীদি লৈজবা নত্রি। স্কুল, কলেজ, ক্লব, কো-ওপরেটিভনচিংবা লিঙ্খৎপগী সোসিয়েল য়ার্কর কারবারদি লৈদি লৈ হায়ববু পোলোই ফজদে, শিফম-নাফম থঙদে, শ্রীবলিহারীনা অকিবা পোকই। ইন্দম্বী লিংবগী য়াসিম্মু খুমাংদি থানিংদে, শোয়বা য়াদবা খোংফম্মি। ব্রেক চেনবম্মু অম্বুমঙাই ইজ্জৎতি খরা খরা য়েংদবা য়াদে।

মথং মথং অসুম খল্লি, অসুম খল্লি। নহা ওইরিবৈগী ব্রাখলগী পোৎলুমদি পুতুনতা লাক্লবনি। পোৎলুমগী মখল মান্নদবতগী ব্রাতনি। শ্রীবলিহারী বিভুলা চুগনবা মীদি নত্তে, মকোয়-মরাং চোম্বীদে, শোরোক্তা চৎপা মী উদবা থক লৈতে। মতমতবু খরা চংজবগী ব্রানি। ব্রাখলগী লম্বীদা শ্রীবলিহাবী খুদি থীবিবগী ব্রা লৈতে। মমৈদা অনিথক্তং থেংনৈ। অমনা মীগী ব্রানোম্বীবা অতোপ্পা অমনা মুমিদাংগী অচাপোৎ য়োনবা! খুৎপায়শেল য়াম্না চংদবা, ইশাগী হুমাংমল অমসুং ইরৌশিং মতিক-চানা শিজিন্নবা য়াবদি অনিসিতনি শ্রীবলিহাবীগীদমক।

অতুদা অনিসিগী মনুংদা জুব্রার পামদবা শ্রীবলিহাবীদদি ব্রানোম্বা মহৈ পংয়ান য়ান্দবা য়াই বাজনীতিগী ইবাং অসিমসু নোংমা নোংমগী লুবা হেনজিল্লক্লি, নিংবা থুংবা ব্রাৎপা য়াই।

মুমিদাংগী অচাপোৎ য়োনবা অসিদি শ্রীবলিহারীগী থম্মোইদা থং লাউনা পানবনি। কোকয়েৎ মচা অমরা, টুপী অমরা অতুক অহৌবা মতম খরসিগী উপশিনবা অসিগী ব্রাতনি। অতৈদি পেনা খোংবনা হেন্না ওন্থোক্লা লুগনি। প্লাইউৎনা শাবা উপু মচা অতুগী মখা থংবা খাজিনবা কা অতুনা শো-রুম কম সপ্লাই সেন্তর ওইগনি। মখোং অদো কাংখোং পাল্লবসু পান্দ্রবসু অন্ধানি। কয়াবু লুমগবনো শুপ্পগী লুপা য়াম্খেদগী হেন্না চংলোই। মৈফু লুপা অহুম পীবা অমতংগা চংগনি, লৈদ্রবসু হান্নগী অবৈবা অতুনা য়াগনি। তৌবৈদি থোং থাকপদি য়ুমদগী অয়াম্বা লোয়শিল্লক্লগদবনি।

খবা অতুক শাহন্নিংবা অতুতগীনি। লুপা কুম্ভা মুক্কী ফাবৌঙা, উকাবী, ঙাক্রোমাচা কবিগুম্বদা ঙাশেপ, ঙাকিজৌ, খজিংনচিংবা য়াউ-হল্লবসু য়াই। লুপা কুম্ভামুক অমনা শিং-য়েল থাউ, ঘী, মরোই-মরাং বেশোন্নচিংবগী থম্লসি। লুপা নিফু অমনা অহোং-অচাও অমদি অতৈ অব্রাৎ-অপাগী থম্লগা লুপা চনিখক্তনি কারবার অসিদা চংগদৌরিবসি। লুপা চনিখক পুবদি থোয়না ব্রারোয়না, শেন্দোই খরা চাউহল্লবদি। অসুম্না শ্রীবলিহারীনা মায়থোং মকা লামজে।

মুংতিগী মুমিদাংব্রাইরম পুং মঙা মথাইদগী মাপল মথাই ফাওবদি য়োনবা য়াই। পংথেং থেংথরবদি মতমনা ফত্তবনিনা কয়া খুদোং চাদবম্ব য়াই, য়ুমদা পৈশা পুত্নুনা হল্লকপগী ব্রাম্ব লৈরি। খ্বাইরম্বনগী কাংজৈবুং ময়াদা চানায়োন্‌বী, চানাস্থ নত্তে, মঙ্গল অতিংবা থাউদা কাবক ভৌত্নুনা যোনবী ফাওবা মিনিট অমদা লুপা অমদি শোয়দনা ময়োল্লবনিনা হেন্না ফবা পোৎ য়োনবগী লুপা অনীদি মিনিট অমদা শোইদনা য়োনফম থোকই। অত্নবু কাববারগী অহৌবনি, মিনিট অমদা লুপা অমতমক য়োল্লে নিংলসি, অত্ন ওইববদি পুং ৪দদি লুপা চনিনিফুদি য়ামদ্রবদা য়োনবা তাই।

নোংমদা চনি পুথোক্লগা চনিনিফু ফংলবদি শেন্দোং নিফুদি মরৈরে। থাদদি লিশিং অমা চনিনি। য়ুমগী খরচ লিশিং অমত্ন কোম্নখিবতা নত্তুনা চনি অমা লেম্মি। মসিমক শ্রীবলিহাবীগী মুপীনা শোয়দনা হরাউ-ফম থোকই। অত্নবু শ্রীবলিহারীনা হায়দোকপা পামদ্রি। তশেংনমক তোংলগা হায়বদি শেন্দোংগী অচোনবা শেঙ্গাউত্ন পুরগা খংহনিংখি।

য়োনফমবু কদাইদনো ? লুরিবা ব্রানি। তহা তহাবা য়াবা নত্তে। খ্বাইরম্বন্দ বাজার অসিদা সর্ভে তৌথোক্লুনা ভারা তিংদনা মীয়াম পুনবা য়াবা মফম থুনমক থিদোকপা দরকার ওইরে। লুপা চনিদং থিননবা মাগী মুপী কামধেনুদা শিন্নবম্লগা খ্বাইবম্বন্দ বাজাব তম্না পরপ পরপ হাইগৎ-লকই। মৈতৈনা অর্থ লৈতবা ইজ্জৎ পামশিন্নত্নুনা তল্লিঙৈদা লমগী ময়োল অয়াম্বা মথং মথং মীতোপকী মথুত্তা তাহনখিবসি উবদা মবৈবাক নিংলবা লাইরবা শ্রীবলিহাবী মমিৎতগী মপি তাখিবা খংহৌদে। মানা কন্না ব্রাবৌরিবসি থবক মচা মচা হায়বদি হাজাম পানব্রালা, ওল্ড ষ্টোক য়োনবা কলম পেন্সিল, মক-মবাং অচা অথকনচিংবা য়োনবা, মথাত্নকান মচি ময়া থুংনা শেল মচা মচা তাম্নবিবা অসিবু ইরম মচাশিংদি তোবা য়াদ্রবা জাৎলা অসিনি। অপিক অপিকপা ঈশ্বিং মরিক মবিক্লা অচৌবা সমুদ্র ওইখিবগুম কারবাব মচা মচানা অচো অচৌবা লাক্কনি হায়বসি ইমা ইবেল পোৎফম ফম্বীশিং অসি নত্তুনা ইরমগী মুপা নহাশিংসিনা কাউথোকখিত্নুনা অস্থক তল্লিবা, অস্থক চিলহাউ থিরিবা, অস্থক চরা হেনবা কিদ্রিবসি করিগীনো ?

অমা অনিখক তরক তরক য়াওরক্লিবা অসিস্থ মচিন মরৈনা লুনলিবা, মায়-থোংনা মকা লামড্রিবা নহালমখৈদি ফিবমশিং অসি থোইদোক্লবু নাচুং-লুদে। ঙসিদি ইশাগী কা থোকপনরা করিনো শ্রীবলিহারী মরম চাদনা লাইররমইদা হায়না হৌখ্রবা মতমগীদমক থম্মোই শোক্লা রাখি।

খল্লা খল্লা সিনেমা হোল ময়া হোটেল অচৌবা ময়া, লাইসেন্স পায়হুনা ফমলিবা লিকরসোপ মনাক, মেজোর খুল অমদি কথুলোংগী অচৌ অচৌবা য়ুময়াশিং মথং মথং য়েংলকই। জাগাদি চাবা ঙাকনি। অহুদা খাকী ইউনিফোর্ম শেৎপা ময়ামসিনবু! মীশিংসে ঙহাক্তা লেপচবা য়াদে তকথোকখিবসিনা! পোৎ লৈনবা মতমবু ফংলোইদোরে মখোয়না তানবদা। মী অসিস্থ নোংম নোংমগী জর জর য়ামথৎলক্লি। শোরোক-শিংসে চিক্লা চায়নবস্থ ঙমশিল্লক্লে। মরক অসিদা পোৎ য়োনবা খরখিৎ রানি। কাংজৈবুং ময়া পরেংসিমা ইমা ইবেল চরাংনরিবীশিংনা অস্থম তৌজরসনু। কংলা পার্ক ময়াগী অঙানবা মৈনা পরেং পরেং থাল্লিবা শাংলবা পার্ক লম্বীহু থুংনা কোইচৎ চৎলগা ময়াইদা পুংখাইমুক মীনা কৌবস্থ তাদা হংবস্থ খুমদা লেপলমলগা ময়ুমদা মরু লুকথনা হনখি।

শ্রীবলিহারীগী অহানবা কারবারগী হুমিদাংরাইরমনি। মমাইদা অরংবা কায়, লৈঙাং মচুগী খুদৈ মচা অমনা মকোক্তা য়েৎশিল্লি, নহানমখৈ উপ্পা অনোক্তুদি লোথোকখ্রে। পুং মঙা মখাই হেক তাবদা রং নিংথিনা তৈরবা মিংশেল ফজনা চল্লবা উপু অহু কংলা পার্ককী ময়াই চপ চানা থায়। মিংশেলগী মনুংদা তিল চোনিংঙায় ওইরবা মশক ফজ-ফজরবা অচা অথক পরেং পরেং পৈহুনা থম্মী। চাক লামগল্লবা হুমিদাংরাইরমদা নিংথিনা ঙৌরবা থাউনমগী মনম কনানা তাশিন-উশিন্নদনা লৈবা ঙমগনি? পার্কতা চোয়জায়নহুনা লৈরম্বা মীপুম খুদিংমক মথং মথং চংলক্তুনা লৈররি। অমা অনি মঙা তারা কুন কুম্থ্রা য়াখ্রে। মীনা পুমকোয় কোয়খ্রে, শ্রীবলিহারী মশক উবা ফংখিদ্রে।

খ্বাইরম্বন্দ মীবু তিল্লবদি খাকী শেৎপা হেক্তা লাকই। মীনা য়ৌ য়ৌ কোয়শিনখ্রবা শ্রীবলিহারীগী নাক্তা খাকী শেৎপা থুংলরে। লিচৈ

অতুনা মিংশেন চনবা উপু অতুদা কাক কাক খৎলি।

"মক্কম অসিদা মাসি য়ারোই।"

"হোই ময়োম অসি মহাউ অমুক্তা তংবিয়। অতুগা শোরোক্কী রাংমা অসোমদা চৎচরগে।"

মহাউ তংঙি।

"অতুনদি য়াররোই। পিগে হায়রগা ঐখোয় মঙানি। মঙাগী পিয়ু।"

ময়োম মঙা মথং মথং য়োম্বা লাক্করিবৈঙদা পাখং তোলহাইনরবা মকোয় চোম্বা মশম-মরু ইফা ফাবা নাকন্দা থাং চেকশিন্না য়েপ্লিবা অতুনা মাগী পোৎ তমদ্রে, পুংখায় ফারে লেপলিবা হায়তুনা মখা চাঁকশিল্লকই।

ঙায়ঙমদ্রবা খুৎ খবনা উপুদা পাক পাক ফুজিল্লকপতু থামগে হায়তুনা শ্রীবলিহারীগী মমায় খজিক হায়গৎলকপদা য়েৎথংবা নাকল-লোমদগী ফুরিৎ চাউরাং লিৎপা অতুনা ঐনা থাদখিবতু লুপা তরাচৎপীনি, অমগী নত্তে লুপা মাপল হন্দ্রি কাউশিন্নতু হায়জিল্লকই। ওইরোম-দগীনা কৈদোববগে লুপা অনিগী তম্বীযু হায়রগা?" লাউশিল্লকই। চরাং চরাং কন্না তৌশিল্লকলিবৈঙ তাঞ্জা অতুদা অমম্বসু নংহোররোই মতানি পবপ পরপ মমশিল্লকই। থাউমৈগী রাদি পুম্নকাউবু কাউথোকলুরে ইলেকত্রিক থাল্লি হায়বা শারদনা। মমিংতা ওইনা অসুম্না মুশি মুশি ঙানগনি হায়বসিদি খনবু শুকখন খল্লুদে। মোমবত্তি অমতং ফাওবা ওস্থোক্লা উপায় ওইগনি। অতুবু মতুসু লৈবিনবা কনা উদে তাঞ্জাতুদা।

জ্ঞান হায়ফেৎ চম্মন্নরিবৈঙ অতুদা মায়কৈ অমদগী গুরুং গুরুং মীয়ামগী মপৈ অমা শ্রীবলিহাবীগী পোৎয়োনফম তন্না মঙক ইন্ন-ইন্নতুনা ফুজিল্লকই। থাকী শেৎপা লিচৈ পায়বা মঙাতুনা হোত্তোক্লুনা থামজে। থওইবিবা লৈতনা অচাকপা লাম্মৈগুম ফুন-চৈনবগী অথকপা ঈচাউ অতু জম জম চেনশিল্লকই। খুদক্তা হুইশেল শাংনা শাংনা খোংঙি হায়বতু মঙাই, সন্ধ্যাগী অনম্বদা কোক্তগী নত্রগা হকচাংদগী শিন্থখিবা

ঈখেং কনানস্থ উন্নখিদে। ঙাহাক্কী মন্থুংদা খাকী শেংপা হন্না মপোৎ থুংলরিবা অত্থনা মফম অদো পুমন্নাউ ন্নাউহনখি, পুমচিক চিকহনখি। শ্রীবলিহারী অমদি অচাপোৎ য়াম্না য়াওরবা মাগী অহনবা উপু কংলা পাৰ্ক্কী করম্বা চেকশিনবা মফমদা তেক্ত-কায়দনা লৈরিবা কনাস্থ হায়বা ঙমখিদে, শোন্দি শোন্নখি নুমিৎ অদো কংলা কান্নবান্নগী অহানবা ভাঙ্ককনি।



# অনৌবা যুগকী নুংশামপী

হুকান অত্থুদা মী তবামুক্লা পোৎ তমই। চেংমক্কনা মথল তরেৎনি, হৌরাইমক্কনা মচল তবানি। অত্থুগীস্নু মথক্তা ঘী, থাউ য়াম, চিনি, ঙারি ঙাতাই হিং মিঠী জিবা, মোবোক, চুজ্জাক, হঙ্গাম মরু, থোইদিংমরু শাপন শুধানচিংবা পোৎয়াম্না বর্গফুট লিশিং অমা চনিগী মমাংথংবা কাজ্জাউ অত্থু পীক থল্লী। থোইবাদা থোইযামনা য়োমশিনবগুম পোৎ লৈবা লাকপা মীয়াম্না য়োমশিল্লি’ ঙ্রুং ঙ্রুং ঙংঙি, সেরফালাগী থোঞ্জেলগা লোয়ননা।

কাজাও অত্থুগী থা নোংচুপ থংবা কাচিন্দা মিংশেল অথাবনা থাজিনব কা মচা অমদা কন্না উংলবা শিলিং ফেনগী মথাদা হুকান মপু মাইমু ফম্মী। মফম তাত্থুতংদি ইংই, রারি শাবা লৌবা ঙমই। মীয়ায় চন্নবা হুকান মপু মাইমুনা মোমোন নোক্তুনা কুয়না উন্নরুদ্রবা মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী মরুপ বসন্তবু তবাম তরাম কৌশিল্লী।

“সোমদা লেংশিল্লকউ বসন্তবাবু, করি করি পোৎনো লৌবিগ-দোরিববু?”

“চিনি কিলো অমতং” হন্দোইনা চংশিল্লুনা টেবল মনাকী চৌকি অহাংবা অমদা প্রোফেসার বসন্ত ফম্মথে। বসন্ত মশা নাপী,

অপিকপা মমায়ত্থদা অচৌবা আনোক উপ্পী, ফৈজোম অঙৌবা, ফুরিৎ অঙৌবা ( ঙৌবদি ইরাং রাংলে ), পামজবা ফিজোলনি।

"খানসা, চিনি কিলো অমত্তং নঙগী ওঝাগীসিদা পুরকউ। অত্থগনে, চা কপ অনিখক্তংসু তুরন্ত শেম্মকউ। ওঝা বসন্ত, কবিতা অসি অমুক্তা পাবিরকউ।"

তঙ্খাই শেগায়কুববা ফুলস্কেপ চেনা অত্থগী, গোম নপতুনা ফোংলবা মমাই অত্থদা ইবা শৈবেং অত্থ বসন্তনা য়েংভি পাদে।

"সি কৈদৌববগে মহাজন ?"

"ঐ ঙসাইদগী য়েংলমলিবনি থায়নগী ছাত্র ওইরিবৈগী মতমত্থ নিংশিংলকই নংগী রাবী মচা, ঐগী কবিতা, মী পুম্নমক্কী থম্মোয়দা কবি ফাওহনখি ঐ নিংশিংলি।"

"মদো থাযনগী রানি মহাজন, হৌজিকপু কবি মরি লৈনবিবগে ?"

"মরি লৈনবা লৈনদবা ঐখোযনা খল্লুদে, শৈরেং অসিগী রাহৈ পবেং মরি অসিনা ঐবু ঙাওহল্লে অমুক্তা পারক্কে এঃ চাত্থ অমুক্তা ফাল্লু. চিনি হায়বত্থসু মাঙদা লৈবে।"

পাথরকই।

কোক য়াউরম্বদগী কোক অসি ঙাউরে

খুৎ লৈবম্বদগী খুৎ অসি তেকলে

খোং পাল্লম্বদগী খোং থাংবা ঙমদরে

পূন্সিবু মুংশিত্রবদি পুন্সিবু মুংশিবা ঙমগনি।

ওঝা বসন্তনা চা চুপনা থুম্মকই :

"শৈরেংদা ঙাওগে হায়রগা করিগী ত্থকান্দার ওইরুরিবনো থোক্লকও ঐখোয়দোনা লৈবাক্কী ওঝা ওইসে। তৌরু লাকউনুকো শৈরেংককা, শেল মাঙত্থনা কারবার মুৎচনি।"

"হেরা, হেরা ভায়, নঙসু পংহায় মহায়রেদা! কবিতাবু ওঝা-শিংতগী মোনোপোলিরা ? ঐখোয়সু পুং কুনমরি পোৎ য়োন্দুনা লৈবদি নত্তেদনা, নখোয়না স্কুল কলেজ কাবগুম, কুম্বগুম ঐখোয়সু কারি, কুম্নি।

অহুগী অহু মণ্ডায়। পুন্সিগী মহাউ তংনিংবা মীনা তংবদা হা দুকান্দার, হা ওঝা, হা অহু অদা - - - কান্নদে মদো। মানা মানা পাম্বা হায়বহুনি। শৈরেং অসে কনানা ইবনো খণ্ডদে, পোং তম্নবা লৈরুবা চেয়াম মরক্তা য়াওরকপনি, ঐনা নুংশিহুনা লৌশিলহৌবনি। নঙ উবহুদা পুক্সিংগী যেগৎ ব্রাহৈ অমা অনিদং ওইরবস্মু ফংগদ্রা খন্দুনা ঙহাক্তং অদোমগী মতম মাঙহল্লবনি। লেংঙো লেংঙো মতম খেংখ্রনি।

"শাউগন্নুনে মহাজন, অহুই ব্রা নত্তেনে। নঙগী শিনফমগা নঙনা পামজরিবহুগা ওন্নরে হায়বনি।"

মহুগী ব্রাহুদি ওঝা বসন্ত, পেনামুক লাই। তৌগে নিংলগা তৌদববুস্মু পুন্সি কৌই হায়নরিবনি। এনা দুকান্দার ওইনি হায়বসি মতম অমা নঙ থাজরমব্রাউ? পুন্সিগী হিংনবা লানফমদা তাঞ্জা তাঞ্জাগী মথা পোন্দুনা কনানা ওঝা ওইখি, দুকান্দার ওইখি, ডাক্তর ওইখি, ইঞ্জিনিয়ার ওইখি। অহুন্না ওইখিহুনস্মু ইশাগী থম্মোইগী শক্তম অমদি ইলেং লেংদে। ফোংদোক্তবা অমদি খণ্ডবিদবা অহুগী ব্রাতনি।

"ফরেনে, ফবেনে মহাজন। লাক্লিবা জুনগী তারিখ তৰাতরুক নোংমাইজিং মুমিৎকী মুমিদাং পুং তরেৎ তাবদা গান্ধি মেমোরিয়েল হোলদা অথন্নবা কবি সম্মেলন অমা তৌগদৌরি। মসিদা নঙস্মু কবিতা অমত্তা পাবিরো, মিং হাপচিনজখ্রগেদনা?"

"অহুনিদনা মরুপ-মপাং লৈবগী কান্নবা। ঐ শোয়দনা লাকচগে। নঙনা ফনবা শিনবীখ্রো। অহুগনে নোংমা নিনি ব্রাৎলিঙৈদা এগী পাগদবা কবিতাদো নঙ হান্না অমুক্তা চাং য়েংথোকপিয়ুকো।"

"ফৈনে ফৈনে, খোংলগা খণ্ডবা হায়'হুনি। করিদোগে হায়হুনা দুকান্দার ওইরুরিবা কবি অহুক ওইনিংলবদি।

"ফরে, মহুগী ব্রাহু। লেংঙো। থানসা, করিমগঞ্জগী হিসাব বোইহু কেরানীদগী অমুক্তা পুৎকউ।

ওঝা বসন্ত তুমিন্না থোকখি। মাইমু মহাজন হিসাব মরক্তা মমায় অহু লুপশিনখি। হিসাব মরক্তা মহৌশা ইখিবা কবিতাশিংগী মমি

তারকই। থাবল ফবা অহিং নিংশিংলকই। অতিয়া মকোয়গী ঙাঙ্‌ম্নবা মশেক উরকই। অমম্বদা চীংতুম মপেশিংনা তুমিন্না পাকথত্না লৈবা উরকই। পোৎ লৈবা চংলক্লিবা শক ফজবী মৌ নহাশিংত্গী মায়-থোংদা হুমাং ঈরি চেল্লিবা করিগীনো খন্থরুই। হিসাব বোই খুমজিল্লী।

"খানসা, ঐ ঙসিদি হকচাং ঙমদ্রে, কেরানীত্থ দুকান নিংথিনা লোইশিল্লকউ হায়য়ু। ঐ চৎলে য়ুমদা।" মীনিল মরক্তা মাইমু তুমিন্না থোকখি।

য়ুম য়োরগা ফি-রোল হোংদোক্লুনা মথোং-মথুৎ হামদোক্লগা মীনা হংবস্থ খুমদা, ঙাংবস্থ তাদা, মচিন্দা মুরুম মুরুম শোল্লত্না ফমুংদা হিপথখি। লোংনা হিপলত্না সংসারগী লংজিন থোকপা হৌরকই। খঙহৌদনা মিহুল অমা ফাওরকই, "ইহে ঐ দুকানগী য়োৎকী উপুগী শোং কাউরম্লে।" হৌগত্না ফি শেৎচিল্লগা দুকান অমুক তনয়ৌ য়ৌখি। পোৎ লৈবা মীয়ামগা পোৎ তম্লিবা মহাক্কী মীশিংগা লাউনরম্মী। "কুই-খ্রেদা পোৎ অমা তম্বদা পুং অমমম চংলবদি ঐখোয় পুং অহুম মরি ঙাইরক্লবা কাঙবুদি ব্রাম্বা তারিনে।"

"লৈবীয়ু হায়ত্না ঐখোয়না থেমজরব্রা? থুনা থুনা পোৎ তম্বা দুকান্দগী লৈবিরুদনা কৈদোগে?"

খজিক্কুং তাহৌবা খুমলিবা পাওখুম অত্না মহাক্কন মাইমুগী মায়থোং লাংশিনখি। খুদোম্বীনা মনঙন্দা নম্লগা হায়রকই।

"নঙ অমুক্তা চংলকউ মন্নুংদা।"

ব্রারক-ব্রাতেম ব্রাহৈ কয়া ঙাংখি মাগী কা মন্নুং অত্থদা। থবক মথং মথং অমুক লাক্লুনা পুং কয়া অমা ফমথবা তাখি।

মথংগী অয়ুক্তো মথন্তা ফমত্না ব্রাখল খরদং খন্নিংবনি। চূড়াচান্দপুরদা চুজাক্কী মরমদা চৎতবা য়াদবা পাউ অমা লাকপদগী চৎনিংলমত্রবস্থ চৎখি।

হুমিৎ নিনি হুমনিগী মতুংদা য়ুমদা হেক হল্লকপগা নহালগী ওঝা বসন্তগা ঙাওনখিবা কবি সম্মেলনগী ব্রাফম নিংশিংঙি হায়বত্থমঙাই খুদক অত্নমক্তদা ডিমাপুরদগী ত্রককোল অমা অমুক লাকই। অচাথাউ পুরকপা

রেল দব্বা অহিংদা থুনমক লাক্লুনা অমাং-অতা য়েংমিন্নসি হায়্‌কই খুদক্তা ডিমাপুরগীদমক খোংশানবা তাথি।

থেক-খোয়রবা ডিমাপুরগী চীংলম্বেলশিংদা হরাগাড়ী তোংনা তোংনা মিহুৎথোংদগী লাপনা য়েংভি। বরিগুম্বা অমা উগে হায়্‌হুনা য়েংবদি নত্তে। রাথলগী চম্মম্নবা ঈথিল অমা খাংকম খণ্ডদহুনা চোয়না চোয়না য়েংবা মিৎয়েংনি।

তারিখতি মথং মথং তৌখি। জুনগী তারিখ তরাতরুক য়োগদবা নোংমা নিনিতা মণ্ডায়রকলে। হায়নখিবগী মতুং ইন্না ওঝা বসন্ত হুকান-দাব মাইমুগী শৈরেং পাবা লাক্লে। মাইমুনা অহাউবা কোফি কপ অমা পিথক্লগা মা থাদোকখি। নোংমাইজিংগী অয়ুকমক্তদা পামিন্নরসি হায়খি।

খল্লি। নোংমাইজিংগী অয়ুক অতুমক্তদা ইবগে, মুংথিলদনা অফ-ফত্তা শেমদোক্লগে, মুমিদাং অতুদা খরা থেংলপ চৎলগা পারুরগে।

লাকঙ্গনিংঙ্গ্রবা নোংমাইজিংগী অযুক অহু থুনমক লাক্লে নোং রা রা চুবহুনা। মাইমু ফমুংদগী হৌগৎতুনা মপান থোকলুবগা ঈশৈ ঙংলহুনা তুথ ব্রস পায়বতা মণ্ডায়রি। পাউ লাক্লে, ঈশিং চাউহুনা হুকানগী চেংগী গুদামদা ঈশিং চংহোরে।

তুথ ব্রস লৈবাক্তা পোপ থাদৈ। চেনখি হুকান্দা মুনিৎ য়ুংবা মতুং ফাউবা হল্লকখিদে। ওঝা বসন্তা ঙায়বমথৈ ঙায়রম্নগা ঙমলক্রহুনা হনখ্রে।

মুমিদাংরাইবমহু হুকান্দাব মাইমু উচিন-নাচিন্না যুম য়োরকই। লৈখোম লৈনাং তৈরবা ফিরোল অহু হোংবু হোংদোকত্রি। টেবলদা ফমহুনা চিঠি অসি ই। মুংশামপী অমগা লোয়ননা।

"মরুপ বসন্ত নফমদা মায়থীরে।
ঐ কবি সম্মেলন য়াউররোই।
ইগদবশিং 'হু ইত্রে,
ইত্রবদি শৈরেং নৎত্রি।
কনাগুম্বনা ইদবা শৈরেং থিরক্লবদি
ঐগীদা চেং হন্নাইগুম
মরাং কায়না লৈ
মমল হোংনা হোংনা পিজগনি।

নহাক্কী—
মাইমু।

●

# নম্বুল-প্রোজেক্ট

লাইরিক আঃ ফাওবা তমহেন্দ্রবা পেবম পিবা, ময়াম্না 'ওঝা পেবিয়া হায়না খঙনবা, মৈতৈ লৈবাক্কী মমিং চংলবা সমাজ সেবক অমনি। মা শেল তান্দে, শেলনা মীবু ঙাওহল্লি, মাগী হ্নাখলনি। অদুগা নিবদি নি, নিবদা করিস্মু চোপনিংঙাই লৈতে, মানা শন্দোকই। নিবদা ফংলক্ত্রগা শেন্দোং তানবা কাংবুগী মায়োক্তা লেপ্পী! মাগী য়েক্লবসি কারবারব্রালানি, রাজনীতিব্রালানি। কারবারব্রালানা মীয়ানবু লাইরহল্লি, রাজনীতিব্রালানা প্রজাবু অপংবা তাহল্লি, মাগী পামজবা হোটেল ব্রারীনি, নহারোলশিংনা মাবু য়ায়, মরমদি মতম পুম্নমক্তা মাদি থবক চাল্লি হায়দে। চহী য়াঙ্খৈগী মংক্লি, অদুবু চহি কুনথ্রাগী পাথংনা মাগী কে-নানজবা, নৌজবা কল্লক্লে। মা নুপী খিদে, খিগেদি তৌরম্মী। হায়-দোকপা য়াদবা মরম অমদগী নাইতোম হিংননবা অকনবা হ্নাশক লৌখি। ময়াম্বা অহুম লৈ, মাগী তঙাইফদ্রবা দোনর ঙাক্তনি।

নোংমা মাগী মরূপ মমিং চংলবা রিতয়ার্দ ইঞ্জিনিয়ার সমরেন্দ্রগী নিংখিনা লৈতেংলবা দ্রোইং রুমদা অস্তুম ফমলিঙৈদা ইঞ্জিনিয়ার অদুনা য়াম্না নুংশিনা হায় :—

"“ওঝা পেবিয়া, সমাজ সেবক অমা চপচানা ওইবা তারবদি নহাক রাজনীতি পার্টি অমদা মিং চনগদবনি।"”

মানা নোক্লা খুমই “মিং চনববুদি মৈতৈ লৈবাক্কী পার্টি খুদিংদা ঐ মথং মথং চল্লম্লবনি, তাঞ্জা ভায়বগী য়াদনি।” সমরেন্দ্রনা মখা চখরকই। “অহুদি হন্দক্কী লাকলিবা ভোট অসি লেপ্লসি, ভোট লেপ্তবা য়াদবা মতাং অমা লাক্লে।

পেবিয়ানা তল্লপ খুমই “মতাং অসিদনি ঐনা রাজনীতিবু হঙ্গোই-জরিবা। মৈতৈলৈবাক্কী রাজনিতীদি ভোটনি, য়ানোম্বনি, ঠিকানি, ত্রুকান প্লোট লৌবনি, মচা-মশু লাইরিক তমহনবনি, থবক হাপ্পনি, ফম কাবনি লেনা-দেনা হাবী-জাবী - - - ।”

সমরেন্দ্রনা মরক থৎলি “খঙলে খঙলে মহুগী য়াহু। নহাক হন্দক ভোট লেপ্তবা য়াররোই। অচঙবা শেল ঐনা পুথোক্কনি। ভোট শোয়দনা ফংলগদবা য়াফমসু লৈরে। পার্টি টিকেটসু ঐনা শোয়দনা চেল্লগনি।”

“করম্বা য়াফমনো মহুত্নম তাখিসি” পেবিয়ানা থুনা হংজিল্লকই।

শকফম হঞ্জিল্লগা সমরেন্দ্রনা হায় “মণিপুরনা য়াংলিবসি থবক্কি, প্রোজেক্টনি। থবক লৈতবনা. প্রোজেক্ট য়াংপনা লৈবাক ঈরাং হৌরিবনি। থবকপু লৈরবদা মীপুম খুদিংমক থবক্তা মায়পুনখিহুনা য়ারেম-থৌরেমগী মতম লৈররোই, রাজনীতিগী থবকসু মশানা য়াংজরক্লগনি।”

পেবিয়ানা তম্না খুম্লকই: “এ মহুগী য়াহু তোকলসি, ভোট কাবদি লায়রহুনা চৈ চাহুনা তোক্কনি। মী পুম্নমক মথৌ মথৌ তৌরি, লৌ উরি,ফি শারি, কারবার তৌরি, চাকরী তৌরি, অমত্তা লেম্না লৈনপোৎ নত্তে মীবু থবক শুদে হায়রগা হরাওগদবা অমদি ভোট পিনিংগদবা কনানো?

ময়া কাথৎহুনা মখুৎ হাইরগা লৈরম্বা সমরেন্দ্রনা মরক থৎলকই: “ইহে অমুক্তা তাবিখোনে ওঝা পেবিয়া। অহুগীবু হায়রুরবদি চাবসু থবক্কি, তুম্বসু থবক্কি। শোরোক্তা লেপ্পসু থবক্কি, হোটেলদা য়ারেম ভাঙবসু থবক্কি— থবক্কী থবক ভাক্তনিনে। অদোমদা অর্থ তৌগদবা নত্তে।

ঐনা হায়রিবদি লোক্তাক প্রোজেক্টকুম্বা মীয়াম্বা থবক শুকম ফংগদবা, ইন্দষ্ট্রী, ফার্ম অমদি কারখানা কয়া পুশিল্লক্লুনা লাইরবনা পৎ তংলিবা, থায়নগী মিৎয়েং কোকত্রিবা মরাইবক থিরবা প্রজাশিং অসিগী খরদং সুংঙায়জরকবগী রাফমনি।"

মঙক হাইরক্লুনা পেবিয়ানা থুমই :— "মক্লুনিনে সমরেন্দ্রবাবু মণিপুরগী অথঙ-অহৈ, নহা-অহল, দলা-দলী খায়দনা লাউরিনা হৌজিক্কী খোল্লাউস্লু। মসিদবু ঐখোয়গী ওইরা কন্নি অমুক তোপ তোপ্পা হায়-ন্নিংঙায় লৈরিবগে।" মখৌ প্রোংলপনা সমরেন্দ্রনা প্লাউথুম পি :—"লৈ লৈক্লুনা থাজবা ঐনা অমস্থং চাউথোকপগা লোয়ননা হায়বা শুমগদৌরিবনি। ঐনা হৌথিবা চহি মঙা-তরা অসিদা তৌজরকপা রিসার্চকী মহৈ নঙ নত্তনা শীজিন্নবিনিংঙাই লৈত্রে। অক্লুস্লু ভোট্ কারবত্তদা শীজিন্নগদৌরিবনি।"

অহাংবা অভিয়াদা য়েংখৎলগা পেবিয়ানা থুমই :— "সমরেন্দ্রবাবু, নঙগী পৈশা লৈরে, নহৈ হৈরে, আইদিয়া লৈরে। নঙ ওইনা লেপ্পদা করি অফায়বা লৈবগে, ঐস্লু কান্নবা মরুপ অমা ওইনা লৈজবী ইতেং প্লাংজগে।"

সমরেন্দ্রনা ককথৎলকই :—

"য়াম্না কায়বা লৈ, ভোট কারোই, পুন্নমক অরেম্বদা তাগনি। ঐ রাঙাং খোন্দা থোৎপা, মেংবা হৈতে, মী উরগা চৈনিংবনা হান্নি, উশিৎ-থওইরক্রগা খৎননিংঙকই। ঐখোয়গী অমনা অমবু থাজনদবা, থওইনদবা অসিনস্লু শাউনিংবনা হান্নি। নঙগুম্বা শাজৎ হৈবা মীপুম খুদিংগা তিন্নবা য়াবা মীওইশিং নত্তনা অতৈদি ঐনা কয়া হৈনজদে - - -।

পেবিয়ানা মরুক থৎলকই :—

"ভাইখো, নঙগী আইদিয়া, অক্লুক্লুম অমুক্তা তাখিসি।"

শ্রকফম হজিন্দুনা য়াম্না-ভাব তানা সমরেন্দ্রনা লিথরকই :—

"ঐগী আইদিয়া অসিগী মিং "নম্বুল প্রোজেক্ট" কৌগনি। উরিপোক লাওরেমখোঙ্গদগী তেরাকৈথেল, কাকৈথেল, হাউবম মরক ফাওক্লুমা নিংথেমচা কারোং ফাওবদা লৈরিবা নম্বাল তুরেল হায়না থায়না থঙনরক্পা খোংলম

অসি তেংথোক্তুনা নম্বুল তুরেলগী ঈশিং অসি থৈদোকখিত্নুা হাম্না চেল্লম্লিবা মফমশিং অসি কুনজিমবা। অস্তুম্না নম্বুল তুরেলগী ঈচেল মতেক অম্না থৈদোকপা অসিনা হান্না লৈরম্বা মফমশিং অসি প্লোট কয়া ওথোকুনা প্রজাগী অতুকপা ফংনা কান্নরগনি। অকোম্নবগী মফমদনা লৈহাউ চেল্লবা তুরেল অমা নৌনা চেনশিল্লকপগী কান্নবা পুম্বা ফংলগনি। মায়কৈ অনি অসিগী প্রজাতা নত্তুনা, ইম্ফাল সহর পুম্বা অমদি মণিপুর পুম্বা হুরাউনরগনি।"

অসিগুম্বা প্রোপোজেল কয়াদা ভাগুজরম্বা ওঝা পেবিয়া নোক-নিংদনা নোকই, চিনবাম কাথোরকই "আঃ ইঞ্জিনিয়ার সাহেব ···।

সমরেন্দ্রনা মাগী কোত্তগী চংথোম্না য়েক্লবা মেপ, স্কিম, প্লান অমসুং ব্লু-প্রিন্টনচিংবা মথং মথং পুথোরকপা উবদা শকফম থরা হন্থরক্তুনা চেশিং অতু মথং মথং কুপনা হৈদি তৌই। ভহাক্তং খন্থরগা তপ্পপনা হংলকই :—

"পৈশাদি কয়া চংগদবা প্রোজেক্টনো ?"

সমরেন্দ্রনা থুনা খুমলকই :— ইকোনোমি প্রোজেক্টনি। অনৌবা নম্বুল তুরেল ওইগদৌরিবা খোংলম অসি শেংদোক্লবা অমদি মরু মরু ওইবা মফম থরদা খোং থরা শাবদা লুপা ক্রোর অমগুম্বদি চাউনা পারবদা চংলবা য়াই। ক্রোর অসিমদি অনৌবা প্লোট লিশিং য়াম্থে অসিগী প্রেমিয়ম অমদি চহিগী লাকদবা খাজনা অতুতনসু লেম-পানা ওকনি। অতুগীসু মথক্তা থেক-খোয়রবা শগোলবন্দ শোরোক চুম্বা ভম্লগনি, খ্বাইরম্বন্দগী অপিকপা জাগা বয়া চাউথোক্লগনি, লূবা নান্বা হেল্লগনি, ত্রাফিক জাম ওইররোই, অনৌবা মাস্টর প্লান য়ারগনি। জিলা মঙাগী অপূনবা রাজধানী ইম্ফাল সহর নোংপোকলোমদা কংলাগী ফজবা নোং-চুপলোমদা অনৌবা বাজারগী থৌরাং হায়নিংঙাই লৈতনা ফজরগনি, মিউনিসিপালিটি থুদক্তা কোরপোরেসন ওনবা ভমলগনি ···।"

অসিগী মখাদা ওঝা পেবিয়ানা ব্রাহং কয়া হংখি, ইঞ্জিনিয়ার সম-রেন্দ্রনা পাউথুম কয়া পিখি। হুমিৎ কয়া নৈনরবা মতুংদা পেবম পিবা

শগোলবন্দ কন্সটিটুয়েন্সীদা ইন্দিপেন্দেন্ট মীরেপ ওইনা লেপখ্রে। লোয়ন লোয়ননা "নম্বুল প্রোজেক্ট"কী মতিক চাবা পব্লিসিটি হৌখ্রে, কনানা চৈরকই, কনানা থাগৎলকই। ইলেকসন ময়াগী অকনবা অরাংবা মরক্তা "নম্বুল প্রোজেক্ট" কনানসু কাউথোক্লবা ঙমখিদে। শগোলবন্দ প্রজাগী ১০০ গী মনুংদা ৯০ দি "নম্বুল প্রোজেক্ট"কী মিংহৌলাংদা পেবম পিবাগী-দমক চপ চানা লেপখি। প্লোট অমদি ইমুং থুদিংগী শোইদ্রে খঙখি।

ভোট লোইখবে। তুবেল মার্কাদা লেপখিবা, ওঝা পেবিয়া লৈ পরেং মরমদা একাগাড়ী মথক্তা মীয়ামা বজাই বেঙ্গুলগা চয়েৎনশিন্দুনা শগোলবন্দ শোরোক মৎক্তা ভোট কাবগী খেক-লাউনা প্রোসেসন চৎখি।

রিটয়ার্দ ইঞ্জিনিয়ার সমরেন্দ্র সিংহ, মহৌশা থাদোকলুরবা কাংচুপ অমুক নৌনা লৌথোক্তুনা পৈনা থক্কৎলকই। লেপ্পা লৈতে কাংচুপকী মনম মুংশিরবা মৈখু। চেকশিন্না পায়রিবা শামু মায়াগী ব্রাকিং ষ্টিক অহু তক তক শুবতুনা পেবম পিবা এমঃ এলঃ এঃ করম্বা পিঃ দব্লিউঃ দিঃ মিনিষ্টর ওইগনি খল্লি, শেলনা কয়া চংগনি হোৎলি। কুইদে ফল তাবা, মোমোন নোক্তুনা ইমুং চংতুনা পোত্থাখি।

চহি অমা ওনি হৌজিনখ্রে। পিঃ দব্লিউঃ দিঃ মিনিষ্টর ওঝা পেবিয়ানা য়ুম-থোং লম্বী অমদি প্রোজেক্ট কয়া শংগাখ্রে। মথং মথং শংগারকপনা, যাত্রা হুল্লকপনা লম্বী-থোং লৈশিল্লক্রে, প্রোজেক্ট লৈরক্রে। মহু ফাওবদা নম্বুল প্রোজেক্টকী মরা-মপাউদি তাবা মরৈখিদ্রে।



# পরম পরা

লাইশ্রম লৈরক্কী অনিশুবা খুৎনিংথেক্তা কোম্ফোং মমাং শুন্না ফাৎলিবা ইখোল অহু মৈতৈ ওঝা মাইবা লসমনগীনি। ওঝাগী নাম অসিগী মবিদা লৈপুঙ ফম্বদা মবৈ কয়া য়েৎনখি লক্ষ্মন, লক্ষন, লস্মমন। খ্বাই-দগী চুনবা খ্বাইদগী হেন্না খঙনখিবদি ওঝা লসমন।

চহি মরিফু চপ চানা চংলক্লে। চামদি শোয়দনা পুন্সিগনি লৈবাক্লা ঙাংনৈ। মিৎ শোকত্রি, না তাথিদ্রি, য়াগী হায়রবসু কোম ক্বা মশুং গরৌ গবৌ শায়রি, খ্বাংদংদি খরা বেরা লৈরে হায়, চৈশু থক থাদে। চহী হুম্ফু শুরকপদগী মৈতৈ মাইবগী শিনফমদা চংলকপনা ঙসি চহী মরিফু শুববা অসি ফাওবসি নোংমতংবু পোত্থাবা ফংজদে কোরখিবসিনা লাই-য়োকপদগী, চবান থাবদগী ছোরহুনা মথং মথং কোক ঙাওবী, স্বর ফুনগৎপী, ঈ লাইহৌ, লোক-লাইহৌ, ইপাই-থিবাই, ইতোন ফাইবী খোঙ-খুৎ চিংবী, অপোম-অতং ভুবতি, ধাতু-মুংশং, লুর লুরবা লাঙনা কয়া ওঝা লসমন্দা হামুগী হামুনি। মাইবা শাবসে ওস্থোক্লা তোক-চনিংলে ঙস্থোক্লা শোনজিল্লক্লে। "ব্বারেদা ইবুংঙো কনানবু ঙমগবনো, ঈশ্বরগী নাম শোপ্পবফাওবা ফংজিল্লক্রে মসিগী সিনফম অসে। হৈজদে,

হৈজদে হায়রবা ফাওবা আঃ ইপল, আঃ খুরা, তাদা, মাম্মা ধর্ম্ম অমত্তুদি য়েংবিয়ু, অমুক্তুদি থৌজানবিয়ু। কপ্পনে লাউবনে, চত্তবা য়াদহুনা নম-নমহুনা চৎপসিনা ইপুদি ভাব তাশিল্লক্লেনে অতো। ঐদি করিগুদি হৈজদবা ঈশ্বরগী কৃপানা খরা খরা সেবা চৎচবগী রাদনিদা। অসিমকপু তোকস্নু তোক্লগদবনি। ঐগী ইচা-ইশুশিংসিনা পঙমনবদগী খরদং জীবি-কাগী উপায় ওইনগদ্রা খন্দুনা পঙহোৎ হোৎনবা হায়বহুনিদা অতো।"

নোংমগী হঞ্জিল্লকপদা ফিরৈদা য়েপ্লকপা পৈশা থিবদা লুপা মঙা তরাদগীদি থক তাবা লৈতে। কান্নদে হায়বা থক য়াবোই, পৈশাগী মগুণ অঙকপনি। মচা মশু, মমৌনচিংবশিংহুনা লুনা তৌজৈ, অরাৎপা কৌবদা খঙহন্দে, হেক হায়বদা য়ৌরকপা ঙাক্তনি। ইবেন অহু লৈরিবৈদা অম্নুম্নবু নুংশিনা তৌরিগদ্রা চীংননিংঙায়নি।

ওঝা লসমন্না তুম্মমদাইদা খল্লি। মাইবা শাবগী বিদ্যা অসিমক্তি মহা উপকারগী মশক্লি। অরা-অনাগী সেবা তৌবা ঈশ্বরগী সেবামক্লি। সেবা তৌজরুমলম্নু মতীকচানা অহুম মফংঙি। অহুবু ইচা ইশুশিংসিনা ঐনা হেক হৌদোকলুবগা অম্নুক তাথি তাওইরিবসি করিগী নো? ডাক্তর-খানা লৈত্রিবৈ, ডাক্তর বাবু অচৌ অচৌবা থোরকত্রিবৈদা, লাইরিক য়াম্না হৈনদ্রিবৈদা মৈতৈ মাইবতনা অনা অয়েক পম্থিংনরম্বনি। হৌজিক্তী কদায় অনৌ অনৌবা লাঈনা, অনৌ অনৌবা লাইওং শিফম নাফম খঙদবগী মশিং নোংম নোংমগী হেল্লক্লে। অসিমকপু থওইবা লৈতে মাইবা, হে ঈশ্বর অঙকপনি নঙগী লীলা ··· ···। খল্লিবৈমক্তদা অমুক হৌদোকলরে।

—ইপল-ইপল!

—হা কনানো?

—ননাই ঐনে, খোংবম ইবোহলনি।

—করিনো হা ইবোহল?

—নগুম্নুপী ব্রজে অহু মতৌ অমা ওইহৌরে উপায় লৈত্রহুনা চেঞ্জরকলবনে।

অঃ ইবুংঙো নপলদি মুমিদাং অসিদি অহল্ল ওইরকপসিনা উপায় লৈত্রে য়ারোম্মুকো। হয়েং নোংঙাল্লগা ইপল য়ৌরক্কে। ঙসিদি শগোল-শেলমুনি, ইপল মখা পাংনিংদে।

ইপল উপায় লৈত্রত্তুনা চেঞ্চরক্লবনে, গাড়ী পুজরকই গাড়ীসিদা ওহাক্কদি য়ৌবিম্নুনে! থুনা অমুক থিনজরক্কে।

ঐ হুকচাং অসি কয়া ঙমদত্তুনা তৌবনিনে ইবুংঙো কয়া কন্না ঙমদ্রব-জাৎনোনে ইশুত্তুবো? ফমুংদগী তৌগৎতুনা ফম্মী। চহি অমুক কুয়রবসি লৈকাই অমত্তদা লৈমিন্নরবস্থ হোয়ো-নোয়ো হায়রখিদ্রবা থোংবম ইবো-হলগী ময়ুমদা ওঝা লসমন মমাংগী করস্বা য়ারী লৈবনো থোয়না চৎনিংলুদে। অত্তুবু তকশিল্লকপনা খাঙবা য়ারক্রুত্তুনা নোংয়াই চবুক লোল্লক-পগী মতম অত্তুদা থোংবম ইবোহলনা ঙমত্তুনা গাড়ীদা হাপতুনা মচা অনাবগী মনাক্তা পরপ পরপ পুখি।

মুপীমচা ব্রজেশ্বরী অদো ফর ফর ওল্লত্তুনা মমানা তৌফম খওদনা সেবা তৌত্তুনা লৈরম্মী। মবুং পাখং অত্তুনা মাঙ্গোন্দা হঙ্গৎ-হন্দা চৎতুনা লৈরম্মী। নারিবী লৈশাবী অত্তুগী মনাক্তা য়ুম অত্তুগী লাইনিংথৌ খুরুম-লম্লগা ওঝা লসমন তম্না চংশিনখিত্তুনা ইবেম্মা ইশুবু কৈদৌরগেনে? কোই, ফমথৈ। খুম্মক্তে মমায়দি ফর ফর হাই। খুদাং পায়খতুনা মিহুল য়েংঙি, খোইদৌ মিহুল য়েংঙি, দেহে পুবা অতৈ মিহুলশিং মথং মথং য়েংঙি। ওঝা লসমনগী মমায় শুকথৈ—

—ইবুংঙো, ইবোহল।

—ইপল!

নচামুপী অসিনা ঙমদ্রিবসি করি মুমিত্তগীনো?

থাংজ মুমিৎকী কলেজ কারুবা হল্লকপদগীনি। মহৌশাগী মহৌশা ওইরমাল্লে খঞ্জত্তুনা লৈরুরবনি। ঙসি মুমিদাংদি কৈনো অমা তৌখ্রে।

—খরা লুইনে অতো মিহুল পুম্নমকসি ইনম নমখ্রে।

"ওম ধু ধু ধু···হায়···" মন্ত্র মথং মথং থিথরকই। নারীবী ইবেম্মত্তুগী লরাইদা অকনবা স্বরগা লোইননা কামথৈ।

"ইবেম্মা মমা চৎলু খোইক, ল. অহিংবা, হৈরুক-পানা তাঙ্গা, হৈরম তরেৎ, লৈরম তরেৎ, জাচন্দন, চেং কবোক, থোইদিং অমুবা খরা চংগনি ফংনবা য়েংঙু। হৌজিক লুখ্রবা পুজা অমা পাংথোক্কবা য়ারোইদৌরি।"

ফর ফব ওল্লিবী অনাবহুগী মমিত্তুগী মপি খর খর শিন্থরকপা উই। ওঝা লসমম্না মথুৎ অহু মন্ত্র শোল্ল শোল্লহুনা পুক শুৎখি। চপ লেপ্তুনা ঙসাইমখৈ য়েংলম্বা মবুং অহু থোঙ হাংদোক্লুনা থোকখি। শুমাংদা থারিবা, গাড়ী থৌদোকখিবগী মখোল তাই।

মমানা অজ্ঞা পুজাগী থৌবমশিং পুশিল্লকই।

ওঝা লসমম্না মমাদা হংঙি—

ইবেম্মা, নজাইবেম্মসিবু মশুং মমান্নবী, হিদান্নবী লৈত্রা নত্রগা মশুং মমান্নবা পাথংশিংনা কল্লক তেমশিংনবা লৈত্রা?

—অঃ করি থোইদোকপা তাজবদি লৈজদে, করিগী ওইবিরবনো?

—মশক খঙদবা মিছুল খরা য়াওইনহে নচাসে। কদায় কদায় পুজাহুম থুনা অমুক্তা তৌথোকসি, কৃপা লৈত্রা য়েংসি।

জন চংনা পুজা তৌরিঙৈ মহুংদা খোইরু থাওমৈ খঙহৌদনা মুৎখি। মাইবনা স্বর মপি অশাংবা অমগা লোয়ননা খোদেমলগা ইবোহল থিরকই।

—ইবুংঙোহল!

—ইপল!

লৈকাইগী মী অমা অনি কৌসি হায়বরা?

করিগীনিনা ইপল?

অশোয় অঙাম হায়বসি তম্বা ঙমদে, মিছুল অসি মওং অমনি ইবুংঙো—।

ইবোহল জ্ঞান মাংলিঙৈদা মমা লৈরমত্রে। তান্ননিংবা রাফম তান্নফম খঙত্রহুনা মকোক হোৎলহুনা খাংলিঙৈদা মপান্দা হুরা লাকপা মখোল তাই।

মবুংগা ডাক্তর বাবু অমগা পরপ পরপ চংলকই। খোংউপ খোং-গ্রাউনে জম-জম অনাবগী মনাক্তা চৌক্রি অমদা অরুম্বা পুন্নমক হৈজিনখি।

অচৌবা হেন্দবেগ মনুংদগী ষ্টেথিসকোপ পুথোক্লুনা তাপ তাপ য়েংঙি মিহুলফমশিংদা ! মিৎ ফাক্কোক্লুনা য়েংঙি, ময়া কাথোকহন্দুনা য়েংঙি। "চে কলম" হায়রকই। চে কলম পুথোকই। ফৎ ফৎ খরা ই। মবুংদা পী কম্পাউন্দর অমা খিত্নুনা ইরিবা হীদাক অসি কাপহনবিয়ু। গুলি খরসিনা নোংমদা অহুমলক পিজবিয়ু। করি থোইনা তৌরোই। ঐ ডিউতি লৈরি চৎলগে।"

তরাচৎপী মঙাখক শেম্পাক মথক্তা হাপ্তুনা মবুংনা পুথোরকই। ডাক্তর বাবুনা ফুরিৎখাউদা হাপচিল্লগা ঐ নোংঙাল্লগা অয়ুক্তি ঙমজরোই নুমিদাংরাইরম অত্নুক য়োরবস্নু য়োজরক্কে হায়বা লোইফাব্রিঙৈদা মবুংনা থোঙ হাংত্নুনা থোকমিন্নখ্রে। হন্না অমুক থৌখি।

নোংয়াই মতুং পুং ২ কাদি তারন্নিগদ্রা ওঝা মাইবা হাকাম চল্লি। পৈশা য়াউদ্রবা শেম্পাক অত্নুবু উরগা শাউনিংবা পোকই। মাগী মফি-মরোলদা অমুক য়েংই। হৌগৎতুনা ইবোহলদা ন্না অমা হায়গে লাক্লরিঙৈদা থোঙ অমুক হাংদোরকই। মমাগা স্নখ্যা বেদজিৎকা পরপ পরপ অমুক চংলকপা উই। চাউ-শাংলবা স্নখ্যা অত্নুনা শাংলবা পুময়াৎ অমগা জম জম চংলক্লুনা প্লাষ্টিক লোনবা মোড়া মথক্তা ফমথত্নুনা অনাবগী ফিভম লাকশিল্লি। মিহুল পায়ত্নুনা য়েংঙি। ইমুংগী মায়গৈ মরিদা কোয়য়েং য়েংঙি। নোংথক্তা অমুক য়েংঙি স্বব অশাংবা অমা হোল্লগা প্লেট মথক্তা ডাক্তর বাবুগীদমক থম্বা চুরুপ উপু অত্নু লংবার শেগায়ত্নুনা অমা লৌথোক্লগা মৈখেৎ হোনা খেৎতুনা য়াম্না চং-লেম্না চিংঙি। রাজবংশগা ওইবনে। মীওই মিতৌনগা ফবনে হেক তেরিমখৈ লেমজৈ। ওঝা মাইবা ইমক মকশিন্না ফক মচি অমদা খুদৈ মচা অমা ফৎ ফৎ হাইত্নুনা খাংঙি।

স্নখ্যানা হায়। "কৈদৌরোই" ঙরাং অহিংসি য়ুম য়াংলেন্দা করি-গুম্বা মহৌশা খেংনদবা খুদমগা থেংনবিব্রা ?"

মমানা খুমই "ঙরাং অহিংগী য়ুম য়াংলেনগী শব্দ অত্নুদি কনখ্রেবু স্নখ্যা। করিগীনো হায়ত্নুনা মৈকাপ্পী কাপ্তুনা য়েংবদস্নু করিমক্তা থেংনদে।"

"কম্যুইষ্ট্র মতোল তরেং, তাইরেল মশা অমা, হৌজিক পুবিরকপা ওম্বী.গব্রা ?"

"ঙমনি-ঙমনি, কবি ঙমদনি, ইচাগী থব্লাইদবু তিংলবদি।"

"এঃ এঃ মুংশ করিনত্তা থিবিনু করিমত্তা তৌরোইদবা অনাবনি।"

ওঝা মাইবা থাংবা য়াংক্রুমাল্ল। তপ্প তপ্পা হৈ.গংলি। হায়রকই—

,'ইবুংঙোহল, ডাক্তরনস্থ কৈদৌরোই হায়রম্মী, মখ্যা ইবুংঙোনস্থু করি তৌবোই হায়রি। ঐদি হকচাংস্থ কয়া ঙমজদবনি ঐ য়ৌজরগে।"

"ফগনি - ফগনি।"

অমম্বা মবক্তা ওঝা মাইবা তপলি তপলি চৈশু অমগা লোয়ননা ময়ুম লমদম পাংগি।

লম্বীদা মণ্ডল-মণ্ডলে খল্লি। সংসাবগী থুৎপাক য়াম্না চারবা অহলনিনা থোয়না নাচুংলুদে। ময়ুম মাঙ্গোল হেক কাখৎপগা কোনুংগী মঙ্গলার্তিগী শরীক গোং-গোং হেক খিংলকই। শ্রীমতি রাধা গোবিন্দ হরে-হরে।"

হকচাং শেংদোক্তুনা অয়ুক্কা তরং তংংবা মুনিংকা মায়োম্নতুনা ফম্মেনফক্তা নে তানা ফমতুনা হিদাক তোংজৈ পায়খৎপদা মণ্ডায়রি মশক মতৌ ফজথ্রবা মীয়াই চল্লবা মুপা অমনা ওঝাবু হায়না খুরুম্মী।

ইবুঙো কনা ওইবিরবনো ?

ওঝাবু, ননাই ঐ মমাং নৈকাই অসিদা লৈজবা লাংপোকলাকপম মেরানি।

করি হায়বগে ?

ননাই ঐ মৈতৈ মাইবগী মরমদা করিগুম্বা খরদং হংজনিংতুনা লাকচবনি।

এঃ হোয়ো-নোয়ো খণ্ডবা হায়বতুনিদা হৌজিক অসিদা। অহল-লমনগী পরম পরানি হায়তুনা লিথুন খরতং লিরুবগী ব্লাদনি। কনানো জুরিদা লেপলিবা অসিনা ? এঃ ইবুংঙোহল কমদৌরে নচানুপীতুদে ?

"ইপল" তপ্পা তপ্পা মমিত্তা মপি ইরা চেম্না হায়রকই— নগুন্নপী অতু হৌজিক্কী য়াম্না মুংঙায়না তুমহোরে। ইপলনা হৌদোকত্রবদি ঐখোয়নদি য়ারোই হায়হোরি লৈকাইনা। ●

# ইমা অনৌবী

সিনেমা, ড্রামা কয়াদা মমা পোক্তবীগী মবমদা উৎথবে। লৈকাইগী অহল-লম্মল অমস্তুং ইচেল-ইনেম, কয়াদগীস্তু পোক্তবীগী মপুং ফাবা ইতিহাস তাগ্রে। মবুক ফত্তে অচান-মীরাই য়াম্না নাই হায়বসিদগী হেন্না অফবা গুণ অমা থোইদোক-হেন্দোক্লা উৎখিদে অমস্তুং তাখিদে। ঐগী ইমাস্তু পোক্তবীনি। অদুবু ঐঙোন্দদি ওয়্ম-তৈননা থোকই। মবমদি ঐগী ইমা অনৌবী অসিংগী হেন্না ফবা মী অমা ঐনা থেংনবা লৈত্রি। মহাক্লা ঐবু মুংশিবিবা, চানবিবা অমস্তুং লুনা তৌবিবসি ঐগী অশেংবা ইমাত্মক লৈবক্লবস্তু মঙোন্দগী হেন্না মুংশিবিরমগদ্রা হায়বত্তুদি ঐ খঙদে, খনস্তু খল্লুদে। ঐখোয়গী পাবুংস্তু ঐবু য়াম্না লুনা তৌই। ঐগী চানথকবা মুতিগী লৈবিবকই, ফজ-ফজবা যিবোল ঐগীদমক্তা য়াম্না লৈবী। পমস্তু পম্বী, চুপস্তু চুপ্পী। অদুবু ঐদি মতম পুম্বা ঐগী ইমা অনৌবী অসিগী মনাক্তা লৈনিংই। পাবুংগী মনাক্তা থোইনা চংনিংলুদে। অদুগা খ্বাইবস্বন্দা তুকান চাউনা ফমলিবা ঐগী অমত্তা ঙাইজববা তামো অসিস্তু ঐবু লুনা তৌবদি মহানি— ঐতনা মনাক্তা চৎনিংলুদবনি। মরমদি ঐগী ইমা অনৌবী অসি থাদোকচনিংদবনা—।

মুতিগী ঐনা য়াহৌরকপদা ইমা অসিনা ঐগী চাউবী থোংবা লোইরমই। ঐবু ফমুংদগী পমদুনা থাংদোকপী। নোংমতা ঐনা ইতোমতা ফমুংদগী কুমথজবা ফংদে। অদুদগী মাই-মিং তাথোকপিদুনা মহাক্না চাক ইনবী, ইখুৎনা চাজগে হায়বা মুকয়া য়াদে। ইফি-ইরোল শেৎচিন-বিরগা ঐগী সিলেট অমমুং লাইরিক য়াওবা খাউ অদু নাকন্দা য়ানশিন্দুনা কোম্থোংফাওবা ইতত্তুনা থিন্দোকপী। ঐগী খজাই মচা অসি ওন্ন-ওন্না চুপ্পীরগা "ছুটি হেক থারগা ইমাগী ইনাক্তা লাকউকো" হায়দুনা ঐনা চৎখিবদা মহাক্না য়েংদুনা লৈহৌই। স্কুল ছুটি হেক থাবগা ঐমু ইমাগী মনাক্তা পরপ পরপ হেক্তা লাকই। ইরু-মাইথজবিবা, লাইরিক তাকপিবা অমমুং মুংঙাই মুংঙাইবা ৱারী কয়া লিবিবা ঐনা কয়াদা পুক্নিংচংনা তাজবা, কয়াদা হরাউজবা অঙকপনি। ইমাগী মনাক্তা লৈজবনা স্বর্গদগীমু হেন্না মুংঙাইবনি হায়না খঞ্জরম্মী।

অমুম্না লৈরকপসি চহি মরি-মঙা শুজিল্লক্লে। ঐমু মথং মথং তমশিল্লকপনা ক্লাস সিক্স পাস তৌরে। অদুবু মতম হায়বসি ওম্থোকপনি। ঐগী মুংশিজরবী ইমা অসি থাদোকপা তারী, কায়নবা তারী। কয়াদা অরাবগী মশক্নো? পাবুংগা তামোগনা ঙসাই অয়ুক্তগী ঐবু শিলংদা ডোনবোস্কো স্কুলদা পুননবগীদমক কোইলাং লাংলি, কোইচেন চেল্লি। 'সিনা মাগী বেডিং, সিনা 'মাগী মুটকেশ, 'সিনা অযুক শেৎনবা 'সিনা, মুংথিলগী অদুগা 'সিনা মুমিদাংগী—।' সোমদা ইমাগা ঐগা চাকশংদা কপমিন্নরি। "য়ারবদি ইবুংঙো নঙ চৎখিনুবা, নঙ লৈত্রগা ইমাদি কনাগা লৈহৌগনি?" ঐনা খুম্বা ঙমখিদে। মঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈখি। স্বর হোনবদা হিক হিক লাউবগা লোয়ননা মিৎলুদা ঈরা চেনখি।

ঙহাক লৈরগা পাবুংনা মপান্দগী লাউবকই— 'হায় অঙাং অদু চাক-ঈশিং পিজগেদি হায়দ্রদুনা নঙগী হৌনবী ৱাকোই শুদুনা লৈথোক-লব্রা?" ইমানা মমিত্তগী মপি তৈথোক্লগা ঐগী কোক অসি নানবী-নানবীরদুনা হায়রকই—

"ফরে ফরে ইবুংঙো মতম পুম্বদা ইমাবু কাউগনুকো। লাকও চাক অসি চাথোক্লরো অরাং অপা হাপলগে।"

ঐ চাকলুক মপান্দা চংহুনা চাবা হৌগৎলে। ইমাস্থু ইনাক্তা ফমহুনা ঐবু মুন্না মুন্না য়েংলম্মী। ঙহাক তুমিন্না লৈরুরবগী তুংদা ইমানা শোম্বাংননা শোল্লকই নঙ—ইবুংঙো ঐখোয়গী য়ুম অসিদা অঙাং অমা লৈরবদি কয়ামুক হরাউগনি? ঐ পুমঙক ঙকখি। চাক চাব-ফাওবা লেপখি।

"ইমা কদাইদগী অঙাং—?"

ইমা অহু ইকাই হঙ্গোইরপ তৌনা নোক্লিংখি। ঐগী পাউথুম পীবকখিদে। ঐনা অমুক ঙাঙবা হৌখি— "ইমা ঐ য়াম্না হরাউ-গনিবু—! ঐগী ইনাও শোয়দনা ওইগনি অতুগা ইমা মুপারা, মুপীরা?"

"নহাকপু মুপা ওইহননিংব্রা, মুপী ওইহননিংব্রা?"

"ইমা ঐদি মুপা ওইহনিংইবু।"

"অং ইচাগী নিংবা মতুং ইম্না মুপা ওইসনু! মুপা ওইরবদি ঐনা নহাক্লীদমক শামতুগী খোংগ্রাও ফুরিৎ য়াম্না তুবিগনি।"

"মুংঙাইজরেদা ইমা, মুপা ওইহল্লোকো— মুপা ওইহল্রবদি ইমা, ঐদি য়ারোইদৌবনি।"

ঐনা ওইনজখি। ইমানা তুমিন্না নোকখি। চাবা থকপা লোই-রহুনা ইফি ইরোল শেৎচনখি অমস্থং ময়াম পুম্নমক বিদায় তৌরম্লগা পাবুংগা ঐগা বস তোংফম তাম্না চৎলম্মী। ইমানা থোঙ্গানদা মকোক্তা ফিরুক থুমহুনা মমিৎতা মপী চহুম চহুম শিম্বহৌবহু নিংশিং নিংশিংনা বস তোংখৎখি।

শিলংগী ডোনবোস্কো স্কুলদা পাবুংনা ঐবু থম্বীরম্লগা মণিপুর থোকখিবা থা তরেৎ নিপাল শুজিল্লক্লে। নোংমদি থা খুদিংগী থারকপা চিঠিগা ইমান মাম্নদবা অমথক ফংলমই। ইমানা ইরকপনি ঐগী ইনাও মুপা অমা পোক্লে হায়হুনা খঙহল্লকলমই। ঐ হরাউবনা লুতোন কাল্লি। ঐনা নিংজবা থুংজবা অহুদা ঈশ্বরদা ঐনা হম্না হম্না থুরুমজখি।

থোইদোক হেন্দোক্লা তবং তরং নিংশিংথিবা অমনা ইমানা ঐগী শামতুগী খোংগ্রাউ ফুরিৎ শোয়দনা তুবিরগনি। লাক্লিবা নিংথমথাগী ছুটি অসিদা য়ুমদা থোকপদা পুননবা ইনাওগী শান্নপোৎ অমস্থুং চান-থক্লবা কয়া ঐনা লৈশিঙবা হৌখি।

নিংথমথাগী ছুটি থাবমদাই য়ৌবতুনা পাবুং শিলংদা লাক্লে, মুমিত্তুগী ছুটি হেক থাবগা পাবুংগা লোয়ননা ঐ মণিপুরদা থোক্লকলে।

ঐনা খঙরমই। ইমানা ঐবু তরাম তরাম তৌবিরমগনি। মতম খরা কায়নকবগী থোইনা হেম্না মহাক্লা ঐবু লুনা চান্না তৌবিগনি। ঐনস্থ হেম্না মুংশিজগনি অমস্থুং নৌরিবা ইনাও মুপা অতুবু পোতুনা পমতুনা ঐনা শান্নবিগনি। অতুবু ওস্থোকপা হায়বতুনি। ইমা অতু ঐ লাকপগী থোইদোক্লা হবাউবা উৎলমদ্রে। মমাংঙৈগী মতৌগুম্না ঐগদা লোয়ননা লৈমিন্নতুনা হরাউ হবাউ নোকমিন্নরবতু হন্দক্তি তৌখিদ্রে। মরমদি অঙাং অতু য়াম্না কম্না নাতুনা লৈরম্মী।

অঙাং অনাবতু হোৎনবদা ঐ লৈ হায়বা ফাওবা কাউথোক্লমাল্লে হায়না খনখি। ঐনা উপায় লৈততুনা ঈশ্বরদা অঙাং অতুগী অনাবা অতু ফহনখিয়ু হায়না হম্না হম্না থম্মোই শোক্লা খুরুমজখি।

মতম খরা লৈরগদি ঐনা ঈশ্বরদা খুরুমজবা অতু পেনবিরমাল্লে, অঙাং অতু নাবা ফরক্লে। অস্থুম অস্থুম ফগৎলকতুনা হৌজিক্তি মপুং ফানা মশা ফবা অঙাং হায়বতু ওইরে। য়েংবদা মুংশিরে, নোক-খেতুনা শান্নরে। ইমা অতু হবাওজরে। ঐস্থ মতেক অমা হায়ফম খঙদনা মুংঙাইজখি।

অতুবু ইমানা ঐবু হান্নগী মতৌগুম্না চানবিবা, মুংশিবিবা অতুদি অঙাং অতুনা নাদ্রবা মতম ফাওবা উৎপিখিদ্রে অমস্থুং হরাউহনবি-খিদ্রে। ঐঙোন্দা লৈরম্বা মুংশিবগী তুংনফম অতু অঙাং অসিনা মুন-থ্রমাল্লে — ইমাগী থম্মোই অসি অঙাং অসিতনা হুথ্রমাল্লে। অঙাং অতুবু মুংঙাইহনবতনা ইমাগী মুংঙাইজবা ওইখ্রে, ঐগী পেন্দবদা, নিংবা থুংদ-বদা ইমানা খোয়না নাচুংখিদ্রে। ইমাগী মনাক্তা চংজবগী মুংঙাইজবা

অদু খঙহৌদনা পুম্মাং মাঙখ্রে। মনাক্তা চংনিংলক্রে, মানমু ঐবু কৌশিনবিনিংত্রমাল্লে।

ঐগী রাখল অসি নোংম-নোংমগী পিকশিল্লকলে। মমা পোক্লবী হায়বদু অসিরা হায়না খনবা হৌরক্লে। অহল-লমন্না শাখিবা রারী, সিনেমা, ড্রামাদা উৎখিবা থৌদোক অচুম্বনি হায়না খনবা হৌরক্লম্মী। মুংঙাইবগী তুংনফম ফংদ্রবা য়ুম অদুদা ঐ মিকুপ অমতা লৈনিংলক্রে। থুনমক ঐগী লাইরিক তমফমদা চৎনিংলক্লে।

অশুম্না লেল্লকপনা নিংথম থাগী ছুটি লোইশিল্লকলে। পাবুংগা ঐগা শিললংদা অমুক চৎনবগী মতম য়েঁরকলে। ঐনা চৎলমদাইদা ইমা অদু ইনাক্তা ঙাহাক্রা চংঙকুনা রাবী-রাতাই শাম্নিন্নবা ফংখিদে, অঙাং অদু হোৎনবদা, অঙাং অদু পন্না পন্না ঐনা খোঙশান্দোকলমদাই মতম অদুদা ইমানা ঐঙোন্দা লাউবকখি—

"চৎলোকো ইবুংঙো, নাদ-য়েক্তনা লৈযুকো। ইমানা থা খুদিংগী নঙোন্দা চিঠি থারক্কনি।

মমাঙৈদা চৎকনু হায়দুনা কন্না থেমলম্বা ইমা অদুনা ঙসি চৎলো হায়দুনা ইয়াং য়াংনা নোকুনা হায়রকপা অদুদা পুক্লিং মুংশিখি : 'হোয় হোয়" হায়দুনদি খুমখি। অদুবু খঙহৌদনা কপনিংখি অমসুং অশেংবা ইমাদু থম্মোয়দা নিংশিংখি।

পুক্লিং মুংশি-মুংশিমা শিললংদা লৈবকপসি থা মঙা তরুক শুজিল্লক্লে। য়ুমদগী চিঠী অমতসু ফংলমদে। তাঙ্গা অসিদা লাইগী নোংদমদগী নোংমদি ইৎক ঙক্লা ইমানা থারকপা চিঠী অমা ফংলম্মী। অঙাং অদু অমুক কন্না নাবগী পাওনি, অরাবগী রারেংদা ইরকপা চিঠিনি। ঐ হন্দক্তি অঙাং অদুনা নাবদা থোইদোক্লা পুক্লিং মুংঙাইতবা তোৌরমদে। অহোইনদুম অসুম্না খন্দোকলম্মী অশুক কুইবদি ইরক্রুগা নারবা কান্দা ইবকই। ঐসু ওম্মোকপা পুকচেল হায়বদুনি। চিঠী অমুক হনখিবগী রাখল তৌদনা মুংঙাইনা অদুম মরৈথোক্লে। থা অমবোম লৈরবগী মতুংদা নোংমা মফম মরাং ইখঙ খঙহৌদনা পাবুং অদু ঐগী ইনাক্তা লাক্লম্মী

অমসুং অরাবা খোঞ্জেনদা ঐঙোন্দা হায়রম্মী— "ইবুংঙো নঙগী ননাও মুপা অচু ইশ্বরনা হিংঙু হায়না তমব্রমাল্লে, লাইগী থুয়া তানখ্রে। মচা কায়নবগী রাবনা নমা অচু অঙাওবী ওইচুনা লৈহৌরে। অঙাং অচুগী-দমক তেংথাবতা নত্তনা নঙবুসু কৌচুনা কপতুনা লৈহৌই। নঙবু লৌখোকপিরু হায়রুনা কপ লাউবগী খোঞ্জেলনা, ইপা খাঙবা য়াত্রচুনা লাক্লবনি। মেত্রিক থারবা মতুংদা অমুক মণিপুরগী মপান্দা লাইরিক তম্নবা থোরাং তৌসি হৌজিক্কীদি মণিপুরদা অচুম তমলুনবা তৌরুসি, চৎলসি।"

ঐ চৎপদি চৎনিংলমদে অচুবু পাবুংগী মতৌ অচু য়েংবদা মণিপুরদা থোক্কবা য়াত্রচুনা শিলং থাদোক্লমলে।

মণিপুর য়োরচুনা ঐখোয়গী থোঙ্গাল হেক লানশিনবমক্তদা ইমানা ফিবম-মুর্ত্তি কায়না চেঙ্থোকলক্লুনা ঐবু কোন্দুনা কপলম্মী। মতৌ অচু উবদা ঐগী থম্মোই খঙহৌদনা নৌথোকখি অমসুং ইমাগা লোইননা কপমিন্নখি।

ঐগী খুৎ পায়রচুনা ইমানা রা ঙাংনা-ঙাংনা য়ুমদা পুশিনবখি। ঙহাক্তা পোত্থাদে, উপু আলমিরাদগী শামতুগী খোংগ্রাউ ফুরিৎ ফজরবা অমা পুথোক্লুনা ঐঙোন্দা পীরকই। ঐবু মথান্নুংদা চেৎনা কোনশিনবিখি। পিরাংতনা থল্লবা ইমিৎসিনা ইমাদা শংত্রিক য়েংচুনা "ইমা" হায়না কৌজখি। ইমানা ঐগী থজাই মচা অনি অচু হন্না হন্না চুপ্লচুনা হায়খি "ইবুংঙো, ইমাবু থাদোকনুকো।" ●

# শম্বল লৈরাং

মানা হায়রিববু— "লুংদি লুংশি, লৈবদি লৈরোই" অসিবা ? কয়াদা চাউথোকখ্রবা রাঙাংনো ? মাগী মরমগীদমক এনা হোৎনরুবা খুদিং মায়থিপ্রবা, ইকায়বা কয়া ইকায়খিদ্রবা, কপনিংবা কয়া কপনিংখিদ্রবা, ইশানা ইশাবু মীনমজবদা অহল লমনদা ব্যবহার কয়ামুক কায়খ্রবা— অদুগা হৌজিকপুনা মানা করি হায়বা "লুংশিবুদি লুংশিজে, অদুগা··· ।"

ওসি ফাওবদা ঐগী থম্মোইগী রাদি মঙোন্দা নত্তনা অতৈ কনাদসু ফোংখিদ্রি । মরুপ লুংশিবা কয়াদা ওইননিংবা থম্মোইগী নিংডায়সু ওইনজবা ঙমদনা মাগী মগুণতবু লোৎতুনা থমজবনি । হৌজিক্তি ইতোমতনা পুবা ঙমদ্রবা রাথল লাক্লে । অদুমকপু মতম থরদংদি খাংখিনি । মতুতদা ঐগী থম্মোই পেনগনি ।

অমুন্না খল্লি প্রতাপনা মাগী কলেজ তমলিবী প্রমোদিনীগী মরমদা । লুংশিবগী ইতিহাসতা প্রতাপ প্রমোদিনী অনিগী রারীদি নারক্কা শাংপা কেতুকীনি, ঈয়ায়দা লোৎপা মণিনি । যুগ যুগকী নমুনা মতুংইন্না লুংশিবগী ইতিহাসসু মশক মওং কয়া থোক্লা চৎলী । থম্বা থোইবীনা শাক্কীনি, বোরাচাউবা, মাইনুপেমচানা খুদমনি । ওসমান থম্বাল অমদি উরিরৈ

মাধবী নচিংবনা প্রমাণনি। রাথোক চাউবী রাধাগী, জনক-নন্দিনী সিতাগী, তপস্বি-নী শকুন্তলাগী, লানঙম ফিরাল পায়বী তিলোত্তমাগী কপালিনী কপালকুণ্ডলাগী অমদি রাজপুত নিঙোল্ পদ্মীনীনচিংবগীসু অচুগী অচু মচায়। কবিবর সেক্সপিয়ারগী রোমিও জুলিয়েট, ডেসডিমোনা, পোর-সিয়ানচিংবদগী হৌচুনা মথং মথং চেন্থরকপা বিদেশী রহস্যাশিংদসু অম্মাগী অম্মানি। মন্নুংগী পোৎশক্লা অমত্তা ওইরবসু মপালগী মওংদি মিকুপ খুদিংগী হোংঙি হায়বসিদি য়েৎননিংঙায় লৈত্রবা য়ানি।

অচুবু প্রতাপতি মসিগাসি খংজবা নৎচদে। মাগীদি পুক্নিংগী ইথিলতনি, সমাজনা য়াবিবা ফাওবতনি। মাগী থম্মোইদা য়েকত্নিবদি চহি মঙা তরাগী মমাংদা অহানবগী ওইনা মিৎ মরি তিন্নখিবা অচুনি। মুমিৎ অদো, পুংফম অদো প্রতাপনা হিংলিবমখৈ নত্রগা প্রমোদিনীনা লৈরিবমখৈ কাউবা ওম্নরোইদবা তাঞ্জানি। তাঞ্জা অচুতনসু থম্মোই অনিবু আচৎপা উরিনা পুনশিনখিবনি। মায়কৈ অকোয়বদা ঈশিংগী ঈচাউনা য়োমশিল্লক্লবদা পিক্লবা শগায় মচা অচুদা চেজেৎ কোনশিম্মচুনা লৈমিন্নখি-বদি প্রতাপ অমসুং প্রমোদিনীতনি।

মতুং তাবদা হিয়াংথাং লাই খুরুম্বদসু থেংনখি, বারুণী মহাদেবগী লাইমাংদসু উন্নখি, বসন্ত রাস য়েংবদসু মায়োক্নখি, মোইরাং লাই খুরুম্বদসু খোংফম তিন্নখি। য়াহৈনা কাংথোক্লবা ওমদবা তঞ্জা কয়াদা পুক্নিংগী ঈঙ্গিৎতনা থম্মোইগী য়াকৎ ফোংদোক্লে— মখা শমথবনা চে কলম্নি— অচুবু অকোনবগীসিদি প্রমোদিনীনা কয়া য়াখিদে, মবুং মোপন্না কয়া লৈ হায়চুনা।

প্রমোদিনীনা হেন্না মুংঙাইজবা অমত্তুংদি প্রতাপ মতমগী চৎনবী অঙাওবা পাখং নত্তে, লাইরিক তম্বা কাবদা নোংমত্তা ফাউবা প্রতাপনা য়েংলমদে, উরবসু উশিন্নখিদে, মীমাংদা য়া য়া তৌরদে, সিনেমা য়েংসি হায়চুনা হৌরদে, লিলা কোগে হায়রদে, মী নেক্তুনা পাউ চেন্নক্লে খুদোনপোৎ খুৎথাং লান্না শীরক্লে। তাঞ্জা মেঞ্জা অমত্তুং খঙনা চৎপদি প্রতাপনি হায়না খল্লী প্রমোদিনীনা মঙোন্দা তমশিন্নকপা পাখং কয়াগী

মমুংদা। অদুবু মাগী অসিংম্বা শাজৎ অসিতনা প্রমোদিনীগী ওইনফম্মি হেক উম্নবা খুদিংগী হৈনবক্লবা রাকখনি। মতুদা খুম্লকপা প্রতাপকী পাউথুমনা মুংশি ঈচেল মপুং ফাবা হেন্না হেন্না হেনগৎলি। থাবল ফবা অহিং খুদিংগী মমল হেন্না হেন্না য়ামখৎলি।

প্রতাপতি লায়রবা পাখংনি। মাগী মরলদি মশক ফজবা অসিতনি। মমাম্নবগুম তেবেলিন শেৎপা ঙমজদে। জীপতি লায়বহুনা একাগাড়ী ফজবা অমা ফাওবগী মপু ওইদে। মপা মপু, মচিন মনাও খুৎ কনবম্ নংচদে। মশক ফজবা পাখ, ওইবগী মরুপ মপাং য়াম্বা, নৈশাবী কযানা মিতাবিরবা অসিতনা মাগী কল্লরুফম্নী। অদুবু মাগী পুন্সিগী অকায়বদি মসিতনা মরুনি। খঙনা খঙনা মানা কনথোকচবম্ ঙমজদে। মবাইবক্কীনি খন্দুনা চাউখৎপগী খোংচত্তা অম্নুম অম্নুম হম্বরকপা মহাক থোইদোক্লা রারোদে। রাবৌনবা মতমম্ প্রমোদিনী থেংনৈদগী ফংখিদ্রে- মরমদি মাগী পুন্সিগী শকফম খুদিংমক প্রমোদিনীগী মুর্ত্তিতনা য়োমখ্রে। অদুবু মীমাংদদি প্রমোদিনীগা মরি কবিমম্বা লৈনদবা পাখংনি। লৈনৈ হায়রগা করি কায়বা মাতনা খঙঙি।

প্রতাপনা প্রমোদিনীদা হন্না হন্না হংখ্রবা রাহংদি— মুংশিবগী রাহংনি ঈঙ্গিৎ কয়ানা শাক্তি ওইখ্রবা প্রমোদিনীগী মুংশিবা অদো প্রতাপনা শুকথা থাজবা লৈতে। প্রমোদিনীগী মচীন্দগী ঙাংথোরকপা অদুবুদি তান্নে, ঙাংথোক্কবা থম্মোইগী পাউ অদুবুদি প্রতাপনা মতম খুদিংদা উশিন্নখিদে প্রমোদিনীগী মমাংদা। মৎনতা ঙায়রবা কান্দদি অম্নুম্না হেক হেক খল্লি— চৎলুবগম্ লাক্কম্ হায়, চৎলুদ্রবম্ মথংগী উনবা মুমিৎতা করিগী মপি ঈবা চেল্লী? এনা মাবু অশোয়বা মিকুপ অমদা শোকলুবদা করিগী মানা হুমাং কায়, অদুগা এনা ফাজিনবা য়াদনা করিগী মিশুল অদুক কন্না চোংবা? করিগুম্বদম্ মানা শিকখিবা খুজিলগী মফম উরগা মানা নানবিবগী মহুত্তা অমুকম্ হেন্না শিক্কদবগী করিগীদমক হোৎনবা? মরক মরক্তনা এবু অদুক থীনা চৈবা— লাইরিক ফত্তে, মুপী অউ খুদিংগী পাম্মী, এগী থম্মোয়বু থাজবা শুকঙম ঙমদে— নচৎ ফত্তে

লাকপীনু। লাকচরোই হেক হায়রুবদা অদুক কম্না শাউরকপা করিগীনো? পুন্নমক অসি য়েংলুরগা প্রতাপনা খঞ্জে প্রমোদিনীনা মাবুদি ভশেংনা মুংশি, মানা মুংশিবগুম্না অদুবু প্রমোদিনীগী অরোইবা রাকত্তি— "ঐদি লাইরবনি, লাইরিক ফত্তবনি, নংগা সঙ্গ তৌবা লাম্বা চাদে, ঐ লাকচররোই।" রাহৈ খরা অসিদনি প্রমোদিনানা ইতৎ তত্তনা কপহৌরিবা "মতু হায়গনু" মসিতনি মানা শোম্বাংননা শোলহৌরিবা। প্রতাপনা পেনজবসু 'মতুতনি' হায়না খন্দবগুম নোকশিন্নদুনা থম্মোয় মকা লাম্না হেক হেক হল্লকই।

হন্দক মবক্তি ফনা কুইনা উন্নখিদ্রে। প্রমোদিনীগী পরিক্ষা ময়া ওইবনা। মহৌশাগুম প্রতাপসু চৎলুদ্রে। পরিক্ষা লোয়খ্রবা মতুংদা প্রতাপনা নোংমা চৎথোকলুই উনবা ফংদনা হল্লকই। মথংগী মুমিত্তা তাঙ্গা য়েংলুই, নিংবা কায়দুনা হল্লকই। চিঠি মচা অমত্তং পিরগা হল্লকে খন্দুনা অমুকসু হোৎনকই। থেংননিংদবা মী থেংনদুনা হায়হননিংদবা রাহৈগী তানিংদবা প্রমানগী মৈশা ফংদুনা লাকখি। রাখলগী অথেংবী চৈনা ফংদুনা প্রতাপনা অনা শক্তম লৌখি। লাম্না চংলুরে খল্লবা খোংকমগী হৈনত্রবা থম্মোয়গী নমথাক্তা পুক্লিংদা নিংহন্নবা মতেক পোকখি। উন্ননিংবা উন্নদবগী, হায়নিংবা রাহৈ হায়হৌদবগী মৈচাক্তি পুন্সিদা অনৌবা নত্তে হায়বসু খওনা খওনা খাওবদা রারবা প্রতাপকী পুক্লিংগী পোৎলুম্নি।

প্রতাপকী পুন্সি নোংলৈদা প্রমোদিনীগী রাখলগী ঈপোমসু মপুংফানা ঈহৌবনি। অদুবু মতমগী খোঙলৈদদি প্রমোদিনীদি মায়থীরবী মুজানি তিন্নরুবা সঙ্গনা। মাগী সংসারদি প্রতাপতগী সংসার নত্তে থম্মোয়নদি নিংজরবসু? মীনা সিনেমা য়েংওুসি, পিকনিক চৎলুসি নত্রগা লাইরিক ঔরাইমিন্নরুসি হায়বদা মানা য়াদবা ওমদে মতমগী ঈচেলনি, মরুপ মপাং মুংশিবগী থুদম্নি হায়দুনা। অদুবু মাদি খওদে, হৌজিক্কী সমাজগী ঈচেল অসিদা মাগী শাক্তং অসিনা মুংশিবগী রাজ্যদা কয়াগী মতিক শক্তি লৈবা কয়াগী মতিক প্রতাপকী মতেং পাংবা। মানা নোংমা থোকখ্রবা থৌদোক অমগী মৈশা খাংবা ওমদদুনা প্রতাপতা ইগে হায়দুনা কলম পায়খৎখি—

তামো,

ঐগী ইমিং অমা খণ্ডহৌদনা হোংলে, ওক্তবী হায়না কৌজরে। তাবিরম্বা য়ারে ইকায়খণ্ডব্রবা ব্রাথোকতো। অরেম্বা তারবা পুন্সিসে তামোগী ওইষু তমলমদ্রে ব্রারৌবিগন্নকো............।

হেক ইবগা মচেৎ মচেৎ থোকনা শেগায়খ্রে চেঙ্গেৎতো। অতুগা মথন্নতা মমায় থুমজিন্দুনা হিক হিক কপখি।

কনানদি তাখিদে। অতুবু মী অমত্তংবুদি প্রমোদিনীনা ব্রারৌখি। নৌনা হোংলকপা য়ুমলোন্নবা, গোপালনা প্রমোদিনীগী মকোক্তা তপনা চংলক্লুনা নাল্লখি। প্রমোদিনীনা অমুক্তা হেন্না হিকনা কপখি। গোপালনা থেমখি। "হন্দক্কী বিঃ এঃ কাবদদি ওনার্স লৌগদবনি, মতু ওন্নবা কন্না হোৎনগদবনি হায়না নখোয়গী বাজিনা ঐভোন্দা শীন্নরম্নবনি।" মপাপ চেন্দ্রবা জ্ঞাননী মৈরা চাওনা থাল্লবা মহাপুরুষ অমগুম্না ভাংখিবা গোপালগী পুক্লিংদা মাতনা থোকহনখিবা প্রমোদিনীগী পুন্সিগী শোয়খিবা খোংফম অতুবুদি উশিন্নদে, খণ্ডশিন্নদে। অহোইনতুম খল্লি, মী অমগী পুন্সি অমা শেমগৎপগী মহৈদি গোপালনা শোয়দনা ফংলগনি। মী অমগী পুন্সিদা খোংফম অমত্তং শোয়খিবনা পুন্সিগী অর্থ কয়া থিনা হোংখিবা, নামতা য়েংবা ব্রাখলগী থুদি থিফম অতুদি গোপালনা চপ চানা খণ্ডখিদে হায়বা তায়।

প্রতাপনা উন্নগনি ভায়বি, প্রমোদিনীনা উন্নরোই খাংঙলি। ইকোয় কোয়শিনবা সমাজ অসিদা নোংমা থেংনবদি শোয়দ্রবনি হায়বসি পুন্সিনদি হায়রি। উন্নরগা করি থোক্লগবা নিঙায় চাংবা থম্মোইতনদি খণ্ডি।



# থাগী মচা মোরাম্বী

জগৎ কুমার সিংহনা, "ঐখোয়দি মাবু, তোলমু হায়না খঙনৈ" কাংজৈবুং মপানগী কৌবিলা পাম্বী মখোংদা পাক্লবা অথাবা ফি অমা তিংথোক্লুনা য়োল্লি শেবোৎ, মাইরেল, হঙ্গাম, কোবী, ফদিগোম, মঙ্গল, চানা, মোরোক, চুজাক অমসুং থামেন্নচিংবগী মথল মখা য়াম্লবা মরু মরাং কয়া। অয়ুক পুং তরেৎ তাবদগী মুমিদাংরাইরম পুং মঙামখাই তাবা ফাওবা ফম্মী পোৎফমতু। মুংশাদি লাইনা খাঙডি, ছাতিন মল্লবা অমগী মতেংনা। নোং তারক্লবদি পোৎচৈ থুনা লোইশিন্দুনা মনাক্তা লৈবা দুকান অমগী মাঙ্গোল মচি অমদা কাখৎতুনা খাঙডি। চাক লামলক্লগা চা কপ অমমম থকই হোটেলগী অচৎপা অঙাং অমবু পুহল্লক-লগা। খোঙ হামনিংলকলগা ফি অপাকপা অমনা অমুক মাগী লল্লোন পোৎশিংতু কুপশিল্লগা মুংনা ননশিল্লমই, থুনমক হুল্লকই। বেরি অমা চিংলগা থুৎফম কায়রমত্রা য়েংডি। অয়েংবনা নোকই, মশা লৈরিঙৈদা পাম্বীত্রববা পোৎশিং অসি মশা লৈত্রবা কান্দা য়াম্লমক পাম্বীরমগনি খল্লিমাল্লে জগৎকুমারসে।

জগৎকুমাবনা য়োল্লিবা পোৎশিং অত্থুদা খোয়দাবা মশিং ব্রাৎলবস্থু মনাক্তা ক্ষমহ্থনা মাগী ব্রারী তাথিনবা মশিংদি ব্রাত্তে। মহাক্লা খোয়দানা লীথিবা ব্রারীশিংগী মন্থুংদা মহাক্কী পুক্সি ব্রারী অঙকপনা থল্লবা, মুং-ঙাইনা লেপ্তরম্বদগী সমাজগী যত্রবা চক্রিশিংনা লাকহ্‌ৎপিত্থুনা পৎথ-খুইথরহ্থনা লেল্লিবা মতাং, পুক্লিং মুংশিহল্লি, কপনিংহল্লি ফুরিৎথাউদা য়াউবা পৈশা খরত্তংগী ওইরবস্থু মরুমরাং খরদি, থানিংঙায় জাগা লৈজদ্রবস্থু থংলৈ লৈনিংই, মঙোন্দা মতেং খরা ওইগদ্রা খন্দুনা। থৌনা ফনা হৈ—শিংনা মীকি লাইক্কিদনা চেনা পন্দনা থিথরকপা মতাংদি রাজনীতিগী ব্রারীনি করম করম্বা মীওইনা রাজনীতিদা থরায় লুপ্রিবা ভোট খোম্বগী অরায়বা পাম্বৈদি সিনা মবোইরে, ব্রানোম্বগী দমক্তি অসি অসিগুম্বা মীওইদা চৎলু, শেল পায়নিংলবদি মাগী মভুং ইল্লু, বক্তৃতা পিব্বদি মানা মফজরে, ষ্টেটক্থুদকী দাবীদা শোয়রিবদি অসি অসিনি, পোৎ-চৈ তাংখৎলকপগী দায়ীত্ব মীওইশিং অসিনি, অসিনচিংবা ঙাঙ-থবকপদা অত্তাবনা খরা ব্রায়। কাংজৈবুংদা বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা পিনখিবা ভাষন কয়া জগৎকুমাবনা কাওবিবা লৈতে। তারিখকা মীশক্কা কোম্ন-কোম্ননা মহাক্লা সমালোচনা তৌবকপা মরীক তশেংনা চুমই। হায়নিংঙি, জগৎকুমাবস্থু ভোট অমুক্তং লেপ্লবদি শাসন শোয়দনা পায়বা ঙমগনি। অত্থুবু মাগী ব্রাঙাংদা পার্টি অমত্তগা তিন্নবা য়াবগী মওংদি উদে। অত্থুনরা কবিনো মাগুম্বা মীওইদি কনানস্থু পাম্বীদে হায়না ব্রাবোইশিল্লি।

রাজনীতিগী মরমদা থৌনা ফনা ঙাঙবগুম ঙাঙবদি ঙমদবা মহাক্লা থরায় শোকচরিবা ব্রাফম খরদি অরেম্বদা মাঙহল্লিবা নহারোলশিংনি মযুম ইথোলদা অশংবা মতমদা পোৎ-চৈ থাজিন্দুনা মমা মপাগী মতেং পাংগেদি থগ্রহ্থনা সিনেমাবু হাপতা খুদিংগী য়েংই, হোটেলদা, চানা য়োনফমদা মুত্তিগী শেল চাইথোকই। ফদিগোম মরু শিকি অমত্তং লৈগেদি হায়দে, কৌশিল্লুববস্থু চক্রিনা মহানি সিনেমাদি চক্রি তৌদে টিকেট ফংহৌদহ্থনা লৌনিংবা মমল লৌত্থুনা য়োল্লিবা কাংবুদগী তান্নঃ

ভাম্নহুনা মী উহন্দনা হেক হেক লৈখিবা জগৎকুমারনা চৈতুপ পায়হুনা ফুনিং ফুনিংনা খাংহৌই। শাউনিংবা ফরবা মতুংদা মহাক্না খঙ্বরকই, ঐগী মরু মবাংশিং অসি কাউবোই য়েকপা, ফিল্ম ষ্টার মফি কোম্বশিংগী ফোটো হাপ্পা চেখাউশি দা হাপ্লবদি কবম তৌনি, লৈবিগপ্রা লৈবিরোইগ্রা?

পোৎশিংকী রাখলদগী খংকাউ কাউহল্লিবদি কাংজৈবুংগী পাক্লবা লম্পাক্তা মীয়াম্না কোয়শিন্দুনা শান্নরিবা ফুটবোল অহুনি। রা রা অমুক নোক্লকপা, খংলাউ খংলাউ অমুক লাউনরকপা জগৎকুমারগী থম্মোয়দা মফম খণ্ডবা ঈরাং অমা হৌহল্লি। চেনশিন্দুনা ময়াম মরক্তা খুবাক খুবা য়াউনিংলুই। শংবিনবা অঙাং অমত্তং লৈরবদি মাং থাহুনা ফল্লিবা ময়াম মবক অতুগী মরক্তা মহাকস্তু শোয়দনা য়াওরম্নগদবনি। নোংমা ফাদোক ঙস্তা পোৎ লোয়শিল্লগা য়েংঙুবা মুমিৎতুদি হাকাম চন্দুনা শান্নবা মুমিৎ হেক থোকই। হৌজিক কালগী মশান্না অসিনা! অস্নুম্না ঙাংনা ঙাংনা মযুমদা মথরাই মুংঙাইতনা হনখি।

মুমিদাংরাইরম পোৎ লোয়শিল্লগা অচা-অথক, মনা-মশিংগী কৈথেল-লোমদা হায়জিন্দুনা কোয়চৎ চৎপা জগৎকুমারগী হৈনবীনি। পোৎচৈগী মমল খুদিংমক্কী দব মুন্না খঙবা অমত্তংদি জগৎকুমাবনি। পোৎতা নত্তনা য়োল্লিবা মীশিংস্তু মহাক য়াম্না মুন্না খঙতি। ফিয়োনবীশিংগী শাজৎ, ঙায়োনবীশিংগী লমচৎ, এনশাং য়োনবীশিংগী পুকচেল, হৈয়োনবীশিংগী হৈনবী, কাবোক য়োনবীশিংগী কায়দা মহাক য়াম্না কুপনা নৈনজবা মীশক অমনি। মুপা পোৎযোনবশিংদি খঙনা খঙনা খঙশিন্নদবা মহাক্কী শাজৎনি। মুপীগী জাৎতদি য়োল্লিবশিংতা নত্তনা লৈবা লাকপী তোয়ম্না কৈথেল কাগনবীশিংদি জগৎকুমারনা তরায়থোকপা লৈতে। খ্বাইরম্বন্দ বাজার অসিদা য়োল্লিবা মশিং পিঙমদবা পোৎশকশিং অসিগুম্না মশিং থিঙমদবা মুপীগী শাজৎশিং য়েংজবদা থরাই মঙানক তানা হোৎনজরিবা নিপা অমত্তংদি জগৎকুমারনি। মাগী শাজৎ অসিগীদমক তাতোলমু-খোয়গী ইতৈমা অহুনা শাখি শাখিনা ঙাওতি। কৈরোই লৈকাই চংহুনা খামনৈ, করিগুম্বা খৎনরক্লবদি! মৈরিকপীদগী মৈজাওবী হৌনা খৎনখিবা

মুমিৎ অমদগী ইতৈমা অতুনা ইনশাং নাপী লৈবগীদমক তাতোলমুদা মুমিদাং কৈথেল শুকা কাহনখিদে। ওন্না ময়ুমদা হল্লক্তুনা মচা-মশু রারক রাতেম্নবগী শিন্থা পিখি। ইতৈমতুবুসু মুমিদাং কৈথেল কাহনখিদে অযুক মুংথিলদতা নত্তুনা। তাদতুগা ইতৈমতুগা ফুঙ্গা মপান্দা মোন্দা মুণ্ডায়বা মুমিৎ অমদা পাথং যু ঙাওবা খৎনগনবশিংগী রাবী শান্নরকপদগী মুমিদাং চথোকহনখিব্রবা খৎনবা মুমিৎ অতু নিংশিংতুনা মতম অতুগী শাউনিংবগী লৈশিনখিবা চাবী পুম্নমক নোক্লা নোক্লা তেংনা হন্দোকমিন্নখি। ইকুয় কুয়দনা নোংমা থাবল ফবা মুমিদাং অমদা— থাংমৈবন্দা লৈবা মরি-মতাশিং অমগী ষষ্ঠি পুজা চৎলুবদগী মযুম ক্বাকৈথেললোম তমনা খ্বাই-রম্বন্দ ময়ায় ফাউনা লাক্লম্মী। থাংমৈবন্দ শোরোক লমশাং অতু মতম কুয়না উন্নখিব্রবা, উন্নরবসু লাইরিক লাইশু হৈবা হেনখিবনা কৌনবা হঙ্গোইনরুরবা মরুপ অমা রারী শানা শানা লাকই। থাবল ফবদা মতাং মতাং ওইনা থাগী রারীনি। রশিয়া অমদি আমেরিকানা থা চৎপগী রারীনি। মরুপ অতুনা শুগায়না লি— স্পুটনিক্কী রারী, এপো-লো রোকেটকী অপুনবা শকলোন। জগৎকুমারনা হরাউনা তায়, হংনিংবা কয়া হংভি। শোক ১৯৬৯ গী জুলাই থাদা আমেরিকান অহুম্না থাদা কুমথতুনা ফোটো লৌবগী, লৈপাক লৌরকপগী, বিজ্ঞানগী অঙকপা শক্তিগী রারীদা থোয়াথোং মপাদা লেপতুনা পেনবমখৈ রাবী শাদোক্লগা মরুপ অনি কায়নরকই। জগৎকুমার মথন্নতা খ্বাইরম্বন্দ ফাও-তুনা অনৌবা থাগী শক্তম লাকশিন্দুনা তুমিন্না রাখলনা মুল্লবা মীওই অমগুম লাকপনা খ্বাইরম্বন্দ ময়ায়দা লৈরিবা মুংগী শামুগী মুর্তি মপা য়োরে। খঙহৌদনা লক্ষ্মী বাজাররোমদগী নিপা অমগা মুপী অমগা তুমিন তুমিন্না থোরক্লগা ইনশাং য়োনবী, ভায়োনবীশিংগী মায়গৈ তম-শিনখি। লক্ষ্মী বাজাররোমদনা থা ফাব্রিবা অঙাংপিশক অমগী খংকপ কপলকপগী খোঞ্জেল তারকই। জগৎকুমারনা মী চিক্লবা লক্ষ্মী বাজার তম্না চংশিল্লী। ফিনা ইয়োম য়োমশিন্দুনা মোরাম্বী শাতুনা কপলিবা অঙাং অতু হঙ্গোইবোই করিবোই ঙহাক য়েংলগা পায়খৎলি। অঙাং

পম্না পম্না রাগলগী পল্লেপকম খণ্ডিক্রিতৈ তাঙ্গা অতুদা নহালমুক্তী মপোঙুম কুইশ্রবা মহাক্তী পাথং ওইখংলকপগী য়ক লাউবা মতম অমদা মোংমা লক্ষেল পাংকী মচি অমদা অসিগুম্বা অঙাং অমা পমতুনা জ্ঞান মাঙথিবা মিকুপ অতু খণ্ডনিং নিংশিংলকখি। ওহাক অতুদা মহাক্না তৌথিবা পাপকী প্রায়শ্চিত ওইনা অঙাং অসে মযুমদা পুবগে খল্লি, মাগী মুপীদী শরুম হেক লাকশিল্লকপদা অথাল্লদা মচী অমদা লৈরমগদবা পুলিস থিরগা পিথোকলম্লগে হায়না অমুক খল্লি। পুলিসনা মাবু উরগা করি খনখি-গদগে নিংলুবদা হৌজিক্কা চংখিবা নিপা অমসুং মুপী অনি অতুংঙ্গা তুমিল্লা থনম্লগা চংশ্রসিরা। খম্না খন্না মতম কয়া য়াম্না হৌখিবা জগৎ-কুমার খণ্ডহৌত্রে।

কনামত্তনসু খণ্ডহৌত্রে, করম্না জগৎকুমারনা থাবল ফববা অহিং অতুদা অঙাং অতুবু কনাগী লমদম তাল্লা পুখিবা। মথংগী মুমিং অতুদগী জগৎকুমারনা কৌবিলা মখোংদা মরু-মবাং যোনবা ফমখিত্রে হায়বতু-মক্তংদি লৈবাক্না শাক্ষি ওইহৌবে।



# অয়ুক্কী শিঙ্গারৈ

ঙসিদি নোংমাইজিংনি, অফিসকী থবক তৌবা অমম্মুং মথৌ য়াম্লা মীশিংগীদি খোয়দোক্লা খোরাংনা ঙায়নরবা নোংমাইজিংনি। মুতিগী মুমিৎ পোকত্রিঙৈদা হৌগৎতুনা য়াঙনা চেল্লিবা মতমগা তান্ন-তান্নবচ্চু ঙসিদি ঐ মুর খরদং হোনদোকই, য়াহৌমু হায়ফেৎ থেংই।

ফমুংদগী চোংথোরক্লুনা ফি মচা অমা ইল্লগা চিন-য়া শেংই, ঐনা থাজবা লৈ-শু, এনশাং-নাপী মরক্তা কোয়চৎ চৎতুনা। অয়ুক্কী মফা ফল্লবা অনৌবা শক্তমশিং অচু উবদা সংসার অসি অনৌবতগীনি খল্লি পুক্লিংদা। করিগুম্বা লৈমন চল্লবা লৈশিংনা অমদি অরিবা মনাশিংনা লৈপাক্তা তারম্বচু থেংনরগা লোথোক্লুনা লাপনা হুন্দোকই। মখোয়বুদি খোয়দোক্লা খৌশারুদে।

ঈশৈ ঙংনা ঙংনা ঐগী তোপ্পা থম্লিবা কাদা চংঙকই। থোংনাউদা চংঙকপা অরাংলোমদগীলাকপা মাইক্কী ঈশৈ তাবা ফংঙি— "য়ে জিন্দগী কিতনি খুব সুরত হৈ ... ...।" ঐসু শমজেৎ হাংনা হাংনা ঐগী রেডিও পানখৎলী। ফকলাংদা থেৎলিবা কেলেণ্ডর উরক্লুনা "ওহো" তারিখ শেমদোকই। মিংশেলদা য়েংই— ঐগী তচাউ তচাউরবা কোয়না

কুপলবা মায়থোং, শাংলবা শম, চহিনা নল্লবা মহুৎ মহুৎ ফাওরক্লবা উনশা। অমসুং হমজিল্লবা চীরাই। অত্থুবু ফকলাংদা থেৎলিবা ঐগী ফোটো অত্থুদি পুমমৌ নৌরি। অঙাংনি, অয়ুক্লি।

"শ্যাম ঙসিদি নোংমাইজিংনিনা— ইমাসু থবক অমত্তা চৎলুগে। নহাকসু নশমগত্থু খরা ককৎৎলুদনা। নশক্তি উত্রে শম ঙাক্তা ওইনা উরে।"

"ঔ ইমা, ঐসু খল্লম্বনি।"

রেডিও মুৎথৎলি। ফি পরপ পরপ শেৎচিল্লি— ঈশৈ মতেক মতেক ঙংথহৌই রেডিওগী মহুৎ শিন্দুনা ঙংনা ঙংনা তায়— মপান্দা মী খরা লাকপগী মখোল। থোংনাওদগী য়েংথোকপদা থাংমৈবন্দগী ঐখোয় ইনেইবেম্মগা মফি-মরোল নান্না শেৎলবা অহল ওইরপ তৌবা মুপী খরগা উই। মখোয়না অত্থুম হায়না লাকপসু ঐ কয়ারক থেংনত্থুনা ভাব তারবনি— য়াম্না তনখ্রবা জাৎনি ঐঙোন্দদি। "করি কান্নবা ঐবু মুপা নত্রবদৌনা" হায়ত্থুনা মমাংঙৈদা কয়ারক হুম্না অরেম্বদা তাহনখ্রবনি। হৌজিকসু অত্থুম মতল্লি অরেম্বনি অত্থুম মখল্লি।

ইনেবেম্মনা ইনাক্তা চংলক্লগা হায়রকই—

"ইবুংঙো, নঙদি কদাইদা চৎথোক্কদৌরি?

"শম ঙহাক্তা ককলুগে তৌবনি ইনেবেম্মা,— কনা কনানো লাক্লিবসিদে?"

"খুরাইদগীনি নয়ুম য়েংগনি হায়ত্থুনা লাক্লিবনি।"

"ইহে— নহান্না মতম হেনখ্রবা ঐঙোন্দবো ওস্থোক্না তত্রেদা! মুপী লৈশাবীসু নত্তুনা ঐদি!"

ইমানা মরক থৎতুনা হায়রকই—

"চৎলো চৎলো নঙনা চৎকদবা ··· ···।"

ঐ গাড়ী ইস্থোক্তুনা থোরক্লে। "খন্দি খল্লি—"করিবু তৌনগবনো।" সাইকল পরপ পরপ থোরক্তুনা খ্বাইরমবন্দ বাজার য়ৌরে। সিনেমা হোল মমাংদা লৈরিবা শম ককফম অত্থু তম্না চংলকই। শোরোক অত্থুদি

মীনা কুক কুক ইরে। ইরাং লাংলমলে। সিনেমা হোলদগী শরুকপা চয়াংনরবা ঈশৈনা মফম অহু পুমনিন নিল্লমলে। শম ককফমশিং অহু অহাঙবা অমস্তা লৈরমত্রে। ছাজাম অমথক্লা ফমফম অমা পিরহুনা দারী মপান্দা পুথোক্তুনা ফমই। শোরোক্তা মী মথল মথা কয়া চৎলিবহু অস্লম ওহাক য়েংঙি।

মরূপ মপাং খঙনবা কয়ানা কৌরমই— ঐনস্থু কৌখি। ব্রারী মতেক মতেক কয়াস্থু শাখি। ওহাক্তং ফমবা অহু ঐগী মতম কুয়না কাজিন্দুনা থমলুরবা পুক্লিং অহু করিগুম্বা অচৌবা মেলা য়েংফমদা ইরাং লাংবগুম লাংই। ওহাক লৈতনা শোরোক্তা তুবৎ তুবৎ চৎনখিবা মীয়াম, লেপ্তুনা লৈনহৌবা কয়া, ঈথক ঈরাং অমনা পুমকুপ কুপখিবা অহু ঐগী পুক্লিং কেমেরাদা ময়েক শেংনা তাহৌই। মরক মরক্তা পুক্লিং মুংশি-নিংঙায় ওইরবা দৃশ্য কয়াস্থু চাকনিবা, পৈশা নিবা খরনা মরীক চুমা উৎলি। কনাগুম্বা য়ায়ফ-মুংঙায় নহারোল কয়ানা য়ৈখায়বিনিংঙায় লৈত্রবা আশাগা লোয়ননা জীপ অমস্থুং কারদা য়ুমু পানবগী লেম্লনিংঙায় ওইরবা সিন কয়া ইমাংদা উৎলকই— ঐঙোন্দা করেম্নবিরম্বগুম থোক-পস্থু য়াওখি। ঐনা খল্লি— ঐনা হন্না হন্না পুন্সি অসি করিনো হায়না, মরক মরক্তা খনবা অহুবু অসিরা? সেক্সপিয়ারগী ঐখোয় পুম্বা লীলা শান্নবা মী ওাক্তনি হায়বহুবু মতাং অসিদরা? — লাংত্রবা মরক অসিদা ঐনা পুম্নমক কাউথোক্তুনা ইথস্তগী ব্রাখলদা খঙহৌদনা ওাও-জরিঙৈদা, ইনাক্তা লৈরিবা শোরোক মপান অহুদগী অতপ্পা খোঞ্জেল অমা লাকই—

"তামো মফম অসিদা করি তৌখিরিবা?"

"এ রাধা, ঐ শম কক্কে তৌবনি। ননাক্তগী সিদি নচারা?" হৌ-গৎতুনা ইনাক্তা চংশিল্লি,

"মানি"

"নহাক্তি কদায়দগীনো মফম অসিদদি?"

"অসিদা লৈরিবা ছুকান অসি ঐখোয়গীনি, অসিদা থবক অমগী অবোকখোয়গা লাকমিন্নবনি।"

"নহাক্কি করম করম তৌরি, কুইরেদা উরখিদবা— থরা ঙুক্কাক্কি থিদনা ?"

"তামো অসুম লৈরিবসিনিদনা শিবা ঙায়রতুনা। তামোখোয়গি অচৌ-অশাং ওয়ত্ত্রবনিনা ঐখোয়গাগি নিংশিংবা পোৎ নত্তেদা!"

"হোয় হোয়" নোকমিন্নে। মিঠাই লৈতুনা অঙাং অত্তুদা পী। 'রাধা' নঙদি ঙস্থোক্লা থুনা অহল ওইরগ্নেদা।"

"করম্নদি তৌনি— মতম্নদি ঙায়বিয়ু য়াদেদনা তামো, ঐ অবোক-খোয় আদা ঙায়ত্নুনা লৈরে, চচ্চরগে। নোংমতংদি লেংখোকপীরকউ তাগ্লজনিংবা রাফন থরদং লৈজে ⋯।"

ঙাংনা ঙাংনা অঙাং অহু মখুৎ শমহুনা চংখ্রে। ঐস্সু "হোয়, হোয়" হায়হৌই। হাজামনস্সু মতম অসিদা কৌশিল্লকুনা ঐ শম ককপা হৌরে। ফমনা ফমনা খল্লকই— "মীওইবগী পুন্সি কয়াদা থুনা হোংখ্রবা! মতম অমা থাজরমদবহু ঙসিদি ইমাংদা লেপতুনা প্রমান পীররে। 'শ্যামা' অহু হৌজিক ফাওবা লৈরম্লবদি— মহাকস্সু ঙসি মনাওস্তুপী রাধাদগী হেন্না ফিবম হোঙলম্লগদবনি। অত্নুবু ঐনা উবদি মহাকপু ঙসিস্সু মকোক-মরু ইফা ফানা উফুল ইতৈ তৈনা ঐগা ফুনবগী ফিবম অত্নুতা ওইনা উরি। অয়ুক্কী স্কুল লম্পাক্তা মানা ঐবু ময়াম মমাংদা থীনা থীনা চৈবা, ঐনস্সু নোকাখি নোকখি মাবু লকুবা। পাথং লৈশাবীশিংগী থাবল চোংবদা পীকমল্লি হায়ত্নুনা ইবানিবু খত্তোক খত্তোক-তুনা খম্বিরম্বহু ঙসিস্সু অসুম নিংশিংলি। পুখ্রীদা ইরোয়হুনা শান্নবদা মশম পাররুই হায়ত্নুনা লৈখোম পেকতুনা ইমায়দা থাজিল্লকপগী শকফল অহু তরু তরু উরী। লাইরিক ওরাইবদা পাড়া ফাদবগী ম্যনা ঐবু কষ্থি থোক্লা ইনা লৈখিবহু হৌজিক ফাওবা অনাবা ফাওরি। ফুগে হায়না তাম্নবদা মানা তুশিন্দুনা ময়া তেকপগী ঈ শীম্বহু— অকিবগা লোয়ননা ঙসিস্সু উরি।

নোংমস্সু লৈ ফজবা খিবা তাম্নবদা ঐনা আদর ওনাগনা হেল্লি হায়না পুখোকপদা মানা পুখ্রী মপান্দা হৌরিবা শিজায়ে পাত্নবী

মখোঙদগী থুবাম অমা পায়খৎলগা "হেন্নিংসগা হেক্তৌ হায়দুনা ঐঙোন্দা চায়শিন্নকপদু ঙসিসু নিংশিংলি। অদুগা করিগুম্বা মতাংদা ঐগা নত্তনা মমান্নবশিংগা থন্নায় তানা শান্নৌ য়াদবগী চক্রি ঐনা কাউবা নত্তে! ঐনা অন্নাবা তারবা মতমদা মমিত্তগী পি মরিক মরিক তারকপা ঐনা তপ্না তপ্না তৈথোকপিখিবনি—।"

"বাবু লোয়রে।"

ঐ হৌগৎতুনা পৈশা পিরম্লগা য়ুম তম্না পরপ পরপ লাক্লে। ঙসাই তয়াং তয়াং লাকপা পুক্লিং অদু হনখিবা মতম অসিদদি হন্দোকপা ঙমদ্রবা কিশিতনা পুনগ্রে।



# শ্রীরাধাকুণ্ড

ঐ লাইনিংবা মী নত্তে, হৈনদে।

নিংস্মু নিংলম্বা য়ায়, হৌখিবা থোদোক্লা ঐঙোন্দা অরাবা কয়া পিথি। পুন্নমক্কী মরুদি ঐবু পোকপা গোপাললনি। ঐবু পোকপি-রম্নগা চহি কুনমঙাগী মমাংদা মহাক লম্বোইদুনা রাধাকুণ্ডদা লৈখিবনি। কৃষ্ণভক্তনি, রাধারানীগী অচানবা মনাইনি। মহু ওইরিবৈদা লাইরবী ইমানা পুন্সি লাম্বেংনদুনা ঐবু চাউনৰা য়োকললকপা, ইহৈ-ইশিং তমহল্লকপা, অরাবা কোকথোং পুথিবা ঐ কাউবা ঙম্নরোই।

রাধাকুণ্ডদগী লাকপা মীওইশিংনা ঐখোয়দা থুংঙবদা ৱারী তৌই। নপাবুং অজ্ঞা বাবাজিসে লাইপোক্লি। মহাক্লা নাম শোনবা মহা-উত্তমনি— রাধারাণীনা চোংথোক্তুনা মহাকপু কোনখৎলি। নত্রবদি মহাক্লা নাম শোনবদা জ্ঞান হেক হেক মাংলিবসি অহুম হৌগৎলক্ল-রোইদবনি। অজ্ঞা বাবাজিনা পাউ অসিমস্মু চেল্লকই। নমা নচাগী মঙ্গলগীদমক মহাক্লা বেস ওনবনি, রাধাকুণ্ডদা লৈবনি হায়। শ্রীকৃষ্ণগী নাম কাউদনবনি, রাধাকুণ্ডবু মতম চুপ্পদা নিংশিংনবনি হায়। ইমাস্মু খুমদে, ঐস্মু খুমদে।

নোংমা ইমানা ঐগ্ভোন্দা: "ইবুংঙো নবোক্কী কর্ম্ম অসি বৃন্দাবন্দা শোন্নুগনি হায়হুনা নঙগী মামনা হায়। ইমাবুস্মু নঙবুস্মু চৎলুসি হায়, চৎলুসিদনা?"

"ইমা লেংঙুরো, ঐ য়ুম শংলমগে।"

ইমা তুমিন লৈখি।

মামা লাকতুনা অমুকস্মু হায়রখি। ইমাগা মামগা য়ারী কয়া শাখি। ঐ য়াউনিংদহুনা লম লাপনা চৎথোকখি। গোবিন্দগী মন্দির-দগী খিংলকপা শরিক মখোল অহু হুমিৎ অহুদা ময়েক শেংনা তাখি। মন্দিরদস্মু চংলুই পাক-চাউরবা মাগুপকী মচি অমদা ঐ য়াম্না কুইনা ইতোমতা ফম্মুই। হল্লকপদা ফমুংদা ইমা কন্না লাইহৌ হৌহুনা লৈরম্মী। ডাক্তর কৌহুনা লাইকন্নখি।

মতম খরা লৈরগা মামা বৃন্দাবন্দগী থুংলরে। ফি-রোল বালভোগ-নচিংবা কয়া পাবুংনা ইমা ইচাগীদমক পিরকই হায়হুনা পুরকই। ইঙেনগী নিনি পানবদা শ্রীগোবিন্দগী দর্শন তৌবা ওইনা জগবন্ধুগী কাং চিংবা মণিপুরদা য়াউরগনি হায়না তাকপিরকই হায়। পাউ অসে কৈরোই লৈকাই শরা শনখ্রে।

ঐনা খল্লি। চহি খরগী মমাংদা পাউ অসে তারম্লবদি কয়াদা মুংঙায়রমগবা। অঙাং অমনা মপাদা ওইনজবা অহু ইমাতদনি ঐনা ওইনজরক্লিবা। পাবুংদস্মু ওইনজবা ফংঙমদবনি। হৌজিক্তি পাবুং কৌবস্মু য়াররোই। অজ্ঞা, বাবাজী হায়না কৌবা তারক্লি। হৌজিক চহি কুনমঙা শুরবা ঐনা অঙাং শাবস্মু য়াদা, অহল শাবস্মু য়াদা করম্না ঐনা পাবুংবু উন্নগবা! মহাকপু উন্ননিংলবদি ভারতকী মফম পুম্বা চৎপদা বৃন্দাবন্দা হাম্লনা চংলম্বা য়াবনি। মহাকপু উন্নবা কিবদগী কাশী, গয়া, হরিদ্বার ক্ষেত্রনচিংবা কন্না চৎলবস্মু বৃন্দাবন অমস্মুং রাধাকুণ্ডতংদি ঐনা খক চংবা ঙমখিদবনি মসিবু তশেংনমক ঐতগী ওইবা অশোনবরা?

রাখল অসি চম্মন্নরিঙৈদা ইমাগী মহৌশাগী অখিল অরেং অহু অমুক হৌগৎলক্লে। কালেন থা চুপ্পা অনাবা ফগৎপা ঙমদরে। ইঙা

চংলকপদা খরা ফগত্রা খল্লম্বা, হেন্দুম হেনজিল্লকলে। ফমুং মনাক্তা ফমতুনা লাইকম্লবদা ইমাগী মায়খোং ঐ য়েংবা ঙম্লক্তরে।'

'ইঙা থা লোইরকপদা ইমাগী মুংশিরবা খোঞ্জেল অমুক হন্না তাবা ফংখিদরে। ইঙেন হৌগৎলকপদা রথযাত্রাগী হরিধ্বনিনা মায়গৈ পুম্বা নিনখি। ইমা বৈষ্ণবী কৃষ্ণদাসীনা কদায়দা, ইপা বৈষ্ণব গোপাল দাসনা কদোমদা ঐ মফম খঙদনা লৈরিঙৈদা মরূপ-মপাং, শাগৈ-নাতৈ, কয়ানা রাধাকৃষ্ণগী নাম ইনাক্তা তোয়না তোয়না শোনবিবকখি।



# মায়থীবরবা লাম্মী

সিপাহী অমরসিংহনা ময়ুমদা হল্লকই, লানগুম ফিরাল থেৎলছুনা। লৈবাক শীন থুংনা খগুনখ্রে সিপাহী অমরসিংগী থৌনা, লিংজেল, মবুদ্ধি মরৌশিং মহাক্কুগী মপালনা য়েক্লববু মায়থীবা পিবা ঙম্বনি। মহাক্কি তশেংনমক অণ্ডম্বশিংগী মিৎ-থক্লা লংলবা মৈরানি।

মহাক খুংলবগী অৱাংবা পুম্বা নেমখ্রে। থেংলবা অহিংগী অচিক-পদা মহাক তুম্বা য়ারমদে। মপান থোকই, ইংনা ঙাল্লবী পুর্ণিমাগী থাজনা মহাকপু তরাম্না ওক্লমই। লৈ-শুনা নিংখিনা লৈত্রেংলবা অপিকপা শুমাংদা মহাক হুঙ্গৎ-হন্দা চৎলি।

ঙহাক্কী মতুংদা খোঞ্জেল অমা তাই।

'করি তৌরিবগে অহিং'সিদা?'

'লাউ, সখী, ৱারী অমা শাসি। পুম্নমকপু মায়থীবা পিবা ঙম্নবস্থ ঐনা নিংশিংববুদি মায়থীবা পিবা ঙমদরে।'

'সুংঙাইনা পোত্থাগদবা অহিংসিদা মায়থীবা পিবগী ৱাফম কদোমদগী অমুক লাক্লিবনো। কাম্নদে চংলসি ইমুংদা।'

'ঙায়খোনহে সখী, লানফমদা শিঙ্কনা লৈহৌরবা লাম্মীশিংগী অহিংবা থৱায়শিংঙ্কনা ঐঙোন্দা তম্না লোয়না পাইশিল্লকুনা ঐগী অপিকপা থৱায় অসিদা হায়ঙমদবা য়াকৎ ময়াম পুরক্লে! ঐ তাদবা ঙমদরে।'

'করি য়াকৎনোনে হৌজিকপো।'

'য়েংঙোই, খোঞ্জেল অসি তাউ, লাউরি হকচাংনা মোংফমদা লৈথ্রবস্থ নিংতম্নবা থৱায় ঐদি নঙনা মায়থীবা পিবা ঙম্নরোই।'

'অচুম্বা খোল্লাউ অহ্রদনি কলিঙ্গদা অশোক মহারাজনা মায়থীখ্রিবা। অদুবু করি তৌরিবগে?'

'চুম্মী ইতিহাসকী য়া অদুদা ঐগী অয়েৎপা লৈতে। অদুদা লান্দি লেপ্পা লৈতে, অশোক মহারাজ কয়া পোকখ্রবস্থ শিখ্রবস্থ।'

'লান্দি করিগী লেপকনি— পুন্সিনি, লানফমনি।'

'অদুদি হায়রু সাখী, থৱায়বু করম্না মায়থীবা পিবা ঙমগনি?'

'থৱায়দি নিংতমহনগদবনি, মায়থীহনগদবা নত্তে।'

'নঙগী পাউখুম অসিনা ঐবু অমুক হেন্না য়াহল্লে, থৱায়গী নিংতম্বা হায়বসিবু করিনো?'

'মরম চাদনা অহিংবা, অয়েৎপা পিবা থৱায়না য়ানিংদে। মীওই-বনা মশানা মশাবু মুন্না খঙজদবগী, মতম চুপ্পদা অথিংবা অমস্থং অয়েৎপা কয়া পংপুদা পুশিল্লকই। য়ানিংদে হায়রুরবস্থ তাবিনবা হেক্তা লৈরমদে।'

'এনদি কনাদস্থ য়েংলুদে, চুমগী ইথৌ পাংথোকচবতনি। ইংনা মঙাল পিরিবা থাজ অসিগুম নিয়ম অমগী মতুং ইন্না চৎচবনি। অদুবু ঐঙোন্দস্থ মরাল লৈরবা মী অমগুম ইরাং লাংলি।'

'পূক্লিংদদি লাকঙম ফাঙমদ্রবা শক্তি অমনি। কনানস্থ খুদুম চনবা ঙমদে লাইপোক তিনপোকমক নত্তবদি। লাংজসস্থ কৈদৌবগে, লাংনা লাংনা লৈবা অসিনা পুন্সিগী মমল অসিস্থ কারিবনি।'

'অদুদা সখী, ঐনা নিংশিংলি নোক খেরম্বা থৱায় কয়া ঐনা চিং-থোকুনা হাৎলুরে, মুংশি মুংঙোয়া য়োমহুনা শাৎলম্বা মীওইবগী লৈগুম্নবা হকচাং কয়া মকক মকক ককথৎলুরে, অইংবা অতপ্পা অমস্থং মরাল

লৈজদবা কয়া ঐনা শোয়দৎলুরে। মসিগী নিংশিংবনা ঐবু মৈরক্তা হুনজিনবিররে। ঐগী পোত্থাফম কদায়দনো ঐ খংলক্তরে।

"মতম অমদা মহাভারতকী য়ারী ঐঙোন্দা লিবিখিবদাই। কুরু-ক্ষেত্রগী লানফমদা শ্রীকৃষ্ণনা আর্জ্জুনদা তাকখিবা সংস্যার চক্র কাউবিরব্রা? "

"ঐ কাউদে, মহুনা লাইরমলেনগী য়ানি, ঐগীসিনা হৌজিক্কীনি। হৌজিক ঐ সংসারদগী লাপনা লৈনিংলক্লে, পোকপা শিবগী য়াংমদা থাপনা চেন্নিংলে। মায় - পাকলুরে হায়রিবা ঐঙোন্দা মায়থীবগী দণ্ডি মাংদা লৈরমলে।"



# মম্থরক্লবা মাগুব

"মম্থরক্লবা মাগুব অসি নৌনা অমুক শেমগৎতুনা হাম্নদগী হেন্না ফজরবা মাগুব অমা ঐনা ওইহন্নিংলিবসি য়াম্না কুইরবনি। লাইবক থিবনা হৌজিক্কী মতমদা ব্রাহ্মণ লাইরবা অমা ওইনা পোকলুরে। মতম অসিদবু মৈতৈ লৈবাক অসিদা ব্রাহ্মণবু কনানা ব্যবহার তৌবিগনি! মীগী রাদি তোল্লসি, ঐগী ইথক্তা লৈরিবা ইয়াম্বা অনি— কৈদৌবৈনো মখোয়না ব্রাহ্মণ ওইনা পোক্লরিবা! ব্রাহ্মণগী শাজৎ অমত্তসু মশাদা পক্তে, উরিক-লুগুণ থাংদে, নোংমতসু লাইসেবাগী থৌদাং লৌদে। ইপা অহুনা, ইমা অহুনা ভসি ফাওবা হিংলম্নবদি মখোয় খঙদৌনি!

ঐনা তৌরে, জগৎকী লাইবক থিবা পুন্নমক ঐগী শরুক! লাই-রিক নিংথিনা তমহৌদে, মরুপ-মপাং সঙ্গ তৌহৌদে, অচৌ - অশাং খলহৌদে। ইচা পিশক অনিসিগা, মুপী অশোনবী অসিগা, পিকলবা খাংপোকশঙ অসিদা নোংম-নোংমগী শিৰা ভাইহুনা মীগী লাইসেবা খরা খরা চৎচরগা চাউরৰা ইখোল অসি শঙহনা লৈরি— লাইররবা খুঙ্গং অসিদা।

ইয়াম্বা অনিদি সাহেবনি। শহরদা ফুরা-দলান শাত্নুনা হোঙ্গৎখিবা কুয়রে। মখোয়দি ইপা অত্নুনা মী ওইননবা ফনা ফজনা শেম্বীরম্লবনি। ঐতনি ইপা মশক খণ্ডহৌদবা। ইমা অত্নুনা লৈরিঙৈদা, ইমাতনি ঐগী সংসার। অত্নুস্মু কুয়দেদো, সুপী থিজিনবিংমলগা চাউরবা ঈপাক অসিদা ঈরোইবা হৈতবা ঐবু হুন্দোকপিরমলে। কৈ অত্নুগীবুদি । ইনাইবক্কী নি।

ইখোল অসি হুন্দোক্নুনা ইয়াম্বা অনিনা মখোয়গীদা লৈরুবসি হায়বত্নু য়ারমলবদি ঐ ঙসিগী ফিবম অসিদা লৈগত্রা? মত্নুস্মু কাম্নদবা ৱাখললনি। হৌগ্রবনি।

পুম্নমক্তা মায়থীহৌরবস্মু অহল লম্মনগী অমদি লাইগী শক্তম লৌবিবা মম্নবক্লবা মাগুব অসি কিম্নুহনবদি ঐ য়েংবা ঙমলোই। করম্না শেম-গৎকনি? ইয়াম্বা অনিত্নুদা হায়দি হায়নিংখিত্রেদা!"

খনবমখৈ খল্লগা অনিকথম্মম কৃষ্ণদাস ময়াম্বা অহল ইঞ্জিনিয়ার হবিদাসকী শিংজমৈগী যুমদা ঙম্মানা বস ত্তোংত্নুনা লাক্লগা থুংলরে। মযাম্বত্নুনা কার তোংত্নুমা ফৎ থোকখিবা মা উহৌই, কৌজববু নংহৌদে গেট অচৌবা ময়াত্নুদা। অত্নুবু মতৈমা লৈবমগনি খন্দুনা অত্নুম চংশিল্লে শাৎ তৈবা চাউববা য়ুম অত্নু তম্না।

নিংথিনা লৈতেংলবা ত্রোইং রুমত্নুদা টিঃ ভিঃ য়েংনা য়েংনা মোজা লোল্লম্বী মতৈমা মনোরমা উচিন-নাচিম্না থেংনজবে।

"হাযমা কৃষ্ণদাস, নঙদি কুযরেদা উদবা, লাউ লাউ চংকউ।"

"ইতৈমা, ভামোহনগা রাবী অমা শাগে লাকপনি, কদায়দনো হৌজিক হাথু হাথু চৎখিবসি?"

"যম্মু ফম্মু সিদা, কুযরোয়দা লাকলনি, মস্ত্রিনা কৌত্নুনা চৎখ্রিবনি-অথুবা অমগী।"

"ইতৈমা, ঐনা লাকপসি অতৈগী নত্তে। ঐখোযগী মাণ্ডবতো মনমন্দুনা ভেকথরক্কাদবে, খবা শেমজিন - শাজিনহৌত্রবদি শোয়দনা তুখ্রগনি। ভামোহন্দা মতেং খরা পিবিযু হায়জগে লাকপনি।"

"হৈমা, নঙগী রাবিত্নুগা টিঃ ভিঃদা উৎলিবসিগা ওস্থোক্না মপা

চানরেদা, য়েংঙু য়েংঙু নওস্থ। উৎলিবসি ভাহ্রতকী মরু মরু ওইবা লাইফমশিংগী মন্দির অমস্থং মাওব মথং মথং উৎলিবসিনি। হৌবদা ভায়রি প্রোগ্রাম অসি, মসিত্থুম হান্না য়েংখিসি।"

য়েংবদি য়েংই কৃষ্ণদাস, কমেন্টতর অত্থনস্থ তপ্পা ইংনা হিন্দিদা অসিনা অসিনি, অত্থনা অত্থনি অত্থুম তাক্লি। অৱাবদি কৃষ্ণদাস ভাব তারিগত্রা, ফজ ফজরবা মংগুম্নবা দলাল ময়াম অত্থ মাওবনি হায়বা। ঐখোয় সিৱাইগী মওংগা মখোয়গীসিগদি ওস্থোক্লা খেন্নরে। উৎপবুদি মপুংফানা উৎলি পুরীগী জগনাথ ক্ষেত্র, টিরুপতিগী, মিনাক্ষীগী, রামে-শ্বরমগী, বিবেকানন্দ রোককী, বিরলা মন্দিরগী, মসজিদ কয়াগী, গীর্জা কয়াগী। কৃষ্ণদাসনা থৱায় তাজরিবদি তিল্লরিবা মীয়াম, কৎনরিবা আরতি, শক্লরিবা ঈশৈশিং, খোঙনরিবা যন্ত্রশিং, পিনরিবা প্রবচনশিং।

মিৎ কুপ্তনা য়েংলবা ওহাক্কী মত্থুংদা প্রোগ্রাম অত্থ লোয়খরে।

টিঃ ভিঃ অত্থ মুৎথৎলগা মতৈমনা হৌবকই ঃ—

"ইবুংঙো, খঙদেদা মৈতৈ লৈবাক অসিনা তৌ'দৌসে। মীগী লমগী ঈরাংশিং অসি য়েংলুরগা ঐখোয়গী সিদা তৌরিবসি মথোং অমত্তা খঙদে। ইরমগীনি হায়বদা চাউথোকচনিংঙাই ইরৈ লৈতবগুম তৌই।"

"ইতৈমা লমগী ষননা মচি শাংই হায়বত্থনি। ঐখোয়গীস্থ অত্থক হাক্লা তোম্বা নত্তে। অত্থদা, থৌ-ৱা শাবিদবা কাংবুনা মশিং য়াম্মন-খিবনা ঙসি ঐখোয়গী ফিবম ইকায়নিংঙায় ওইরিবনি।"

"তৌবগীবুদি হোয়। হায়নৈ, থায়ন্দি কোমুংগীতা নত্তনা লৈকাই লৈকাই, খুল খুলগী ওইনা লেমজনরম্বনি ঐখোয়গী মন্দির মাওবশিং। অত্থবু কর্ম্মগী মথোং খঙলক্রবা মতম অসিদদি করিবু তৌনগদৌরিবনো মন্দির মাওবনা?"

"খঙদ্রে, ইতৈমখোয় ব্রাহ্মণনুবীনস্থ অত্থম্মা তাকপীরবদি। শ্রীগো-বিন্দজীগী, হনুমান ঠাকুরগী অমদি অতৈ অতৈ চাউর চাউরবা মন্দির, মাওব কয়া লৈরিবসিদি অস্থুক ফজনা।"

"অদো ময়াম অসিগীদি মরল মথুম লৈরি, সঙ্গ লৈরি, নঙগীদি কদায়?"

"অদুগীনি ইতৈমা, তামোহনগা ব্বারী শাগে লাক্লিবসি।"

"অদুদি ফম্মু ফম্মু, চাক ঈশিং চাথ্রসি। নংগী তামোহনস্লু য়ৌরক্লগনি।"

"চাক ঈশিংগী ব্বাদি লাইবি ইতৈমা। ঐ তামোয়াইমগীদস্লু চৎলুগদৌরিবনি। হন্দক্তি তামো অনিগী মতেং লৌদবা য়াদ্রে। ইতৈম-খোয়নস্লু খরা মুংশিবিবা তায়।"

"হোয়নে হোয়নে, ঐখোয়বুদি ঐখোয়নি। অদুবু পৈশাবু কয়া চঙনা শেমগৎকদৌরিবা?"

"মদুস্লু তামো অনিদা লৈরে। ঐ তামোয়াইমদু উন্নহৌদবা য়াদে। মাগীদা অমুক্তা য়ৌরুখিগে, অদুগা অমুক হল্লক্কে। তামোহন লাক্লগা ইতৈমনা ব্বারি শাবা খরা হৌবিরম্মো।"

কৃষ্ণদাস উবিপোক্তা লৈবা ময়াম্বা য়াইমা ডাক্তর রামদাসকীদা অমুক পরপ পরপ য়ৌরক্লে। মাগী সুম থোকউ হায়বদুনা ডাক্তর অদুস্লু হোসপিতালদা চৎখিবা মতম থোকলুরে। মতৈম য়াইমা দম্মুমতীদি ঈশৈ জগোয়দা থব্বায় য়াম্না লুপচবিনি। মমাং শঙ্গোয়দা ঈশৈ তিন্নদুনা লৈরম্মী। কৃষ্ণদাসনা লাক্লিবা মতমদো মঙোন্দদি য়াম্না ব্বাই চিনবা মতমনি। অদুবু অরাপ্পদগী লাকথোক্তনা লাকলবা মনাও উবদা ঈঙ্গিৎ তৌরক্তনা হরাউ হরাউ কৌরকই। মখা শঙ্গোয়দা অনাবা ময়াম ফম্নবা ফালশাং ময়াম থারিবা অদোমদা মনাওবু ফমহল্লে। কৃষ্ণদাসকী ব্বারীদি মতৈম অহন্দা হায়রুবদুগা চপ মাম্নে। দম্মুমতী খরা তাশিন্নরগা মাগী তামোয়াই লাক্লনি ঙাইহাক্তা ফমখো হায়দুনা থেমজিনলম্নগা অমুক মমাং শঙ্গোয়দা কাখৎখিদুনা ঈশৈ তিন্নবা অদু য়াউখরে।

ফনা কুয়না ঙাইরবা ফাওবদা ময়াম্বদুনা মরাক্রবদা কোম্না অমুক লাক্লগে হায়রম্নগা কৃষ্ণদাস অদুম থোক্লকলে।

"হৌজিক কদোমদা চৎকনি" অসিনি মাগী মুংবংনরিবা ব্বাখলগী পোৎলুম। চৎনা চৎনা লম্পাক অমা থেংনরে। মচি অমদা খোংনাং অচৌবা অমা হৌরি। মখোংদা চংদুনা ফমথরে। ব্বাখল মখা অমুক চৎথরকই।

"ঐনা তৌরিবসিবু করিনো? মাগুব অসিনা কিম্বগ্রবদা ঐগী করি কায়? মাগুব অহু লৈত্রবদা মন্দির অহুদি করি কান্নরি? মন্দির অহুস্মু কুইররোই মম্বরক্লবনিনা শেমজিন্দ্রবদি মহুস্মু তুরক্লগনি তিন অমনবনা কুপচৈ হায়বতনি।

অহুগীবুদি ইষ্টদেব রাধাগোবিন্দনা কমদোবা, অতৈ মূর্তিশিংসিনা কদায়দা? সিন্নাইদনি মাগী থম্মোইনা মচেৎ মচেৎ কায়রক্লিবা।

মসি পুম্নমক ঐনা লাইরবদগী, ঐনা মুপা থোক্তবদগী। ঐগুম্বা পাংত্রবা মীওইনা মালেম অসিদা হিংবগী করি অধিকার?"

মপি চহুম চহুম তানা ফম্বা ঙমলক্রহুনা হৌগৎলকলে। মমাং পাংনা অম্মুম চৎখিহুনা শ্রীগোবিন্দগী মপা য়ৌরক্লে। মুংশিরবা শরীক কাংশীগী মখোল তারক্লে। ফিবম হস্থে। মন্দির পাংলকলে। রাশে-শ্বরীগী মমাংদা মথুৎ অনি থাঙ্গৎতুনা লেপলরে। দর্শন ফংজবদা পূক্লিং খরদং নেমথবগুম খঞ্জখি। অহুবু মিৎলুদগী শিম্বরকপা পিরাংদি অরেপ্পা লৈতরি।

চাউরবা মাগুব অহুগী মচি অমদা ফম্বমথৈ ফম্নবা মতুংদা রাধা-গোবিন্দনা করি তম্নিগদগে থন্না থন্না ময়ুম লমদম পাংলকলে। মীনা ক্রেক ক্রেক ইম্ননা তোংলবা বস অহুদা তোংনা তোংনা ন্নাখলগী মংলান কয়া অমমুক শাগৎখি। মীয়ামগী শক্তি, মীয়ামগী মতেং।

ককচিং বাজারদা থারে বস। কুমথহুনা লৈরক কোম্মোং কয়া ফাওরগা মাগী লাইর খাংপোকশং য়ৌরক্লে। অহুম লেপলম্মী মম্বরক্লবা মন্দির অমস্মুং মাগুব।

থা অমা অনি হৌখরে। ময়াম্বা অনিদগী পাউনিংখোল অমত্তা হৌজিক ফাওবা ফংবা ঙমদ্রি। অমুক চৎলুগদবস্মু হঞ্জানরে। ফরে মখোয়গী ন্নাসে। অমুক নিংশিংলুদবনা ফরে।

ঙসি থুঙ্গংগী প্রজা ময়াম তিম্নবা মুমিৎনি। অচৌ অশাং কয়াগী লমজিং মথাদা নহা অহল থায়দনা পুনবা মুমিৎনি। কৃষ্ণদাস মচি অমদা ফমহুনা ফজ ফজরবা ন্নাকম কয়াদা হৈ-শিংবা লৈশি লৈথোন কয়াগা লোয়ননা ঙাংন-শক্লবশিংহু অম্মুম তাই।

লম্বী-থোং শেমগৎপগী, বাজার শেমগৎপগী, লৌউ শিংউবগী চাথোক হেনগৎপগী, স্কুল ,কলেজ লিংবগী মথং মথং ভাংনরক্লি, ন্নারেপ তানরক্লি। অস্নুক য়াম্না ভাংনবসিদা ধর্ম্ম-কর্ম্মগী ন্নাদি ইপু পুথোক্লরক্তে। তৎন-থানবা য়াত্রবা ঈশ্বর শম্বন্ধিগী মতাংদা থুঙ্গং প্রজাশিংগী দন্নকার লৈত্রবরা ? মতম মতমগী ওইবা লাই হন্নাউবগী লাইবুং অসিতনা ঐথোয়গী নিংবা পূন্নমক থুংলগত্রা ? মসিনি কৃষ্ণদাসকী পূক্লিংদা মতোম্মতা কন্না হংজরিবা ! তিল্লিবা মীয়াম অত্তুদা কন্না হংনিংবা অমা পোকলক্লে। ন্নাহৈ অমা অনিদং হায়জনবগী খুদোংচাবা লৌজরে।

"তিনবিরিবা পূন্নমক্কী মফমদা করিস্নু খঙজত্রবা তোল্লবা ব্রাহ্মণ মচা ঐনা ন্নাফম মচা অমত্তং পুখৎচনিংই। মতম অমা কৈরোই লৈকাই কয়াগী নোংজ্-ন্নুংশা খায়দনা, অহিং ন্নুংথিল নায়দনা মন্দিরগী ন্নাখল মাংদা থম্নগা পুনফম ওইরম্বা রাধাগোবিন্দজীগী মাগুব হৌক্তিক মন্ত্র-রক্তুনা নিংখায়রক্তদবা মতম লাকলে। ঐনা লাইরজবনা শেমজিন শাজিনজবস্নু ভমজত্রে। ইয়াম্বা অনিদা হায়জরুবস্নু অরাপ্পদা লৈখিবনা ইতা তাবিদগুম তৌখরে। মাগুব অসিমক্তি মতম কয়াগী মমাংদগী থুঞ্জাশিংগী অপুনবা ধর্ম্ম-সাধনা তৌফমনি হায়বসি মীয়াম্না য়াৰিগনি হায়না খঞ্জে। ঐগীসিনা মন্ত্ররক্তুনা কিম্নজখ্রবস্নু ধর্ম্ম কর্ম্মগী ওইবা মাগুব অমত্তং মফমচাবদা মীয়াম চংহুনা শাগৎপিনবা হঙ্গৎচরি।"

অতাবশিংদা ইঙক ঙকনা থোকখি। কনানা 'কৈকানদবা' হায়না লাউরকখি। কনা অমনা "চুম্মী, চুম্মী। ফনা য়াম্না গুনোমহুনস্নু ধর্ম্ম সাধনা য়াউদ্রবদি করম্না পূক্লিংগী ফজবা লীচৎ-শাজৎ শেমগৎকনি। মুশলীম সমাজগী মসজিদ, খৃষ্টিয়ানশিংগী চর্চ্চ, শিখশিংগী গুরুদ্বারা মফম থুদিংদা কয়াগী মতীক মীওইবদা কান্নবা পীরিবা ! গৌরিয় বৈষ্ণব ঐখোয়-গীস্নু নাম সংকীর্ত্তনগীদমক্তা মন্দির মাগুব তৎন-থানবা ন্নাত্রবনি। মসিবু খৌশারুদবদগী ঐখোয়গী ধর্ম্মনা য়াদে হায়রিবা চাকচা-ন্নথক, থকসি-খাসি পূন্নমক মাংথরক্লিবা ঐখোয় পূন্নমক্কী ইকায়নিংঙায়নি। পৃথিবীনা শকখংলবা ঐখোয়গী রাসলীলা মাগুবনা য়ুক্ষম ওইখিবনি। ধর্ম্মগী ন্নান্নী

লাইরিক, ভক্তিগী ঈশৈ জগোই, হরিনাম সংকীর্ত্তন অমদি মণিপুরী সমাজনা চাউথোকচরিবা রস পূর্ণমক্কী হৌরকফম মাগুবনি। লোয়ননা ঋতু তরুক্কী লোয়ন-লীচং মন্দির মাগুবতগী মপান্না পরম পরাদা অকনবা পাঙ্গল হাপখিবনি। মরম অতুনা প্রস্তাব অসে মুন্না খন্নফম থোকই।"

খর অমনা থন্নায় য়াউনা খুবাক খুই। খর অমনা য়ৌ য়ৌ ভাংই ময়েকশেংনা তাদে। মীয়াম হায়বসিদি মীয়ামনি। মকোক থোংবশিংনা করি লেপ্পখিবা কৃষ্ণদাসতি ভাব তাবা ঙমখিদ্রে।

খা অমগী তুংদা কৃষ্ণদাসকী ইনা কুপ্পবা মাগুব ময়াম চংতুনা জীবনা কুপপিখি।







## রাজকুমার মণি সিংহ

শ্রীরাজকুমার তোমালস্না সিংহ, কৈশামথোং তোপ লৈরক ইম্ফালগী (হৌজিকনা শ্রীতোমালদাস বাবাজী, রাধাকুণ্ড) মচা স্নাহল শ্রীরাজকুমার মনিসনা সিংহ ইং ১৯৩৯ গী সেপ্টেম্বর তারিক অমদা পোকখি। পিক্লিঙৈদগী মমাসিজ ৺কামিনী দেবীগী মপাম শয়াং পুখ্রী মপালদা চাউরকখি। হৌজিকনা মশাগী অনৌবা ইংখোল শগোলবন্দ ইঙুডুম লৈরক্তা লৈরি। শ্রীসিংহনা মহৈ তমখিবা মরুওইবা মফমশিংদি—জনষ্টোন হাই ইংলিস স্কুল, ইম্ফাল কলেজ (ন্নুমিদাং), দিঃ এমঃ কলেজ, বেনারস হিন্দু ইউনিভরসিটি, লো কলেজ, ইম্ফাল (ন্নুমিদাং), নেসনেল কোওপরেটিভ ট্রেনিং কলেজ এণ্ড রিসার্চ ইন্সটিট্যুৎ, অমসুং রিজার্ব বেঙ্ক ওফ ইন্দিয়াগী কলেজ ওফ এগ্রিকলচরেল বেঙ্কিং, পুনে, অমদি ইন্দিয়ান ইন্সটিট্যুৎ ওফ পব্লিক এদমিনিষ্ট্রেসন, নই দিল্লী অসিনচিংবনি।

নহা ওইরিঙৈদগী মণিপুরী সাহিত্যগী সেবা পামজখি। রারেং শৈরেং অমাদ রচনা মশক নায়বা কয়া ইখি। বেঙ্কিং সার্ভিসতা চংলবস্থু পামজবা অসি থাদোক্তে। ইং ১৯৫৯ দগী হৌখিবা ঋতু মেগাজিন অমদি দি কলচরেল ফোরম, মণিপুরগী ফাউন্দর মেন্দব অমনি। অঙস্বা শকক হৌজিকস্থু অহুম তমলি। আকাশবানী ইম্ফালগী সাহিত্যগী অমদি অতৈ থৌরম কযাদা পুক্লিং চঙবা উৎলি।

ইম্ফাল,
তাং ২০. সেপ্টেম্বর ১৯৮৯ ইং **রাইটরস ফোরম, ইম্ফাল।**

True culture derives its inspiration from every corner of the world but it is home grown and has to be based on wide mass of the people.



To-day, in this world of politics and economics, there is a search for power and yet when power is attained much else of value has gone. Political trickery and intrigue take the place of idealism and cowardice and selfishness the place of disinterested courage.

*Jawaharlal Nehru*